থোক্লবী :—
তেনশুবম ওংবী ইবেমনুংশি

অহানবা থোক্লবা ১৯৮১
কোপী মশিং — ১২০০

ফংফম :— ইম্ফাল বুক হাউস।


মমল লুপা ১০.০০।

নম্ফম :— সেন্ট্রেল ইউনিয়ন প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# মীতৈবাক্কী য়ুম্বাল্লোল্ লাইরা

ভাইবংপানবা মপুবু কোক্কা থমজরগা, লাইরিক মসি অসি মীতৈগী অহল-লমনশিংনা উপাক্কা, চেদা, ইহুনা থম্বিরম্ব অমদি রিরি শি-বুল ওইনা মথং মথং লিথবিরম্বদগী খোমজিন-তাশিনজহনা ইঞ্জবণি। অশোয়-অরান য়াওখিবা তাকপিগনি

লাইরিক অসিদা ইখোকচম্বিবা মিহুনলোন, হিদাকলোন, চবানলোন, রাথনলোন অমদি য়ুম্বাল্লোল্ নিংগে খুদাক্ত অসি পাবিবশিংনা নেনাবিরগা, ইপা-ইপুশিংহুনা, মীপা মপান তাংদনা তাইবং মীওইবনা, মমাগী খোইজিথাদা নিহুন তম্নকপদগী শিবা ফাওবদা চংনরম্বা, য়ুম্বাল্লোল্; লাইরা অমদি লায়রেংবগী পথাপ অসি অমুক্ত মিংয়েং তাবিরবদি, হৌখিবা ইপা-ইপুশিংহুগী খোগল তোকবা ফংজবগা লোয়ননা, ইপা-ইপুশিংহুবু মতম লৈবা খিবিক্কা নিংশিংহুনতা লৈবা ওইনা লৌবিরবদি, ইজাৱব ঐনা পাবিরিবশিংগী মকমদা পুন্সি অসিমগী লমন শিংবা ওয়রোইদবা অমা তোকে হায়না লৌজরগনি।

অইবা—
তেনশুবম লক্ষেল মীতৈ
নীংথম-লাম্নী
তোপ ঈরিল মপান।
তাং ১১। ১। ৭৯ ইং

# ৱাহৌদোক ।

মালেম লৈকোইবুং ( পৃথিবী ) অসিগী মমুংদা তোপ-তোপা চীংনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈবা মশাগী লোম, ময়েক, ইনাং চেংনমান অমদি লাইগী ৱারেম তোপ্পা লৈবা ; নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা লৈজরম্বা মা-লৈবাকনি। অসিগীম্ভু মথক্তা, থাশি মায়কৈ ডংনবা দুমিং হায়রিবা পৃথিবীগী মরুংদা, মকম অমদা থৱা ফংলরোইদবা পথাপ অসিমা চংনফুন' লৈরম্লিবা, চহি খুদিংগী নোংদোন লাইপাউ ( অকাশবাণী ) তাবা ফংজ'রবা লৈবাকনি চহিগী লাইপাউ কুম তপ্পা কৌবা লাইপাউ অদু তারগা কুমশিদি ঈশিং চাওগনি নত্রগ' কুম কাংগনি নত্রগা চরক-চহি নাইগনি ; নত্রগা কুমকোক ফগনি, কুময়াই ক'ংগনি, কুমথৈ চোনগনি হায়বনা চিংথা কুম কুম অদুগী ওইগদবা মরে ং-মতো খংজবা ওম্বা লৈবাকনি।

মরম আসনা লৈবাক অসিদা পোকপা ফুরূপ অসিগী মচামচাশিংদি লৈবাক অসিগী যুদ্ধালংলোল্ লাইবা অমদি লৈবাক অসিগা হৌবা মমা-মশিংদগী শেম্বা হিদাক অসিবু মতম চানা মরম চুম্না শিজিন্নরবদি মীথোই-মীহেনলোইদবা অমদি পুন্সি চুংশাংলোতলবগী মরম লরোই হায়জনিংই।

থোম্লুকচরিবা —

তেঙ্গুবম লক্ষেল মাইতৈ

মীংতম-লাম্মী ।

# য়াওফম তাকপা

# মীত্রৈবাক্কী য়ুম্বাল লোন লাইরা

( অঙাং মীরোনবা অমস্তুং পোকপা )

তাইবং পানবা মপুবু কোক্তা অমস্তুং থাদা কোল্লগা ইথংপা হৌজরে। মীওইবনা তাইবংপানবা শেমলমদাই হায়বদি, ইপা ওইবনা ইমাদা অঙাং পীরমদাইগী রা হায়জপে চুম্মিং চুমনি ইপাগী কপ্নি কোন্দা লৈরমলগা ইমাগী খোইজিকোন্দা চংখি মসিবু মরু চুনবা কৌই। করম্বা মতমদা মরু চুপ্লি হায়রবদি, ইমাগী মহৌশা কৌবা লাংরেম্বীনা পিরকপ। লৈশাংপা মঙানি ফি শেংবা তরুকনি, চকচাং শেংবা চুমিত্তগী চুম্মিং তরানিগী মরুংদা মরু চুনগনি। ইমাগী মশাদা মরু চুললে হায়বসি করমনা খংনগদগে হায়রবা রাহং লাকলবদি, মথাগী মরম অসিদা নৈনবীনবা ইজরি

ইমাগী চকচাং অসি ইপং পংথত্তুনা নাও শাগনি চাক চান্নিংঙোই চাকমৌগনি, মতম চুপ্পদ ওনিং ওনিং তৌগনি অচুগা অপাম-মুংশিগী রাখলদি হেন্না লৈগনি; মতম অসি থা অহুমলোম ওবা ফাওবা তৌগললি। মিচুলগী কাংলোংদি থা অমা হায়রক-পদগী খংবা ওমলে। ইমাগী খুদাং মিচুল অসি থর শোনথগনি। মিচুন অচুগী মাইরোক্তা মহৌশা লৈ হায়বা; চুপ্লি হায়বা খংনদবা মকম অচুদা মিচুন কংগনি। থবাক্কী মথক ওকশমগী অকুংপা

অহৃদসু মিহুন ফংগনি। মমা ওইবীগী চুঃচু (খোমু) অনি অহু পরিং হন্দুনা লুমথগনি। থা মরি/মঙা ফাওবদি ভাতু মরুম অচৌবা অমগুম্না; খোদোংগী মথা য়েৎ-ওইদা লৈগনি। নোংঙাল্লমদাই পুক লাম্‌লকপা মতম্‌দা মশানা থিজবদা ফংগনি। থা তরুক হেক তুরকপদা লেংবা হৌরকনি। মাসিদা মীওই শুনা মওং লেপলে। থা তরেৎ তুরবদি মতম অহুদা পোকপা অঙাং হিংলে।

অঙাংনা মমাগী পুক্তা য়াম্না চোংলবা, অমনা মমাগী মশাদা খুদাং মিহুল য়াম্না মমাই থক্লপ হুন্নবা অহু ওইরবদি অঙাং লাই ওকপা হায়না কৌই। হিদাক চাহুনা ফবা রাংকনি, মমাগী খোংদা খোইজু লাইথাম ওকখোকপিরগা ফগনি। লাঙনা অসি কদাইদগী হৌরকপগে হায়না থিরবদি, মম্নানা খোং হাম্বা (থি কাইনা) দা ফি য়াওদনা অমদি লরাইদা ফি কুপ্তনা অমাংশংদা চংবা অমা মন্নগা মুংশিং অঙৈংবনা মমাগী মশাদা য়ৈথিবা অমা মরম অসিদগী খোকলকপনি। মীতৈ রাহৈদা অঙাংনা ইমাগী পুকমুংদা লৈবা অসি থা তরানি হায়না হায়নৈ। হৌজিক মতমগী অহৈ-অশিংশিংনা মুমিং মশিংদা পারগা, মুমিং ২৮০ দগী ২৮৫ ফাওবগী মমুংদা অঙাং পোক্‌কনি হায়না লৌনৈ। মসি কুপ্না পাহুনা য়েংলবদি মথক্তী মরম অনি অসি চানগনি। মরু হুমথিবা মতম অহুনা থা পানথংলকপা মতম ওইরবদি; থা অহুদগী লৌরগা থা তরা তুবগী থাশিরমদাইদা পোক্‌কনি। থা শিরমদাইদা হুন-গ্রগা থা তরা অহু লাল্লগা মথং থা পানথুংলকপদা পোক্‌কনি। মসিদনি মীতৈগী ইমা-ইবেলশিংনা থা হেরা নাও পুরে হায়রিব-সিনি। মুমিং মশীংদদি ফায়বা নত্তে।

মীয়োললিচৈ মতমদা অরাবা চুংঙাইতবা অমদি পুকনিং চুংশিবা রাথল থনবা কল্লে। লম লাম্না খোংনা নত্রগা গাড়ী তোংদুনা চৎপল্ল কল্লে। থবক অরাবা শুবা নোঙ্গস্থ কল্লে। নিপাগা নক্লবস্থ কল্লে। চুংঙাইবা রাথল থনবগা লোইননা চিঙ্গাক অতেক-অনৌ মপুং ওইনা চাবা কৈ, হকচাং থরা পোৎথাহনবা কৈ। অহুমক্তি ওইরগা থা তরেংকৌ মতুংদগীদি হকচাং হমাং খোকপা চুংশিং তুম্লবা থবক থর থর শুবা লোম্বা ফরে; মরু ওইনা ফৌ শুবা, লীং থায়বা, রাইশিংপা অসিনচিংবা অসিগা লোয়নননা মরক মরক্কা অশিন-অকম, উতিগী য়েনশাং চাবা কৈ। থা তরাদা অঙাং পোকপা হায়বা অমা লৈরে; অঙাং পোক্লমদাইদা অঙবা অচম্বা ফি অহনবা শেংকনি। অঙাং পোকপদা শেংপা ফি অহু মচাগীদি অকবা ফিনি। অঙাং পোক্লবা মতুংদা চকগী কক মথক্ত। ফি থারগা হিপহনগনি। মতম অসিদা খোম ইনবী কৌবা হায়বা পথাপ অমা চৎনরকই, মসি হৌজিকী মতমদা কয়া চানত্রে; মরমদি খোম ইনবীগদৌরবী মপী অহুনা ঙসিদি খোম ইমগদবা লৈ হায়বা থংদবদগী ফত্তবা চিনজাক চারম্বা য়াই নত্রগা নিপাগা ভিমরম্বা চুমিং খোক্লবদি অঙাং অহুদা ফত্তবা লাঙ্গমা, লাইথুং পকথিবা য়াই। মরম অসিদগী খোইহিনা ইনবনা হেন্না কৈ। খোইহি চামচ অমদা মমাগী থক্লবা অকম্বা ঈশিং অহুদগী চামচ অমগা য়ানশিন্নবিরো ঙহুগা লশিং অকাম্না নত্রগা অকবা অযোনবা ফি মচেৎ অমনা লুপ্লগা অঙাং ময়াদা শুমজিনবিবা, অহুম্না বোংমদা মরি/মঙায়কী চাংদা মমাগী হুমনিগী খোমজিং লাক্তি্বা কাওবা পিথকউ। ( য়াম্না থুনা হোবে হোবে তৌবিত্রবগ্র

থোইমা অকায়বা লৈতে ; মরমদি অঙাংনা হেক মমাগী পুকমুংদগী মালেমদা তাবা মতম অহুদগী লোয়গা পুং কুনমরি ফাওবগী মচিপ্রাক চাহুনা হায়বদি মপুক থন্দুনা থারক্লবনি ; মরম অহুনা খুদক অহুদা খোইহি কংত্রবসু য়াগনি। )

# অঙাং নিপা নুপী খায়না পোক্লবা।

অহল, লমন খরনা ইরম্বা অমসুং হায়রম্বনা মথাগীশিং অসিনি :—

(১) ইমাগী হকচাং শেংবা মুমিং তরুক্নি, নিপাক্নি, তরানি, তরানিথোইনি, তরামরিনিনচিংবা তুমা শুবা মশিং মুমিত্তা মরু হুল্লবদি নিপা ওইগনি। তুমা শুদবা মশিং মুমিত্তা মরু হুল্লগদি নুপী ওইগনি।

(২) মথল অমনা, মুমিং লৈতে, নিংশা শরদা লৈরে ; মতাং অসিদা থুদম অমা পিরমই। তেংবানবা মপূনা, তাইবং-পানবা শেমগে থোরাংলকপদা, ওইগী নিংশা থিংলগা য়েংকো নিংশা থারকপদা লাইনিংথো সোরারেন্নচিংব। লাই নিপা ময়াম চোংথোকলকথি। য়েংকী নিংশা থিংলগা ওইগী নিংশা থারকপদা, লৈমরেলনচিংবী লাইরেম্বী ময়াম মথং মথং চোংথোক্লকথি। অসিদগী লোতুনা মরু হুনবা মতমদা য়েত্তা নিংশা লৈরগা নিপা ; ওইদা নিংশা লৈরগা নুপী ওইগনি অসিমচিংবা।

(৩) তাইবংপানবদা লৈরিবা নিপা ওইবগী মশাদা, পিকশিন্না অমদি চাওথোকপা ওন্না ইপাসী তাইবং শেম্নবা থুংলাই অচুগী মমিং লাই কৌই। লাই অচুগী পাজল খোনা পীরিবা মরুম অনিথক লৈরিবা অচু তাইবং শেমগে থোন্না লকপদা, তেংবানবা মপুনা নিংশা য়েং-ওই কৌচুনা শিজিন্নখিবনি। মরম অচুনা মরু চুনবা মতমদা ওইগী মরুম অচু অমোনবা লংশু অমনা চেনথং-চেন্থা য়াদনবা কন্না পুনশিন্নগা মরু চুন্নবদি নিপা শোয়দনা পোক্কনি। মেংকৌ পুন্নগা ওইগী থারগনা মুপী পোক্কনি।

# অপূম্বী সোরেন পোকপা অমদি ফাইবোক্।

অতাং পোক্ক-শির তৌবসি মীভৈগী অহল লমনশিংনা, সোরেন অপূম্বী হায়না কৌরম্মী। অতাংনা নিপা ওইরগনা সোরেম, মুপী ওইরগমা অপূম্বী কৌই। শোয়বদা লেন তারবা অচুবুনা শোয়লেন নত্রগা শোয়রেন; অপূম্বা মুপীবুনা অপূম্বী কৌরম্বা অসিনদি শোয়রে পুমলে হায়বনি। করিদগী শোয়রিবনো অমদি পুমলিবনো খিগংপা মথৌ তায়। নিপা মুপী অনি অচু ঈঃ চানরবনু ওইবা য়াই নত্রগা নিপা মুপী অনি অচুগী মন্নুংদা অমনা মশা কংলক্কবদগী কন্নি পুম্বা য়াওরবনু ওইবা য়াই। নিপা মুপী অনি অচুগী মন্নুংদা অমাংবা য়ৈথংপা মুমিং হুমনিদগী তাদনা য়ৈথংলবনু ওইবা য়াই; মরু ওইনা নিপাদনা য়ৈথংপা ওইগনগনি।

মীতৈগী অহল-লমমশিংনা, অপুম্বী লোয়েন পোকখিবা থা অহমগী মঙুংদা লাই-তিন খুরুম্বা পথাপ অমা চৎনরমই। মসি পুক্লিং অমসুং য়াথলগী লাইয়েংনি। থা শুন্দ্রিতৈদদি, নিপানা সুপীদা অভাং পীবগী পথাপ্ লৈতবনা অমুক অনৌবা মীয়োন্দ্রিতৈগী মমাংদা লাই খুরুম্নরম্বনি। লাই অসিগী চাকথাদি পাংথোকলা তরেৎ; কৌশুখোং তরেৎকী চগেম্, খয়োই অহাম্বা তরেৎ ভাহৌ ভারি মুংশা ঙা তরেৎ অসিনা মাক্লোনগী চুরি তাকমদা থা-অরাং শাংনা পাংখোক্লাশিং অহু চান্নক ওইনা থাৰগা চগেম, খয়োই অহাম্বা, ভারিশিং অহু হাপ্লগা নিপা মুপী অনি অহু মমাই মোংপোক ওয়া কমহন্দুনা লৈহল্লগা. মাইবা অহুনা মখুত্তা থাও অমা পায়রগা মথাগী লাইশোন অসি; "হে অপুম্বী সোয়য়েম কৌবা লাই মংগী নচিঞ্জাকশিং শুনা পিরবনি অসি চারগা মোংপোক হায়ম পাংবদা চিংলোন মাপলগী য়াংমদা চৎশ্রে মুম্নিং থানা থোকলিবা, পান্নিবমথৈ অমুক হলনকলগনু; মমাংতৈদা লাই খয়োবগা, মী খয়োবগা য়ায়েন পথাপ শিন্নবা মতমদা লেপ্ন-খিবা য়ায়েন্নি ঐগী খুত্তা পান্নরিবা থাং অসিমা পলান্নবী লৈই তরেৎ ইহুনা থাইনবনি অসুন্না হায়গনি।" মথংদা নিপা মুপী অহুসু খুরুমহনগনি। মতুং অহুদা মাইবা অহুনা মথকী অচাপোৎ-শিং অহু কি অহনবা মচেৎ অমনা য়োমশিনগনি। মথংদা চান্নক থাকম অহুদা মুপ', মুপী অনি অহু য়াম্না নকনা মমাই ওস্থোকহুনা, নিপামা মমাই নোংপোক ওয়া, মুপীনা মমাই মোংচুপ ওয়া মনমগন্ মনমগন্ ওনশিন্নহুনা কমহনগনি। ময়োম পোৎ অহু

মুপীবু পাইহনগনি, নিপা অহনা মথুং য়েংনা ছুংলোমদা লোংথোক্লগা, মচা থুংতেক হায়হনগনি, মুপী অহুনা মথুং য়েংনা ময়োম অহু পায়রগা মতুংলোমদা মথুং অহু লোংথোক্‌না নমু কাত্তি হায়রগা পিহনগনি। নিপাগী মথুত্তা পোং অহু হেক পিরম্লগা হৌগংতুনা ইমুংদা চংহনখিগনি; হম্না য়েংবা য়াদে; অহিং অহুমা মুপী অহু মমাং থোংদা থোকপা ফক্ত্রে অহুগী মথংদা নিপা অহুনা পায়হৌরিবা পোং ময়োম অহু য়ুম অহুগী অরাং থংবা উয়াদা য়েপশিন্দুনা অহিং অহুমা থমহনগনি। নোংতাল্লগা ময়োম অহু লোথোক্লগা মমাই মথা ওম য়ুমথক লাম্না হমতোকহনগনি। অহুগা মকম চাবা য়েংহুনা ফুমজিমগনি। লাই থুক্কমগদবা হুমিংত্তি থাশিরমদাইগী তংনবা মুমিত্তনি। অসিগা লোয়নন মথক্তা পঙ্গম্রিবা নিপা মপী অহুগী মশাদ লৈরিবা লাইনা অহু থিজিনবিরগা, চিঙাকী হিদাকী লাঙ্গয়েংম্ব চংথবিগদবা ওই।

# ফাইবোক্।

অঙাং ফাইবোক পোকপ। অসি অহন থরগী য়াথংনা থাশি মুমিত্তা মরু হুনখিবনানি তাকপিরমই। অসিগী মথক্তা মমা-মপা অনিদা মচা অহু বাথল চুম্না অকবা অঙাং পোক্লকনবা চৈরাক পিরমই। মহুদি, অঙাং মীরোলত্রিরৈদা অমদি মীরোললিরৈদা শিং য়াইতং, পালনচিংবা মরু-মনাও তাবা পোং হয়ানগমু নচা মখোং মথুং লোংলকনি। সেবোং-মাইরেন হয়ানগমু নচা মকোক

খিরক্কনি ; অমদি উশোই হুরান্নগম্ নচা মতু চোম্লকনি। নমিৎন্না উরবদা উই হায়য়; মনানা তারবদা তায় হায়ধু, উদে তাদে হায়গদ্ব নচা মমিৎ-মনা শোয়না পোক্লকনি হায়নম্ব কিহনলমই। মসিনা তাকপবু মমা-মপা ওইগদৌরিবা নিপা মুপী অনি অঙু রাখল চুম্না চৎনবা থরাই পানবশিংগী মাংনবা 'তাঁদমব', মরু ওইনা মীওইবগী য়াইফনবা থম্নবা মমা মপা ফরগা মচা ফননবা যা ওইরয়ে। অহন থর অমনা তাকপিরম্বনা ফাইবোক পোকপা অসিদি মপা-মমা অনিমা তাইব' শেম্নবগী মরু হুনখিবদা অনিরক, অহুম্নক হুনখিবদগী অঙাং অনি/অহুম পোকপমি হায়রি। খুদমদি, "ইমাগী কিশেংবা অমদি হকচাং শেংলগা মরু হুনখিবতু থাদবদগী হুম্না হুম্না মরু হুনখিবনি। মরু হুনখিবা মুমিৎ অহুদি পা-পি অনি চায়নবদা, মুংশি-তিনলাং ওথোকলক্লোই ; অমন্নং পুক্নিং চংবন্থ মুমিৎ অহুনা হেনগমি, মসিগী খুদম অসি ফংলবদি, মমাগী নৈ উমত্রিবফাওবা হায়বদি হকচাং শেংবা মুমিত্তগী লোহুনা মুমিৎ তরামিদি লেপকদবা ওই। মসি তাম্না চৎচরবা নিপা মুপী অহুদি ফদৌমুংদস্থ মচা ফাইবোক পোকলোই হায়রিয়ে অসিমচিংবা— ।"

## অঙাং পোক্লগা, অঙাংদা তৌগদবা অমস্থং লায়না থরগী হিদাক।

অঙাং পোক্লপা থোম ইন্দ্রিৎৈগী মমাংদা চৎনবীনি হায়ত্থনা মপা নত্রপা মপুদা, মাইবা মাইবীনা নাম কামো হায়হনা অঙাং

মিপা ওইরগা য়েংকো নাকোংদা থুপী ওইরগনা ওইগী নাকোংদা ফাহোউ-যাদিবোই মপা-মপু ওইবনা মচা-মশুগী মনাকোংদা হরি নাম কাম্বহল্লি। মসিগী মরমদা থিগাংলুবদা হরিনাম-ওইরমল্লে, হরিনাম-চিংবা লাইনিং লম্বীগী লাইগী মিংথৈ ফংগদবা মতমদি অঙাং অতুন' চাউরক্লগা, হিন্দুগী, খৃষ্টানগী, মুসলিমগী নত্রগা মাতৈগী লাইগী মিংথৈ ( নাম ) ফংবা য়াই। রাখল লৌশিংনচিংবা করিস্থ খণ্ডজাভ্রিব অঙাং অতুদা ধর্মগী লাইমীং কাম্বারি। থায়না মমাং-লৈদগী লোনা মীতৈগী মপুংদা হায়দোক্লদবি অমা লৈরমই। মীতৈ মচাশিংনা থাংদা, তাদা, লানফমদা য়েক্লবশিংগা লানথেংনবদা শিজিন্নরম্বা লাইরা, তিনরা, লাইশোন, তিনশোন্নচিংবা পুম্নমক মাংল্লে হায়রমক য়ারে। কনাগুম্বা মচা-মনাইশিংনা তাকপিয়ু ফংজগে হায়জবদা মী অমি শুনা পুহৈদে অমদি থংহৈদে, শিরম-দাইদা তাকপিরমগে হায়বা অমা চংনরকপদগী অথং-অহৈশিং অতুনা শিরমদাইদা মরোল থোক্তনা লাইয়েংগুম্বনা নাতুনা শিথিবা নত্রগা মচ-মনাই অতুনা লংথৈ-তুথৈ চংখিতুনা ওজাশিং অতু উনবা ফংহৌদবা অসিনচিংবদগী মথং মথং ওইনা মাংনখিবনি হায়জনিংই। কনাগুম্বা অহমশিংনা হায়রমই; ঐগুম্বনা পোকপা ইচানবু লেম্না মাঙবা হৌনবরা হায়বা অমা; মাতুম্ভ থংনিংতুনা হংজরুবদা মথকী পাওখুম অসিনা অতুমক থুমজিল্লুনা থমখিখি। ঐনা খিক্তুনা ফংজরকপা লাইরা তিন্‌রা, হিদাক-লাংথক মথৈ মীতৈ ঐথোযদা কাম্নগনি হায়না নিংজবা মথৈদি ইথোকচরে।

অঙাংনা মমাগী পুকচুংদগী মালেমদা হেক তারকপা কনাগুম্বা মাওই অমদগী করিগুম্বা রাহৈ অমত্তা তাত্রিবৈ অমদি খোম ইন্দ্রিবৈ

মতমদা মপা ওইবা অহুনা মচাদা খোদা ( বর ) পিবিবগী য়ানি। অহানবা য়াথৈনা পুনসিযু হায়রগা চপ্‌না অঙাং অদুবু শাইহল্লিরবা মীওই অহু ওইয়ু হায়না খোদা পিরম্তনি।

## অঙাংগী লায়না।

অঙাংনা মরৈ নাবা খোম-ওবা, মশা শাগৎপা, খোমথি কাইবন'চংবা লায়না কয়ানা অঙাংবু নাংল্লি। অঙাংদু অনাবা থুদিংগী শিংবা অমম্তুং চাউবা হেনগৎহল্লি। অঙাং মরৈ শাইল্লবান্ তৌরোক তৌনা কাহুনা নাররবদি, যোইরাংথানম মরা, ইরাক ভুমিবা ফুকপা অহু থুংদা তকলগা অঙাংগী থুবাক অমতং থুয়াদা তৈবীয়ু মতমদি থুমিনাংদা থুমিং নিনি'হুম্মি তৈকনীবু ফগানি।

অঙাংনা যাম্না কা ৎেম্না মশা শাগংনবদি হাং লিং নচিংবা লৈখেং কয়া পিরক্কুনা য়াহল্লি। নরম অতুনা শাবা হৌর-পদ, অঙাংগী লয়াই লেফ্ পেৎ-পেৎ কাউবা অতুদা থাও তহুনা নত্রগা য়ুবী থাও তৈবীয়ু। পুং অতম/অহুমগী চাংদা থুমি নিনি হুম্মি তৌবিয়ু। মসিন' হন্দ্রগদি শাংকথান মনা ৯/৫ দং ঙেক্লগ মমাগী মতিন থরগা থুবাক শুক-শুক নোয়রগা মাচ অহু অঙাংগী মনাহোন শুমাং, নাথা, খোরি চরম, মখদাক মকম মার অতুদ' তৈবিয়ু অমুক অমম্তুং থুমিনাংরাই অমদি থুমিদাংদা তৈবিয়ু। থুমিং কল্লবদি তৈখোক চানখোকপিয়ু। অঙাংনা চহি ফাররবদি মথকী মওং অসিগুম্না থরোই:কিজুপ; মমা হয়াই কালজ্ঞি মনা; মরোই

নাকুপ্পী অমম্হৎ তিলহৌ চনম্নমু ফগনি। অঙাংনা খোম ওবা ১দি খোমথি ফায়বা হায়বা অসি, অর্থাৎ মশা নাবা নত্রগা মমান্না নায়বম্ব তৌগনি। মরম অসিনা মমা অথদি মচা অনিমক্তা লা-য়েংবীগদবা ওই।

অঙাংনা নাবা হায়হুনা তৌরিবা অয়াম্বদি তিল্না নাবনা অয়াম্বনি। মসিগী লাইওংদি ; মচিন চপ্-চপ্ শায়পনি, মথুংমা মনাক্তোম নোইগনি ; মতক হাইগনি ; মমিৎ মথক্লোমদা য়েং-থংকনি অমদি মথুং মশা থংচিং থংচিং চিংগনি অমসুং মরক মরক্তা থওগনি। মথক্তা হিরাকশিং অসিনা ফশা ওম্রক্কবা অঙাংগী মশানা অনুম অনুম শোকচিল্লক্না মতম অয়াম্বদা মমিৎ মথক-লোমদা য়েংথংলবা ; মকোক য়াম্না তোয়না হাইরবা ; অরোইবা লাইবক য়েংবা তারকপদা শিজিন্নগদবা হিদাকতি, তেথাও য়াইথু মক থর পোপ্ পোপ্ মৈথাইরগা চফু অমদা ঈশিংনা শরুক অহুম্লোঘ হেম্না হাপ্লগা লারোল তরেৎনা মনিল চৎতনবা মথুম থুম্লগা মৈদা লোনবা ; চফু মপুংদা ৪/৫ রক শোৎরবা মুম্লরিশি হায়বা মতম অহুদা মথুম অহুগী মযাই চানা চৈ অমনা হুৎ-তোকলগা মনিল অত কি অমোনবা অচোৎপা ( কংন শুমদোক্লবা ) কি অনি চফু মথুম্ অহু কুপ্পা থুং না খোরাং তৌহ্ননা থম্মীরগা অহানবা কি অমনা চফু মথুম্ অহুদা মিনিট অনিরোম্দং কুপ্তুনা থম্লগা অঙাংগী মকোক লরাই লেফ্কদা কুপ্পীয়ু। মতুন অহুদা অতোপ্পা কি অহুনা চফু মথুম অহুদা অমুক কুপ্পা, চফুদা কুপ্লিবা কি অহুনা অঙাং মকোক্তা অমুক কুপ্পা অমুক তৌহুনা ৪/৫ রক্তং

তৌবদা শোয়দনা ফগনি। অঙাংবু লায়না অসিনা শিরনি হায়না চিংনদুনা মাইবা, ডাক্তরনচিংবনা, অঙাং শিরগা হাপকদবা চফু অচৌবা থোরাং তৌদুনা থম্লবা মতমদা লায়য়েং অসিনা অঙাং ২/৩ গী পুক্সি কন্দুনা চফু থুগাইরে।

লৈবাক অসিদা পোকপা মী ( মীতৈনা ) লৈবাক অসিদা হৌবা মনা-মশিংনা শেম্বা হিদাকশিং অমুক্তং শিজিন্নদুনা য়েংবয়। অঙাংনা নাবগী হিদাক মরমদি চায়াম পোকপী মুপী অমনা কয়া পাংদবা মাইবা অমদি দাক্তরশিংদগী থংবা হেনগনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। তিনাশিবি মরু; হৈবী মরু; কেক্রুনচিংবা কয়া লৈরি। মসিনা অঙাংনা মাথ য়ৈথবতুনা শাগংলগা মাসগী মনপ্ অমম্বং পানা মনা মথোক থুগায়রগা অঙাংগী অমা থোংদা নমশিন্দুনা অমাংবা লোথোকতুনা মশা শাবা ফংঙি। অসিন-চিংবা কয়া লৈরি; ঐনা ইঙ্গরিবা অসিদি মরুওইব থরদনি।

অঙাংবু মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা তোয়না নাহাল্লব অসি অঙাং চাওনবা, শিংনবা অমদি মপাঙ্গল কন্নবনি হায়না লৌবম্ব য়াই। মরমদি অঙাংনা অনা থুদিংগী চাউবা হেনগংলি; শিংবম্ব হেনগংলি লোইননা মপাঙ্গলম্ব কনথংলি। অরাইবা

অমদা লৌমীশিংনা ফৌ পাম্বী ফননবা, ফৌ য়াম্না থোক্ল-নবা, ফোনা উকায় তম্লরি। ফৌ পাম্বীশিং অদু উকায়না নমশিন তকশিন্দুনা অমুক অমুক য়ৈথৈ। মথংদা অমুক অনৌবা য়েঙ্গিং হুন্দুনা পাম্বী চাউবা অমম্বং ফবা হেনগংহল্লি। মরাইবক থিবা ফৌ পাম্বী থর শম্না থেংশন্দুনা নত্রগা মরু ফুকৃলক্তুনা

শিবা য়াওরগুম, অঙাংনা নাবদা অঙাং থুদিংমক শিবা নত্তে; মরাইবক থিবা থরদনা শিবনি হায়বস্থ মাই।

মহৌশা তোরম্বা থবক্তু হৌজিকস্থু তোগনি। মহৌশা লৈরমদবা থবক অদু হৌজিকস্থ লৈরোই। তাইবংপানবা ওইরক-লৈদগী মহৌশা কৌবা লাইরেম্বীনা, অঙাংবু অহানবা তাঙ্কক্তা লোংমা হিপহন্দুনা নঙ্গলগী কোক্কী শরুক অসি কনশিলহল্লি। অনিশুবা তাঙ্কক্তা উপ্পা হিপহন্দুনা থবাক্কী ভকশমগী শরুক কন-শিলহল্লি। অহুমশুবা তাঙ্কক্তা কমহন্দুনা নিংজোলগী শরুক কলশিনহনবগ' লোয়ননা য়াংগী শরুকস্থ কলহন-লিংহল্লি। ৪শুবা তাঙ্কক্তা শল শাহন্দুনা পাম্বোম, ফৈগল, থুকউ, থুজেং অমম্বং থুবাক-থুৎশাগী শরুক কনশিলহল্লি; অদুগী মতুংদা লেপই মথক্কী তাঙ্কক থুদিংগী অমদি ময়া হৌরমদাই, কৌবা হৈরমদাই, মরোল থোক্লমদাই, মপাঙ্গল মরৌশিং হাপ্লমদাই থুদিংগী অঙাংদা নাহল্লি। মসি মহৌশাদগী লৈরক্লবা কনাগী তম্বীবা য়াওদনা, চৎনবা পথাপ ওইনা লৈরবনি। মশা-মউ শেংবা মপা-মমাগী মচা 'নংখিনা পথাপ্ চুম্না য়োকপা অঙাংদদি মথক্কী চাওরাকপা হিদাকশিং অমদি মীতৈ লৈবাক্কী অথং-অহৈশিংনা শেম্বা মীতৈ লৈবাক্তা ফংবা; হৌবা মমা-মশিংনস্থু ফবা ভমগনি নিংই। হৌজিক মতম অসিদদি লমচৎ-শাজৎ শোয়রকপা, চিঙ্গাক্লস্থ, মহৌশা চারমদবা ডাক্তা চারকপা মরম অসিদগী মহৌশা লৈরমদবা লায়না কম্বানা নারকপা অসিদগী পুক্লিং শেংননবা অহৈ অশিং (ডাক্তরনচিংবা) কয়া তাম্নবিয়।

শিগদবা অনাবা অতুদি, অহৈবা মাইবা নত্রপা ডাক্তরশিংনা য়েংলবসু শিগনি। হিংগদবা অঙাং অতুদি, মাইবা, ডাক্তরনা য়েংত্রবসু অচম্বা হিদাক খরদং মতম চানা তৌবদা মরাইনা ফজ-বনি, মতম খর শাংবদগী রানি। মসি পুম্নমক মীওইবগী পুক্নিংদা থাজবা থাজদবগী মখা পোল্লি। মীতৈ লৈবাক্তা মহৌশাদগী চংনরকপা মীতৈগী অহল লমন, লাইওইপ্রবশিংনা হায়রম্বা তৌরম্বা লাইরা খরদি ঙসি ফাওবদা মহৈ য়াল্লি ( শিদ্ধ পাল্লি ) অঙাংবু চাক ইনবদা মম্-মম্ ; ঈশিং পিথকপদা কুক্-কুক্ হ'য়না তৌরগা অঙাংনা ময়া কাখোক্তুনা চারি অমসুং থক্লি। মমুং হায়নবা শিইঃ শিইঃ; মথি ফাইহন্নবা এঃ এঃ হায়দুনা মথি-মমু' থিল্লগা মথি ফাইরি অমসুং মমুং হাল্লি অসিনচিংবা ; অঙাংনা কেপ্পা মতুং থা অমা অনিগী মমুংদা চংলি ; মসিদসু মমা ওইবোম্বা চংপা তম্বীবদা হৈনা—হৈনা হায়বা লাইরা অসি হায়দুন' তম্বীনৈ অমসুং চংলি। অঙাংবু তুমহনবা মতমদা, মমানা হুম্ঃ হুম্ঃ হায়দুনা অঙাংগী মথুক্দা থুবাক্লা পোপ্ পোপ্ ফুদুনা শুম্বদা তুমলি। অঙাংবু মমানা চোংবা মতমদা, অঙাংগী মশেগ্রাক্তা মথুৎ অনিনা পায়রগা তা-থিন, তা থিন থবিনা চাওরিতৈ চাওহৌরো ; তুমিংনা কারিতৈদা কাহৌরো ; চাওরো, শাংলো অদুম্না চোংনরি। পুং, জগোই, ঈশৈ, থাং-তানচিবা হৈরম্বগা লোয়ননা তুমিং থাগী খোঙচং থঙলম্বগী রানি। অদুনদি মীতৈগী রাংকু-লোল অসি য়াম্না রাংনা লৈরমই তাকপনি। থিজিনসি অথঙবা লাইর'-তিনরা হায়দোক্নশি ; ইপা-ইপুশিংনা, থংলম্বা, কল্লম্ব', চাওরম্বা,

পুন্সিরম্বা রাংভ-পাদনা পালম্বা য়ুম্বাল কৈপাল, শঙ্গোল, নাইকোল য়ুমশা কশাম্মচিংবা পুম্নমক খিজিন্দুনা তুংদা হৌরকদোব মী-য়োলশিংগীদমক, মমান্নবা অতোপ্পা লৈবাক মচাশিংগা লাম্বা পানরকপদা মমাই চোপ্তুনবা থনম্লশি।

অঙাংমা মখোং থাংহুনা চংপা অসি ( চংপা হৌবা ) কুপ্পা য়েংশিনবিয়ু। মখোং য়েংমা হান্না থ''বরা নত্রগা ওইনা হান্না থাংবরা; মখোং থাংবা হৌবা মতমহুদা মমাই কদোম ওনবগে হায়বা ) মশিনা কান্নবদি অঙাং অহুনা স্কুল, কলেজগী পরিক্ষ'নচিংবা নত্রগ' ইন্টভিউনচিংবা মমান-মমান্নবশিংগা চায়নরমদাই (কম্পিটিসন) মমাংদৈদদি শাকম-লাময়ম চংলমদাই হায়নৈ ; অহুগুম্বা চংলমদাইদা স্বর পুংফম য়েংলগা হৌগৎহুনা খোংশান্নমদাই ( য'ত্রা ) মতমদা মশাগী খোং হান্না থাংখিবা, থংলবদি মাইয়োনগা লোইননা, লাইমা থাংহনখিবা খোং অহুনা হান্ন থাংহুনা চংলু ( যাত্রা ) খোংচং অহু মমাই পাকলক্তবা হৌনদে হায়রমই।

মথক্তা পনপ্লে, মমানা অঙাং উনরমদাইদা শেংখিবা ফি অহু মচা অহুগী ফুরিং তুবদা মচেং অমা য়াওবিবা নত্রগা ফি মচেং অমা যত্নদা হাপ্তুনা মশাদা শিবিরবস্থ কৈ ; মসিনা কান্নবনা লম চংপদা .তিনমু-লাইমু ওক্লদে ; লোইননা লান্দা নোংমৈ ওলিনা পান্নোই থৈহুনা চংখিগনি তাকপিরমই।

# অঙাংগী নাকোং লাইখুন, খোমকক্লাই।

অঙাংনা মমাগী খোম থকলিভৈদা হাবদগী নত্রগা অঙাংগী মনাকোংদা খোম নত্রগা ঈশিং চংপ্রপন্থ লাইখুনগী লায়না অসি লাগল্লি। মসিগী হিদাক্কি, নোংকোবী উচেক্কী মতুনা শেংনা নিকথোক-শেংদোকপিরগা মেংথো থুমু মনৌ অহু রাঁমেদা লৌরগা মহি অহু অয়ুক অমস্তুং কুমিদা'রাইদা মনাকোং অহুদা শুমজিন-বীয়ু। চয়োল অমরোম কুখিং থুদিংগী ভোবীয়ু। নত্রগা থাওনম মরু অনৌবা অমদি পেরেলহৈ মনা মৈদা কাপ্লগা মনিল লৌবিয়ু মহু মনাকোংদা হাপ্লবস্থ ফগনি।

মৈদা মুন্না ফুংলবা থরোই মথিবোং অহু লংগুং অমনা চেংমা কিরগা অনাবা মনাকোং অহুদা নমশিন্দুনা থমউ, মতমদি অহিংদা ভোবীয়ু। নোংভাল্লগা লং অহু চিংখোকপিয়ু; অনি অহুল্লক ভোবদা ফবা য়াই।

## খোম্কক্লাই।

খোমকক্লাই চুবা হায়বা লায়না অসি মরু ওইনা অঙাং বাওয়োল থুবদগী থোকহল্লি। অঙাংনা চহি কাপ্রিভৈদা মমা অহুনা অমুক মীরোল্লবদি মহুগী খোম থকলুবদগী লায়না অসি নারক-পনি হায়না থাজনৈ। ভোইগুমস্তুং অওইবমক্তি মপ্তে। মসিগী হৌরকফমদি মপাগা মমাগা তিন্নবা মতমদা অঙাংনা খোম থকপদগী

থোকখিবনি, মসি হায়বা য়াদবদগী মথক্কী রাহে অসি শিজিন্নরম্বা ওইগনি। মমা-মপা ভিন্নরিভৈদা অডাং কপ্লকপা য়াওবা অতুদা মমামা হুম্-হুম্ হায়না থেমজিন-শুমজিনবা অডাং অতু মমান্নবা মীঘান্নবা রাগনি, মীশু চংগনি। মরম অতুনা অডাংনা থোম থক্লিভৈ মতমদা নিপা-নুপী শান্নরোইদবনি। অডাংনা তুমলি হান্নতুনা মমা-মপানা শান্নবা মতম অতুদা অডাং অতুনা হৌরক্নুনা কপ্লকপা থোক্লবসু থেমজিল-শুমজিন্নোইদবনি, মতুংদা থেমজিল-বিগদবা ওই।

মরাইবক খিবরা থোমককুলাই চুরবা অডাংগী মওংদি অহান্নবা ঈশিং য়ান্না কোগনি। অতুগী মতুংদা মখি মহি লাংনা চিংহি মচু মান্না ফাইরকনি। মশা ময়েং তারকনি অতুগা মবুক্তি কংথৎকনি। মাতুদগী ঈভোন তাপ্রবদি লাইয়েংবা রারে,। লায়না অসিনা অডাংশিংগী পুক্তি য়ান্না মাওহল্লি। অহানবা ঈশিং কোবা হৌ-রকপা মতম অসিদা তুমনো মরাগা শিতা-মিশ্রিগা মুন্না ফুৎলগা মহি অতু অডাং অতুনা ঈশিং কোরকপা থুদিংগী পিথকউ, নত্রগ্না কংফাল ঈকাইথবী মরাগ, মনাম্ন য়াগনি ; মতুম্ন মথক্কী অসিগুম্না ফুৎলগা পিথকপদা অমাংবা শুংগংলকনি, ঈশিং কোবসু ফগনি। মসিনসু হন্ত্রবা অতু ওইরবদি, মম্না-মপাগী লাই মচুম হায়বদি, চফু অশেংবা অমদা ঈশিং অরুবা হাপ্লগা ঈশিং অতুদা মমাগী শন্নকবা মপাগী লাইহু নুপ্তুনা চামশিল্লগা, অডাং অহনা ঈশিং কোরকপা থুদিংগী পিথকউ শোয়দনা ফগনি। থোম্ককুলাই চুপ্রে হায়বা হেক খওলকপদগী মমাগী থোম্ পীথক্তবনা ফরগনি।

পুন্নমক অসি ভৌনা তৌনা নত্রগ তৌহোদনা ঈভোন ভাগ্রবা, ময়াং য়াম্না কংলত্থনা চৎপা-খোংপা ঙমত্রন' ; শিবগা হিংবগা থমবদা শিবনা মরূগনি থম্নবা মতম অহুদা ভৌবিগদবা অরোইবঃ হিদাক্তি ; লফোই অমুনব' মপুং ফাবা অমদা চপ্ মান্নবা শরুক য়েন্থোক্লবগা থাংকক্ অনি ককৃউ। মকক্ অহুম ফংগনি, লফোই মকক্ অমগা মঙ্গে অরিবা মরু অমগী মনপ্ অমস্তুং মপ্রাম য়াওবা অমগা. থুম থজিক্কংগা .তঙ্গোৎ অমদ' থুনিংখোনা থুৎয়াই পোরগা ভকপা অমদি নৈবা, মতোং অমস্তুং মরূগী শরুক য়াওদবমথে লফোই মত্তোং অত্তুগা অমত্তা ওইনা তিম্নবা ভোরগা, অমুক নৈবা অত্থনা অহুম থোক্লগা, নোংমদা অহুম্নক পিজৌ। থা অমা অনিগী মলুংদা ফগনি, মসিগা লোয়ননা মশা কনখৎনব. চিঙ্গাকস্তু পীজ-গনি। ভাগী শরুক্তা ভাপ্রুম, ভাক্রা মীতৈ ভমু, মীতৈ ভথানচি'বা অতেকপা পীজবা কৈ। ভাপ্রুম অত্তেকপা অত্থ মকু থোক্লগা ঘিদা নত্রগা হঙ্গাম থাও অশেংবদা কংনা ভোরগা থুম থজিক্কং থাক্তুনা পিজবা কৈ ; মত্রগা ভাপ্রুম উতোংচাক হৌত্থনা পীজবস্তু কৈ। উতো'চাক হৌবগী মওংদি অসিনি, ব্রা অনৌবা ফংলবদি উভং রানা মত্তাং নামা থাংবা করূগা অচাথাওমা মহি ওইরগা, মরু লোথোক্লগা মত্তোং অত্থ থাঙনা কুপয়ান্ য়ান্দুনা শেম্নগা থুম অমদি য়াইভং থর থাক্লগা মথুম চেৎনা থুম্নগা মৈথক্তা নত্রগা ফুম-লোদা মুলহনবা অত্থগা উতোং অত্থ থাংনা থায়বোক্লগা পিজগনি। ভাক্রাদস্থ মথক্তী মওং অসিগুম্না পিজবা য়াই নত্রগা ঈশিং সের অহম্নোমদা ভাক্রা অচৌবা অনিগুম্বদং হাপ্তুনা ফুৎলগা, কয়ামুক

মুন্না ফুংকদগে হায়রবু, ঙা অহুগী মতোং অহু নিংখাইরক্লবা; মহি ঈশাং অহুনা সেম অময়োমদমক ঙাইরক্লবা মতম অহুদা থাংথরগা মহি অহু লিক্লি অমদা হাপ্লুনা থম্বীরো অহুগা নোংমদা অনিরক্কী চা'দা য়াউম অমমম্ মেদা শাহল্লগা পিথকউ। মীতৈ ঙমুহু ময়াদা খোইরু নম'শল্লগা মৈদা মুন্নবা লোরো অহুগা পিজৌ। ভুম্মন মমা ( নাপি মথল অমা ) থাও ঙৌদনা; য়াইঙং থাক্লগা ঙমু অচংবগা খোঙহুনা পীজবসু কৈ। মীতৈ ঙাথা অতেকপা থাঙাদ ঙৌদনা ময়োই-মপাং শুনা থাক্লগা মাইঙংগী মহুরা তেথাও মাইথু মহি থাক্লগা খোংহুনা পিজবসু কৈ। সুমিং খুদিংগী অমুক অমসুং সুমিদাংবাইদা চু পিজবা, চাবা লোইরগা থুম থর পিজবা অহুসু কামগনি।

## অঙাং লাইকুপ থোকপা।

লাইজাও থোকপা লায়না অসি মমাংদৈদ', লৈবাক অসিদা য়াম্না কিনরমই অহু ওইহুনসু লাইয়েংবগী পথাপ লৈজরমই। হৌজিক ভারত সরকারগী খৌশিল মতুংইন্না ভারতবর্ষদা লাইজাও থোকপগী লায়না অসি থিংবা ঙমগ্রে মরম অসিনা মসিগী লাইয়েংলোম ইকত্রে।

অঙাংদা লাইকুপ থোকপা অসিদি থিংনবা সরকারগী ( এলো-পেথি ) মতিক লৈত্রি। হোমিও পেথিকদি থিংবা ঙম্মে; শগোলদগী লোবা হিদাক মেলেম্রিমমনা শেম্বা অহু অঙাংগী চহি য়েংনা

চয়োলদা দোজ অমা চাহনা থা অমরোম চাগনি। মীদগী লৌবা ভেক্সিনিনম বিঃ টিঃ না দোজ অমা চারগ' থা ভক্কী মতুংদা লাইজাও অমদি লাইকুপ থোক্লকনি হায়বগী চিংনবা লৈত্রে।

অঙাংনা লাইকুপ থোক্লমদাইদা মশা য়াম্না শাগনি; মিহুম য়াম্না মমাই থক্লা হুনগনি; ভোয়মা খঙগনি; লোয়ননা চোইরোল লোমগনি। লাক-লাইহৌ অমদি অঙাং লাইওকপগী শাগৎপা, মিহুন মমাই থকপা হায়রপ্ মাম্নে। থেম্নবা হায়ববু লাই থোকদবমা ভোরনা খুঙবা অমদি মিহুন শাংনা শাংনা কাপ্পুনা হুনবা অসিঙনি। হুমিং হুম্নিদা লাই হুন্দোকপা হোগনি লাই হুন্দোকপা লোইরগা মশা ঈংথগনি ১মুং মিহুন নেমথগনি। মশা শাগংলিবা; মিহুম হুল্লিবা মথে লাই থোকপা লোইঙ্গি হায়না লোগনি। লায়না লাইথোক অসিনা অঙাংবু মপুঙ্গি মাঙহনব' ভোদে। অচুমক্তি ওইরগা মতম চানা হিদাক তৌবিহৌত্রবদি লাইচুম ফাইবা হায়বা লৈথেং অমা তৌহনা ইতোন তাপ্রবদি লাইয়েংবা য়ারে। অশিবগা হিংবগা য়েংবদা শিবনা নম্নে। লাইচুম ফাইদনবা লাই-লোয়না থোক্লনব হিদাক্তি :— অহলশিং'না শওম মশিংথা কোবা য়াম্না খারবা, নমথিরবা হিদাক অমা কোম্নিগী পাত্রদা (ফুিশ) ঈশিং য়াউম তথ্যাই অমরোমদা শওম মশিংথা অচু চেং মতেক অমগুম্বগা নৈরগা অমুক্ত পিথকই। মচুনা থুংদা লৈবা লাই পুম্নমক ফুদোকহন্দুনা শাবা কহল্লি। তয়েংনি লাইকং হুম্বা হায়-হুনা থোইমু লোইথাম ওকপিরবই, মাপম্নি লাইথাই তাব হায়হুনা উতং য়ানা ফুংলগা মমাই-মমিং তাবিয়মই; তরানি লাই-ঈক্কজবা হায়হুনা উতং মনা (য়ানা) ফুতুনা ঈক্কজবিবা পথাপ অসি লৈরমই।

মরম অমনা থরোইনিংথাবী ১০/২০ দং কাম্বগা, মনিং কক্থৎলগা পুথম অমদা থম্নো। মনিংদগী মহি অরুব থোক্লকনি; মহি অহুদা শিতা-মিশ্রি কুপ্পগা নম্নমবা থাক্ত্না ম্যাউম মথাই অমম্নোমগী চাংদা নোংমদা অনিম্বক ফুমিং মিমি/হম্নিদং পিথকপ্রবদি লাই লোইনা ফুদোক্ত্না মশা ইংথহুনা কবগা লোইনবা লাইচুম কাইরকনি হায়বগী অকিবা লৈত্রে।

# অঙাং পোক্তবদগী নিপা নুপী পুন্সি মাংদনবা লাইরা।

নিপা ওইবনা চহি ২১ দগী ৩০ গুরকপা; নুপী ওইবীনা চহি ১৮ গুরকপদগী ২৫ গুরকপা ফাওবগী মতুংদা মুম পানগনি। চহি অহুমগী মতুংদা অঙাং পোক্লবগী মঙং লাক্তবদি মথাগী মরমশিং অসি থিজিনবীয়ু নিপা নুপী অনি অহুগী মরক্তা অমনা অথাংবা (থি) নৈয়থংকনত্রা মত্রগা ঈ চানদত্রা মত্রগা নিপা নুপী অনিহুগী তুমা শুবা নত্রগা তুমা শুদবা অনি অহু মান্নত্রা? হায়বদি নিপাগী চহিনা তুমা শুবা মতমদা নুপীগী চহিসু তুমা শুরবদ্রি চহি অহুগী মতুংদা অঙাং পোকপগী মতম ওইগনি। তুমা শুদবা ওইরবসু অনি অহু মান্নব মতমদা অঙাং পোকনি। নত্তহুনা অনি অহু করক চংনরবদি মপুক্তিদা অঙাং ফংলোই। নিপা নুপী অনি অহুগী মরক্তা অমা নত্রগা অনিমক ঙুমিং হম্নিদগী ভাকনা অমাংবা নৈংথংলবদি অঙাং পোক্লন্দে। মম্নমদি কপ্তোদা লৈম্নিবা অঙাংগী মহিক

অচু অথাং এইগে চায়না ল'কপদা লম্বীদা শিরগনি মরং অচুবা অঙাং পোক্লরোই মরম অসি লৈবনা মমিৎ খুদিংগী খোঙচাম্ব (থি-কাইব') থেমদোকপীগদবা ওই।

মথক্তী মরমশিং অসি শোক্লবা শেবদোক-শেমজিন তৌবা ছায়বদি পাহ্যে'বা য়াত্রবা অচু ওইরবদি, মতম লৈরিঙৈদা নিপা মপী থাইদোক্লহৌবনা মপীগী পুন্সি মাংহন্দবা ওইগনি। মরমদি নিপাগীদি নহি মতম কক্লনা অঙাং পোক্লবগী মতম, পাঙল তাইবংপানবা মপুম্বা পীবিরমই। মপীগীন' মতম কক্লন অঙাং পোক্লবগা পাঙল পীবিরমই। থাগী খোংচৎ হৈ-শ ৎপা থমথনা লেপখিবদগী অঙাং পোকপগী মতম লৈত্রে। মবম অসিনা মতম লৈরিঙৈদা খায়দোক্লরগ' অতোপ্পদা য়ুম পান্দুনা লাইবক চাং য়েংবিহৌবনা অকবা ওইগনি; শোয়দনা অঙাং পোকনি, ফাগনি।

# নিপা ওইবনা তৌগদবা মথৌ।

## ১বা তাংকক

## হকচাং ফনা পুন্সি মুংশাংনা লৈনবা

অমুক অংনুবা যাহৌব' মতমদ', চয়োল অমগী মথ'দ নিংথৌকাব, মমশকৈশা, ঈরাই মুমিত্তা ওইগী নাংনন্ন মর লৈবা মতমগী পুংকমদ' খো' ওইনা ছায়া থাংদুনা ফমুংদগী কুমথমুনা শাজেল অসি তৌরবদি নোংমা অচুগী খোং শানুবা (যাত্রা)

ওইরে হায়না লৌবা য়ারে। অরেম্বা মুমিৎ হায়বদি লৈবাক-পোকপা, শগোলশেল, থাংজ অমসুং নোংমাইজিং মুমিৎকীনা নাত্তোন য়েত্তা স্বর লৈবা মতমদা য়েৎকী খোংনা হাম্না থাংহুনা হৌগৎকনি।

য়াহৌরমদাই মুংশা স্বর য়েংবা অমদি থৈবা মতম অহুদা হকচাং অসি উপ্প চিপকনি অহুগা খুং য়েৎথংবা অহুনা খুংতুম ক্ষেংনগা খোইদোদা থমগনি, মিনিট মঙারোম লৈরগা খুং ওইগী থুনাক্তা য়েৎকী খুংতুম অহুগী মথাদা লোনশিনথনি; মথংদা স্বর য়েৎলগা হৌগৎকনি। হৌগৎলগা য়ুমগী মপান্দ খোংকুনা মুমিৎ অমদ উপাল-রাপালশিংবু ঙসি কোবা মামত্তা উব ফংজবগুম হয়েংসু উবা ফংজগে হায়না থুরুমজগনি। অহুগী তুংদা হঙ্কী ঈশিং চখোক্লরগা তিংথো নত্রগা হুপ্পচিংব নাপী-'শংবিদ', মালেম ইমাদগী কারকপা লিক্লা অহু খুৎন হাইহুনা লৌরগা মিৎলুদা হাপকনি। মথংদা অমুক লিক্লা অহু লৌরগা য়োৎকনি, লাইরাদি "মালেম ইমাগী য়েন্নি লিক্ল, [illegible] খুদিংগী কাবিবা অসিগুম্বা ননাই, ঐগীসু কাইনবীয়ু" অহুম্ন নিগনি। মথংদা হাঞ্জিল্লুগা মক্ত্রংদা নত্রগা মাংলোনগী ইথোকক্ষেন্দা চপ্ তিংনা লুখনগী শরুকা লিংক্ষেংলগী শরুকা লোইননা য়াওনা চপ্ তিংনা পুংথাই অমরোম কমশন অহুগী [illegible] খোং [illegible] দাকনি (থি ফাইবা) মতম অসিদা ঈশিং অহুব থর য়ান্না পামগা হকচাং হোবা মতম হায়বদি, থি মক্ত্রথা ঙুংশিং ওইগাদু থর [illegible]। মতমদা, লরাই লেঙ্কদা ঈশিং থর য়েরিবু; থক লৈবা মুংশিং অমাংবা লোইনা লাকনি।

মসিবু চাং নাইবা তৌরবা মী অহুদি মপুক্সিদা কোক তাওবগী লায়না লৈরোই হায়না অহলশিংনা হায়রমই। মথংদা অমাংবা শেংদোকপদা ঈশিং থর লেমহল্লু। অরেপ্পা ঈশিং অহুনা মাইতাবা, চিল্ তেংবা তৌরবদি, মাই থুইরোই, কুচু মাংলোই, য়া পুক্সিগনি হায়নস্থ হাইরমই। চিল্-য়া শেংদোক্লবা মতুংদা ঈশিং অয়োকপা ম্রাউ়ী অমা থকনি, অমুদগী য়াথক্রবদা মাইল অমদগী তাদনা মাইল অহুমদগী হেন্দনা, অশংবা নাপী-শিংবৌ য়েংহুনা চংলবদি (ব্রাকিং) যিংস্থ কগনি মুংশংগী লায়নাস্থ কোকনি। অয়ুক্তা পুং ৯ দগী ১০ কাওবদা চাক চাগনি। চাক চাবা তোক্লপা চিল তেংবা থউমদা য়া মস্থংদা ঈশিং উম্লগা হক্তী ঈশিং চংহল্লু মসিবু গুমিং মুদিংগী অয়ুক অমস্থং গুমিদাংদা চাং কায়দনা তৌরবদি মী অহু ঈশিং-য়াকমগী লায়না লৈরোই। অয়ুক্তা থবক কয় শু-গোবকুনা হিকচাং ব্রাকয়বদি চাক-তোকপা মতুংদা তাইহাক হিপ্পুনা পোং-খাগনি মত্রবদি মু-খিল তুম্লোইদবনি। অহলশিংনা মুংখিল তুমগনু ছুয়বদি পুক্সি কক্‌ই হায়রমই, মসিনা তাকপদি নশা কংলোই ; নশা কত্রবদি পুক্সি তেনগনি হায়বা রাকম ওইরমগনি।

## ২শুবা তাংকক্
## মণ্ড অমস্থং লাল্ যাত্রা।

অহিং তুম্বদা মণ্ড য়াম্না মুংতাইরমত্রবা মাহুবু তাইবংদা থোক-হরিংত্রবা অহু ওইরবদি য়াহৌরকপা মণ্ডমদা অতোপ্পা থবক অমা লাইকত্রিবৈদো শুমাওগী থাতেনফমদা মাই মথা ওন্দুনা লেপ্লগা।

খুৎ য়েংকী খুবাক্তা "লুমাদা মাংলো, লুখমদা খমলো" হায়না শোন্নগা অহুম্নক নাঙ্গৌ মঙ ফত্তবগী মহৈ ( ফল ) লৈত্রবনি।

মঙ য়াম্না লুংঙাইহন্নবা মতুং ভাইবংদা অফবা মহৈ ( ফল ) লৈহন্নিংলবা মতু ওইরগা মথক্কী মতম অমসুং মফম অচুদা মাই অরাং ওন্নগা "লাইবক্তা পক্লো, লুতুংদা তুংলো" হায়না অহুম্নক নাঙ্গৌ মঙ অতুগী অফবা মহৈ ফংগনি।

নিপা ওইবনা শা-লান্ অমদি লংথৈ চৎপা ভারহুনা, মাঙ্গোল ফঙ্গেনগী ফক্তা মাই অরাং ওন্দুনা ফম্নগা অম্মুক য়াহৌবগী লুংশা ম্বরপা চানবা খোংশান ( যাত্রা ) মতমগী পুংকম ভাইরকপা মতম অসিদা, হুকচাংগী ময়োল ( ভাইবং শেম্ব' লাই ) অসিদা খুনিংথোনা কুয়োম মমুংগী লৈরিক অকোয়বা অচুদা কোৎলগা, নাত্তোন্দা মনম নমহুনা য়েংবদা মমম লৈত্রবদি, মুখিং অচুদা চৎভবনা ফরগনি। করিগুম্বা চৎভবা য়াদহুনা চৎপা ভারবদি ইমুংগী ইতু-ইচাদা ফজবা রাহৈনা হায়রবদি ইমুং-মমুংগী মীনা খগত্তমবা অমদি লুংশা খিদনবা রাহৈনা, লৈত-লাইরগী অমসুং শেন্দোন-থুমদোনগী মরম পুন্নমক পুকমেন-পাওমেনবা তৌরম্বনা ফরগনি। মরমদি খোঙচৎ অতু য়ুমদা অমুক হল্লক্লোইদবনি; লাইওইগ্রবা অহন-শিংনা মতম কুইনা চাংয়েং অতৈ তৌরগা হায়রম্লবনি।

# য়ুমগী য়ুম্ফম য়েংনবা পথাপ।

ইথোল কাবল য়েংলগা য়ুমগী পরিং হুন্দুনা য়ুম্ফম থোরে। য়ুম্ফম অদুদা মেন উরেপ ( যাত্রা ) গী মফম অমু শোয় অমদি শোয়দে হায়বা য়েংবা তারবদি উরেপ মফম অদুদা মুমিদাংদা য়াই শেংনা থৈথোক্লগনি, ভাইরেন মনানা ঈশিং থিকতোক্লগনি, অদুগী তুংদা হৈকক্ মেক্রক থাওমৈ থানগনি, লা লাংতান নোং-পোক ওনবা অমগা হেক্লগা মদুগী মথক্তা চেংফুদগী চেং খুদাক অমা য়ুমুরেল অদুবু লৌহল্লগনি অদুগা হাপচনগনি। লাইরোল্দি, "নোংমা কৌবা মুমিত্তা, মঙাং, লুরাং, খুমন অহল অদুমা লাল্লুপ্ পুই হাঈরে, মতম অসি ইপুথৌ খুমন অহনবা পুং। মতম ওইবনা ইপুথৌদঃ খুমনঅদুমা ওসি কৌবা মুমিং অসিদা ননাই এগী উরেপ হুনকম অসি শোয় অমদি শোয়দে হায়বা খুদম অমত্তং পীনবিয়ু; মমাংথৌদা লাইয়ামশিংনা লেপ্পরবা পথাপনি অসি হায়রগা লাভোন্দগী চেং অদু য়ুমু মুপা অদুগী চহি মশিংগা মাপ্পনা মশীং থীরগা য়াই থৈরিবা মফম অদুদা চাইংথোক্লগা খুবাক্তা তপ-তপ য়ৈশিন্দুনা ককচেং থোয়ানচিংবমা চেনথোকখিব। ওমদনবা তৌরগা থুম্মুককুম্বা অমনা কুপশিন্দুনা থম্মু। নোং ওাল্লগা থুম্মুক অদু হাংদোক্লগা চেং অদু মশীং থিত্তুনা য়েংউ। মশিং য়াংলম্লবদি কত্রে য়ারবদি কুপ্ন কাবন পরিং করি করম্বদা শোয়বগে য়েংউ। মাপ্পরবদি ফরে; হেল্লম্বা থোক্লবদি য়াম্না ফরবনি অহেনবা মশীং অদু চহিনি, অদুনা চহি অদুদা নিংবা থুংবগী খুদম উবা ফংগনি;

# মেন উরেপ (যাত্রা) হুনবগী পথাপ।

যুম, শঙ্গোই, কৈ, শগোল্লচিংবগী মেন উরেপ্ (যাত্রা) হুনবী রা হায়রগে। খুমিং, থা, চহিগী মতম য়েংলগ। অয়ুক, মুংথিল নত্রগা খুমিদাংদা মতম য়েংদনা হেক্ত হুনবা য়াবগী পথাপ্ লৈ। নিংথমথাগী অয়ুক অঙনবদা উরেপ হুনবা ফবমগনি থাজদে। অহলশিংনা হায়রম্বদা, নশা ইনথংলক্লিভৈদো য়ুম-কৈ শাগদবনি অসিনি; মসিগী অচুম্বা লৈহুনা হায়রম্বনি থম্বহনা য়েংশি মখাদ :— উরেপ হুনগদোরিবা মকম অহু উথুল তোগনি, মুংদা ওইরবস্থু মুংথুগ হুংকনি, অয়ুক্তা ওইরগনা উকোক্না অরাং নত্রগা নোং-পোক ওনগনি, খুমিদাংবাই ওইরগনা উকোক্না নোংচুপ ওনগনি, মসিগী মরমদি মি নন্দনবনি।

মখুয়েন নিপা মুগী অমি অহু কিশেং অরুব অমানবা শেং-তুনা য়াম্না কেমা-খোনা, থরাই মুংভাইবা রাখল তোইহন্দুনা ফমহনগনি। মতম অহুদা অমাইবা মত্রগা অশৈবা অহুনা উরেপ অহুগী উথা শাংকক্ অহুম থাগনি তাইরেল মখানা ঈশিং অশেংবদা লুপ্লগা নাহাইহুনা থিকতোকনি অহুগা উথুল মপা অহুগা উকোকা মপা চানহনগনি। উকোকী অরাং পাংনা নত্রগা মতম মতম অহুগী মতুংইন্না নোংপোক্তা নত্রগা নোংচুপ্তা (শিথা) অথেনপোং অমা থাগনি; মেক্রুক থাগনি, থাওমৈ অমা থানগনি, চেং-থোক্টদিং, লৈ, তিংখো, শঙ্গোম, চুহি য়াওগনি। লাইনিংথো লৈমরেলগী কাদন্থু অথেনপোং কংকনি। অশৈবনা উরেপ অহুদা

ফি অমা থোনবিগনি। হৈনৌ মনা অহুম্না লিকী মওংদা শিবি-গনি। অহুগা উকোক অহুদা চেং-থোইদিং, শঙ্গোম, চুহি, লৈ, তিংথৌ হৈজিন-চাইশিন্দুনা লাই শোনবিগনি।

লাইশোন্নি নহাকপু নতাওনা ঙসি কৌবা মুমিৎ অসিদা নিংথৌ হাপ্পুনা মুংতাইনবা থৌরাংলেদৌ; নহাক্কু নতাওবু মুংতাই য়াইফ মচা-মশুনচিংবা পুন্সি মুংশাংনা লৈনবা শীনবীয়ু ইবুংঙো অসি হায়খিগনি।

উরেপ য়ুংখংপদা মী অহুম চংগনি। মীশিং অহুগী স্বরম্ন য়েংগনি, মুমুরেন অহুনা মহাকী পুক্নিং-রাখল স্বরনচিংবা য়েংহুনা পাম্নকপা মতমদা উরেপ হনগনি। উরেপ অহু হৌগংপদা হাঃ হায়না হৌগংকনি; হং হায়না লেপকনি, য়ুংবদা হৈঃ হায়না য়ুংগনি। মসিগী মতুংদা ঈচেল অমা লৈরি, মহু খঙন' অমম্নং চুম্না উরেপ হুম্নবদি য়ুম শঙ্গোই, কৈ, শঙ্গোল অহুদা অফবা মহৈ ফংগনি।

ঈচেল অহুদি উখুল অমদি মুংখুল অহুনা মালেম ইমাগী লাই-কমদি মেন-উরেপ অহুগী উকোক অহুনা তেংবানবা মপুগী তাইবং শেম্নবা চাওথোকপা ওম্বা লাইগী মশক্নি। চেং, থোইদিং, লৈ, তিংথৌ, শঙ্গোম, চুহি অহুনা লাই অনি চায়নরকপদা থোক্নকপা মহি-মনাই অমম্নং মতালগী মশক্নি। লৈ, তিংথৌ অহুনা মশম মনাগী মশক্নি। মরম অসি লৈ হায়বা খওলম্বনা নহা ওইরিঙৈদা ইনখংলক্লিঙৈদা য়ুম শাগদবনি হায়রম্বনি। অহুনা নিপ-মুগী অহুদা তাকপিহুনা রাখল তাহনগা নিপা অহুগী তাইবং শেম্নবা,

চাওথোকপা অমদি পিকশিনবা গুম্বা লাই অহুমা তাইবং শেমগে হায়বগী মত্তাগুম চাওথোরকপ। মপুং ফারক্তুনা চপ হেক মুংথং-লকপা মতম অহুদা উরেপ হুনগনি :

## ঈশিং য়াফম ফত্তবা।

ঈশিং য়াফম ফত্তবা হায়বসি মথল খর য়ামই ; ঈশিং য়াফম থাউ অতুদা নাতুনা ঈশিং থজিক্তুং লৈবগা থাংবা ঙমদবা ঈশিং চংথোকপ্রগা ফবা, অমুক তাইহাক্তুং লৈরগা ঈশিং চংনিংবা অমা অমমা প্লক থোইদোগী মথাদা যেক্তুনা ঈশিং মচু তাংশং তাংনা চংপা, ঈশিং অহুনা ফিদা চোংপ্রগমা য়াইঙং মচু মাম্না চুবা অমা নত্রগা ঈঃ মচুগুম্না হানবা অমা অসিনচিংবনি। অহানবগী মথল অসিগী হিদাকশিংদি :— ভবোব্‌পী মনা, হৈনৌজোম মনা নত্রগা মরা মুঙ্গা ফুংলগা থকপা নত্রগা হাকথিথনবী মনা অমোবা ১মুং মতোন অতুগা তাথা-ঙমহাই থকংবগা কাংশোই ওইনা চাবমু কৈ।

অনিশুবদা কোঙ্গেং থোংহুনা চাবমু কৈ ; হৈমাংগা মৈতৈ তিলহৌ মরু খর পোপ-পোপ শুগায়রগা ঈশিংদা তিংলগা থকপা নোংমদা অমিরক অমুক তিংবনা চরোল অমা শিজিন্নবা য়াগনি। ওকচাক থোম্বী মরু অহু শিংচিন্বা শিংলপা মোরোকমেৎপদা তোংশিন্নগা শিংজুগুম্না চাবমু কৈ।

মথকী হিদাকশিং অসিনা কাময়রক্তবা মুংচাক লৈয়ে হায়না চিংনয়গা অদু ওইরবদি ; লাংথৈ মতোল তয়েংতং শোয় হোন্দনা থংলগা শুম্বলদা শুগাইরগা ঈশিং থম থাহুনা মহি লৌয়ো ; কোয়িগী কুশি নত্রগা তামিদা হাপ্লো মহি অদু নয়নবা মৈতৈ থুম মকক্ অমা মৈদা ভাংশং ভাংনা ইক্লগা হিদাক মহি অদুদা থাদয়ো, থুম অহুনা তুম্নবা মতমদা থকউ, মোংমদা অনিয়ক থকউ। মুং-চাক লৈয়ম্লবদি শোয়দনা তাগনি, লোয়ননা অয়েকপা অদু কগনি।

ঈঃ মচু মাম্না নত্রগা ঈথেং ওইনা হাল্লবা মুং শোয়দনা লৈরবা অদু ওইরবদি লম থাংজৌ (নাপী মথল অমা) মৈ থাহুনা উং লৌরগা উত্তি চুমলো কোক্তৌয়েল্ লাবা মনাগা চো থরগা উত্তি থোংহুনা চারবদু মুং তুমগনি। নত্রগা উচেক সোভাইয়াবগা কোক্তৌয়েল্ লাবা মনাগা মরোই-মপাং, থুম-মোয়োক থাক্তনা থোংলগা চারবদু মুং তুমবনে। থাজবিত্রগা মুংগী তেঙ্গোং অমা থোতত্রিভৈদা অকম্বা অদু ওন্থোকউ, তেঙ্গোং অদুদা থোংলবা মতুংদা অমুক হন্না ওন্দুনা য়েংউ শোয়দনা থংগনি।

## ঈশিং পুকচৎ।

ঈশিং পৌনা চংপা, অহিং অমদা ৩/৪ রক চংপা, তুম্বা কায়রবা অসি ভাক্না ঈশিং পুকচৎ কৌবা য়াদে। ঈশিং পুকচৎকী মওংদি ঈশিং অদু থুমগনি, লৈবাক্তা চংথোক্লগা য়েংবদা কদ্চেং

থোয়া টনগনি। ঈশিং পৌমা চৎপগীদি চাঃনচিংবা থকপদা চিনি য়াওবা থকপা কত্তে। চাকবাই অকুপ্পা অহু য়েনশাং ওইনা মত্রগা মৈদা ভোরপা ভোয়না চাবা কৈ। কুমনা (নাপী মথল অমা) গী মনা অহু মুম্না ফুৎলপা মহি অহু থকপিয়ু নোংমদা অহুম্নকী চাংদা। থম্বাল অভাংবগী কংফান্দা চোংবা খেঞ্জোংগা থজিং অকং-বগা থোংহুনা চায়বগ্ন ফগনি। ঈশিং পুকচৎনি হায়বা শেংনা থওলবদি ইমুংগী অচিকপা মকম অমদা চফু অহনবা অমা থম্বীরো, অহুগা ঈশিং অচৎপা থুদিংমক চফু অহুদা হৈজিন্দুনা থম্বীরো ; কত্তবা মথৈ চফু মনিংদা কমগ্রগা মথকী অরুবা ঈশিং অহু অনাবা অহুনা ঈশিং কৌয়কটবা মখৈ পিথকপা, কৌত্রগনা নোংমদা অহুম্নকী চাংদা পীথকউ। মসিদা ফত্রবদি লাইয়েংবদা য়ায়পনি।

## খোং-হাম্বা।

চাবা তুমদবগী খোং হাম্বা (ডাইরিয়া) নত্রগা হকচাং কত্ত-বদগী হাম্বা (থাতু খোংহাম) অসিদগী হেনজিমগ্রগনা খোংহাম্বা অচৌবা পুকচৎপা ওনগনি। চাবা তুমদবদগী খোংহাম্বা অসিদি, তুগৎ-তুগৎতুনা পুক ওইগী নাকথংদা খোংথ-খোংথহুনা হামই। মসিগী হিদাক্কি :— চম্প্রা অমগী মহি লৌয়গা লিক্লিগী গ্লাস অমদা হাপ্লগা ঈশিংগী শরুক্না অহুমগুম্বা হাপচিল্লো অহুগা লফু মরুগী নত্রগা লকোই মকুগী উং মত্রগা সদি-বাইকপ্ চামচ অমা হায়গা

ওংখাইবদা য়াম্না থুনা শোগৎকনি ; শোগৎপা অহূ হেক হৌরকপা পাখোকখিত্রিজৈ খুদক অহূদা থকপা, নোংমদা পুং অনি অনি কাম্নরগা থকপা ফগনি।

হকচাং ফলক্তবদগী খোংজাম্বা ( খাতু খোংহাম ) মসিগী মওংদি নোংঙাল্লমদাইদগী হৌরগা অয়ুকী চাক চারগা হেক ফবা, মথংগী তুমিত্তম্নু অমুক হৌবা অসিনি। পেক্কক চমফুৎ মহি থকপা লোইননা কংশু চাবা ফগনি নত্রগা নোংমানখা মনাগা শুথা অকং-বগা শিংজু চাবস্নু ফৈ। খ্বাইদগী হেন্না ফবদি মোইরাংখানম মজোল নত্রগা মপাল অপোম্বা অহূ চমাইদা তাম্নগা থুম মোরোক থ কুনা মেৎলগা চাবস্নু ফৈ নত্রগা থাউদা কাংজৌ ভোহুন চাবস্নু ফৈ। নত্রগা লৈবুং খাংঘ মহৈ অমুনবা অহূ খোইহিদা নৈথায়রগা .ন.ংমদা অনিরক্কী চাংদা পীথক্লবস্নু ফগনি। মীতৈ য়াইঙং মনাও মকক্ অমমম্ অয়ুক খুদিংগী চারবস্নু ফগনি মসিনা কুচুম্নু মাংলোই পুক্কী লায়না খুদিংমক্তা কাম্নগনি।

## ঈতোন ফায়বা।

ঈতোন ফাইবা অসি মথল য়ামই। খোং তোয়বা হাম্নঙ্গদগী মমৈ তারকপদা ঈতোন তোলহাও ওইনা ফাইরকপা অমা ; ঈ-গা লোয়ননা য়েক্কুনা ফাইব অমা নত্রগা খোং হাম্বা য়াদবা শুংকৎপদগী মতুংদা ফাইরকপা অমা অসিনচিংবা। তোলহাও ফাইবা অসিদি মুংশিং কানবা চিজাক, শজোম অকম্বগা চহাও চাকা লফোইগা

তোংত্তুনা চারবস্থ কবা য়াই। পাঙথোক্লা মনা অনি/অহুম লোমশিন্নরগা, ঈশিং অরুবা য়াউম অমগী চাংদা হাপ্লগা মিনিট ৪/৫ দং থম্লগা থকপা অত্তুম্ন ফবনি। মঙ্গল হব্রাই নত্রগা মুত্ত হব্রাই মরু মৈদা তৌরগা চারবস্থ ফবনি। হকচাংদা মুংশিং হেক থাইবা য়ারগা ঈতোল তোলহাও কায়বা করে হায়না লৌবা য়ারে।'ঈ-গা লোয়নবা য়াম্না য়েরুক্না কায়রবদি য়েরুমগা য়োংচাক মরু থরগা তল হৌহনা পীজবা ফবনি। নত্রগা য়েরুম মমুৎ অতাবা অহুদা চিনি অতৌবা থর ঈশিং য়াউম তংথাইমুক্তং হাপ্লগা গ্রাস অমদা চামচ অমনা তোয়ননবা ওংথাইবদা শঙ্গোম্মুক তৌরকনি মতম অহুদা পীথকপা নোংমদা অশিরকী চাংদা পীথকপা ফগনি।

খোংহাম্বা য়ারমদবগী মতুংদা ঈতোন কায়রক্না হকচাং ফুচু হেক থা'বা মথৈ মুংতাইরকবা মফায় অহু তৌরক্লবদি নোংমা চরা হেন্নগা মথং মুমিং অহুদা শঙ্গোম অকপা চফু ( খুম ) অমা; লফোই খোমিং কাবা লফাং অমা, চুহি অনৌবা পওয়া অমগা কবোক অফাবা মেরুক অনিরোমগা চেংপাক মেরুক অমগা ফোলা তোৎতুনা চাবা, মুমিং অহুদি চাক-য়েনশাং চাররোইদবনিনা তাম্নবা মথৈ পুক থম্না চাগনি।

চুহি অনৌবা অহু ঈশিংগা তংথাই য়াম্নরগা মঙ্গে অম্নিবা মরু অনিরোমগী শরুকা উহল মনা ৪/৫ দংগা তেকোং অমদা য়াম্না নোইরগা মহি অহু নংশিন্নকনি; খুৎনা পুন্নপ পুন্নপ পায়থংপা য়াবশুম তৌরকনি। মতম অহুদা থক চাগদবনি মহুনস্থ কবা য়াই।

লায়বা অসিদা শিজিন্নরম্বা পোংহৈতোন মনা মতোম অনৌবা অহুম/মরিদং ছিংনা চিন্না থংতুম্না চাবা অসিমু চংনরমই। মসিদি মমাংদৈদা মীতৈ নিংথৌ ক্যাম্বা-গা অমাগী পোংনিংথৌগা লম য়েন্নবগী মতাংদা অঙ্গে। চৌংগী চিংদোম চিংখাং (চৌংয়াই) দা অমাগী নিংথৌনা খুদোনপোং ওইনা ঈতোন কায়বগী হিদাকনি হায়না পিরম্বগী বারা চাওনা লৈরে, বারি অদু শুপাইনা ইরক্রে, কায়বা রাদমক ইরে। মুমিং অদুদা নিংথৌ অনিনা লম য়েন্নবা মতমদা মীওইবা হায়বসিমা মপুক কংলক্তবা য়াওনরক্লগা, মতম অমদা লম হেনজিন্নরকনি, মদু য়াদনবা উরি-রারিশিংদা শিম্ব (বর-শাপ) পিনরম্বা অদু ওসি কাওবা কায়দনা উবা ফংলি। অদো চৌংগী চৌংখাংদগী হৌতুনা মীতৈগী লম মথৌনা উরি-রারিশিং অদু য়েংলোমদা লৈহনা কারি। রক্ক-কবো-গী লম মথৌনা উরি-রারিশিং অদু ওইরোমদা লৈহনা কারি। নিংথৌশিং অদুনা হায়নখিবা অদু ওসি কাওবদা লৈরিবনিবা মথক্তা হিদাক অসিমু নিংথৌ অদুনা কগনি অমদি হিদাক অসি চারগা কবা ওইমু হায়না শিম্ব। পিরম্বা মরমনা শোয়দনা কতম্ থোকই।

## পুক থিনবা।

পুকথিনবা কৌবা লায়না অসি থোং হাপ্পা (খি কায়বা) ঈশিং চংপা য়াদবদগী মক্লপা থক-খাগী মুংশিং অনি চান্নবদগীমু পুক থিজি। লাইওংশিং অসি থংদোক্লগা লায়য়েংবিগদবা ওই।

লমহা° তুহাংদা খোং হামলুবদা লৈমুংদা চেপায় মচেং নত্রগা লিক্লি মচেংশিং মুংনা লৈবা মপাদা খোকলুরবস্থ পুক থিল্লি মফম অতনা চংলগা তৌথোক্ত্না চেপাই মচেং, লিক্লি মচেংশিং অহু লোথোক্লবস্থ কবনি। থক-খাগী মুংশিং অনি চায়নহুনা থিনবা ওইরগনা : ঈশিং থল্লা থকচিন্দুনা থিংমরিবা মুংশিংকী ঈচেল অহু কায়হল্লবস্থ কগনি ; নত্রগা অমাংবা নত্রগা হকী ঈশিং থল্লা লোথোকপীরবস্থ নত্রগা ওথোকহল্লবস্থ কগনি। লমহাংদা ঈশিংহু কংত্রবা ইশাস্থ ইতোমতা চাইরবা অহুগুবা মতম অহুদা পুক থিল্লক্লবদি খোনাওদা খুদোম্বী খি জিন্দুনা ওথোক্লবা হোৎনবিয়ু। মথকী পীঞ্জিবা খুদম্শিং অসিগী ব্রাংথদা চাং অমা নাইনা পুক থিনবগী লায়না অসি ইতং হৎতনা তৌরবা অহু ওইরবদি চিনি অতাংবা নত্রগা চু পুক থল্লা চায়বস্থ কগনি।

হোংচু কল্লগা তোর্বোৎ অরিবগা চমফুং ফুংতুনা চাবা ১মুং মহি থকপা অহনস্থ কগনি ; মসিদি লাইগী মুংশিংনা থিল্লবা কাও-বদস্থ কবা ওমগনি। চমফুং ফুংপা অমদি চাবগী মওংদি হোংচু কফলগা তোর্বোংকা মওং মশক মাল্লদনা শোইগনি। ফুংপা মুল্লবা মতম অহুদা মহি মথৈ তোংতাল্লা মপাং অহুনা পুথম অমদা হৈদোক্লগা চেগপৃকুম্বা অমনা হোংচু ককলা মথৈ থন্দোকগ্লগা, তোর্বোৎশিং অহুগা মহি-অহুগা চাবিয়ু অমনুং থকপিয়ু। চিনি থাকপা খোংহুম চমফুংকা মাল্লনা হাও-থুমগনি।

# খ্বাংনাবা অমদি লূ-তাঙ্ চিক্পা।

খ্বাংনাবা অমদি লূ-তাঙ্ চিক্পা অমম্তং খোং-খুং পত্থবা হায়বা অসি হকচাং শোন্থরকপা ( থাতু শোনবা ) গী লাইঙংনি। অনাবা মকমশিং অহুদা হঙাম থাও অশেংবনা মোইবন্থ কায়গনি, মতুংগা তেথাও য়াইখু মক অতু মুমা ফুংলগা হিগা রৈবন্থ কায়গনি। খ্বাং নাবদা চংলবন্থ মাবা, হিপ্লবন্থ মাবা, কম্লবন্থ মাবা অহু ওইরবদি হঙাম মক খুলাক ( মুট ) মুক্তং কুপ্না তকথায়রগা অমাবা মকম অহুদা থোম্বা পুং অনিয়োমগী মতুংদা য়াম্না শারকনি, তম্লিবা মখৈ থাঙবিয়ু। থাঙবা তম্রক্রবা মতমদা লৌথোকপিয়ু। অম্রম তৌনা অহম/মরিরক্তং তৌরবদি হুংশিং অহু কায়হনা মরাইমা চেঙখিগনি। লোইয়ুম্বা লৈ ( উ মচা মথল অম্না ) মুম্না ফুংলগা খ্বাংনচিংবা অমাবা অমদি অচিকপা মকমহুদা থোম্লবন্থ ফগনি। মথক্কী হিদাকশিং অসি তৌবগা লোয়নমা হকচাং ফনবা চিঙাক তা অতেকপা ঈ থাংবা, শঙোম অনৌবা, মনা মশিং অতেক-অনৌ চাহনা অমাংবা ( থি ) চাং নাইনা হামদোকপিগদবা ওই।

হৈগ্রুগা নোংমাংখা মনাগা থুম মোরোক চপ চানা হাপ্তুনা শুম্বলদা শুরগা পুক থম্না চাথোকহুনা খোং য়াম্না হামদোকহন্লবন্থ ফগনি নত্রগা লফু শিংজু চায়গা ঈশিং অশাবা থক্কুনা খোং হামদোকহনবন্থ কৈ। লূ-তাঙদা চিকপদি হৈবুং মহি, অকংবা ওইরবন্থ ঈশিন্দা তিংলগা মহি অহু তৈবিবা নত্রগা হকী ঈশিং অহু হুমিদাং হুম্লমদাইদা হকচাংগী অচিকপা মকমশিং অহুদা তৈরবন্থ ফগনি।

# কোক চিক্‌পা।

কোক চিক্‌পা হায়বা লায়না অসিমু মীওইবনা পুন্সি মুংশাংনা লৈরবদি শোয়দনা থুংলরগদবা লায়নানি। কোক চিক্‌পা হায়বসি মথল খর থায়দোকই; অয়ুক্তা চিক্লগা মুমিংনা হাইথরক্লগা মুমিংদাংম্রাইদা ফবা অমা, মসিবু মীতৈনা খোইরাই কোকচিক হায়না কৌনৈ। মথল অমনা লোক থুংহুনা হকচাং শাগৎলগা চিক্‌পা অমা, অমমা কোক্তা ঈ হায়গৎতুনা চিকপা অমা, অমনা অমাংবা ঢ়ৈথৎলগা মতুংগী মুংশিংনা চিকপা অমা অসিনচিংবা।

খোইরাইগী কোকচিক অসিদি, পুকনিংগী থাজহনবগী লায়য়েংনা ফবা ওমনৈ। থুদম, লমহাং তুহাংদা তাবা শাগী শরু অমা থিরগা শরু অহুনা অচিকপা অনাবা মফম অহুদা "খোইরাই কোবা লায়না মংদি শা ওাদা নাগদবা লায়নানি ঐগী অনাবশিং অসি নং লৌহৌরে" হাইহে অসি হায়তুনা থুংনা শরু অহু পায়রগা তকপা অহুগা তুংলোমদা হুন্দোক্লম্লগা হম্না য়েংদনা মুম্রলোমদা লাকউ অসিনি মসিনমু মশিং লাকওমদনা ফনরি। অমনা হয়িংখোই খোইরেন-নচিংবা খোইমা মহুম শারম্বা চৈ অহু; মহুম শায়ম্বগী মরেক্লচিংবা থুদম লৈবা অহুমা মুংদা তক্‌লগা তৈরবম্ম ফনরি।

লোক থুংহুনা চিকপা কোকচিক অহুদি লোক মুম্রবা হিদাক শাজেম্না ফহনবা য়াগম্নি। নোংমাংখা মনা অহু মুম্রা ফুংলগা মহি অহু থরা থকপা অহুপা অশাবা মহি অহ থুদেংদা হৈদোক্লগা

কম্বা নত্রগা অমাংথোংদা ঘি নত্রগা হঙ্গামথাও তৈরগা মৈদা য়াইবা অহুমমু কবা ওমগনি। থোং হামদবদগী চিকপা কোকচিক ওই-রগনা থোং হামদোক্লবা চিঙাক অমম্নুং শাজেন তৌরগা কগনি।

# য়া নাবা।

য়া নাবা চিকপা হায়বা লায়না অসি য়াম্না অকিবগী মশক ওইবা লায়নানি। মীতৈগী পাউরৌদা য়া-নাবা নত্তে থম্মোই নাবনি, অনুম্না শিংথানৈ। য়া নাবসি য়ারক্তা থুনাম্বা চংহুনা থুনাম্বা অহুমা পুমথরক্লগা য়াথোংদা চংহুনা নাবা অমা, য়াদা তিল চংহুনা নাবা অমা. য়া তেকদোবগী য়ারাই হৌরকপগী নাবা অমা অসিনচিংবনি। য়ারক্তা থুনাম্বা চংহুনা নাবা অসি তৌদনবা, চাক চাবা নত্রগা অতৈ পোং হৈরা-নচিংব চাবা থুদিংগী য়ারক থিন্দোক্লগা ঈশিংনা চিল শেংনা তেংথোকদবনি। য়ারাই হৌবা অমদি য়া তিল চংবগী হিদাকশিংদি হৈরাংথোই মরু (পাম্বীগী মথ মথোং লৈহুংদা কংবনি) অহু তকথায়রগা য়াদা উম্বা, মুকথ্রুবী মনা নত্রগা মহৈ অহু ফুংলগা মহি উম্বা, থর থকপা য়া নাবদা মতুনা লৈ নাবা ফাওবা কগনি। ঈশিং অশাবা থুম নয়া লোয়বা অহু উম-উমহুনা য়া অনাবা অহুদা যৈরকলু য়া নাবা কবনি মীতৈ থুমলা অহু য়া অনাবা মকম অহুদা থোয়বহু কগনি। নোংগাংহৈ পাম্বীগী মকু মৈদা থারগা মৈতাল অহু কুমগা থুমগা তংথাই য়ান-শিন্নরগা মহুনা য়া শিংপা অহুহ কবনি। মদে মনাগা মীতৈ

থুমগা শুগাইরগা অপোম্বা অনাবা মফম অতুদা নপ্তুনা খোম্লবস্থ ফগনি। কেক্রু মনপকা মীতৈ থুমগা চাং মান্নবা ভিন্ন-তোংনরগা খোম্লবস্থ ফবনি। অরা-কেগেঙ্গ মখোম অদু লশিংদা চোংহল্লগা খোম্মু মতুঙ্গ ফবনি। য়ান্নাইগী লায়না অসি খোইদৌদা মুংশিং হৈরবদগী হৌরকপনি। মরম অতনা খোইদৌগী য়েং অমস্থ' ওইদা মিহুল অচৌবা অমমম হুললিবনি মতুদা পুক শুবিরগম্ব ফবনি। পুম্নমক অসিনা ফবা ওয়ুক্কবা মতমদা অয়োইবা হিদাক্তি, মীতৈ য়েনশিল মতোল খুদাপ মচা অমা হেকপিরো মোয়োক অত্তেকপা অহুমদংগা পুল্লপ লা অমদা য়োম্লগা মৈদা লোবিরো, ফুঙ্গাগী টুংমৈদা লোবনা হেম্না ফবনি। য়াম্না থুনা মুনবনি, অমুনবা অহু অহুম থোক্লা থাইদোকউ। মোয়োক অমমমগা য়েনশিল শরুক অহুম থোকপসী অমমমনা য়োমশিনবীয়ো অতুগা য়াদা শায়রো, ওয়রদি অনাবা য়া অতুনা শায়বনা হেম্না কান্নগনি। অতুগা অশায়বঃ পোং অতু য়া অনাবা অদোমদা থৈজিন্দুনা মিনিট মরি মঙাদাংগুম্বা উমহুনা য়া অনাবা অতুগী য়াখোংদা মহি চংহল্লু। অতুম্না মোয়োক অহুম অতুগী মতুং ইন্না অহুমক থোক্লা তৌবিয়ু; অশাইবা পোংশিংতু লা অকবা অমদা ওথোকহল্লু অতুগা অঙাং মথিং অখৌবশিংবু য়েংহনবিয়ু; তিলনা নাবা ওইরবদি তিল শোয়দনা য়াওগনি। অঙাংগী ময়া তিল চংবদম্থ তৌবা য়াগনি। অঙাংদমা যোয়োক অমদি য়েনশিলগী চাং থর হম্বনা শেমবীয়ু। হিদাক অসিবু চুম্না তৌবিরবা অহনশিংগী য়াবাই হৌনা অহু অমুক হম্না নাবমোই য়াম্নাই শিরবনি। তেকদৌবগী য়া নারকপা

ওইরবসু য়া অহু নোমলকনি অমসুং তেকনি নাবদনি নাররোই। ময়াং হিদাক মনাগা থুমগা অনাবা মকমহুদা থোম্বসু কৈ। য়া নাবা হৌজিক্তৈগী মমাংদগী সুম্বিৎ থুদিংগী অয়ুক য়াহৌরকপদা হকী ঈশিং য়াউম অমমমদং মিনিট অহুম/মরিদংগী চাংদা উমলবা মী অদু মপুক্সিদা য়ারাই হৌরোই হায়না অহনশিংনা হায়রমই।

# ফুরি থুংবা।

ফুরি থুংবা অসি মক ওইনা, হকচাং মসুংগী ঈ শেংত্রগা তৌই নত্রগা ফুরি থুংবা মীগা কি-রোলনচিংবা ভিন্নরবসু লৌনৈ, উমশাগী লায়না মথল অমনি। হকচাংদা অথুবগী শরুক্বা হেন্নবসু ফুরি থুংই। মরম অহুমা অথাবগী শরুক য়াওবা চিঞ্জাক চাগনি। মপাক্তোংগী হিদাক্বা নিম মনা, থাওনম মনা, উয়াংপন মনা, নোং-লৈশং মনা কুৎলগা চায়রবসু কগনি। খুজিম তোয়না কক্উ। খুজিরা ফুরি থোংকসু থোংতবা ডুরবদি য়ায়া থুনা কংগনি, লাই-শোয হল্লোই।

# ফি লাইকোয়।

ফি লাইকোয় অসি মহা ওইবগী হকচাং টৈনথংলকপদা মরু ওইনা হকচাংগী মরোমগী শরুক্তা তৌগনি। অহনদা থু'বনা কময়াগী শরুকগী কৈপল অমসুং নিংজোঙ্গা অহাক্বা তৌগনি।

মসিদি অকক-অকাই অফুংপা মহিনা শেংনা চামথোক্লগা, হঙ্গাম থাও অশেংবা অহুদা ময়াং হিদাক মনা ত্তিংলগা, হিদাক মনা অহুনা নোই নোইহনা তৈবা অহুনু কবনি।

শঙ্ হি অকংবমা খোংলগা তোরোং খোংচাক (নাপী মথল অমা) মনা অহু থুবাক্তা শুরু-শুরু নোইহনা মহি খোকহল্লগা তৈবা শোয়দনা কংগনি অমদি কগনি। নত্রগা হোংঙ্, মক অহু কাং শানা শোইহনা কংহল্লগা মৈ থাহনা উং লৌবিরগা, শামু লবেল (থাও মথল অমা) গা ত্তিন্নরগা (মোলোমগুম্না) অমাবা মকম অহুদা তৈবিয়ু কগনি।

# অপোম্বা মথল।

অপোম্বা হায়বা লায়না অসি হকচাংগী ঈ শেংদবনা মক্কম ওইহনা তৌগল্লি। লায়না অসি হকচাংগী পোম্ফম অহুগী মতুং ইন্না মমিং য়ামই। মহুদি :— কোক্তা পোম্লগা শবিরাই, লায়না অসি অঙাংদনা অয়াম্বা তৌগল্লি। মাইদা পোম্লগা শামু উন্নিং, ভৌদা পোম্লগা খৌ-পোম্ব, সেগ্রাক্তা পোম্লগা সেগ্রাক-পেন্তি, থুংশা অমদি থুংশা কারক্তা পোম্লগা লেংহুম (সনা মহি তেল) কমরাদা পোম্লগা বাগি, কৈগল, পাম্বোম্নচিংবদ পোম্লগা য়াইরোং, খুজিন্দা পোম্লগা খুজিল লাইপুম, অমাংথোংদা পোম্লগা মুংশং, খাংগী মথক নক্সদগী লুখম কাওবদা পোমলগা খোই মহুম; মিত্তা পোমলগা মিংথৌ; হকচাংগী ময়োন্দা পোমলগা তাকি হায়না কৌবৈ। অপোম্বা অরুবা মথল থরগী হিদাক ইজরি।

## শামু উরিং, শবীরাই, খো-পোম্বা।

শামু উরিং হায়বসি মাইগী শরুক্তা পোম্বনু থংনৈ। মসি হৌরকপদা নিংথিনা লায়রেংবিহৌত্রবদি অরুব মৌ শিবা য়াব লায়নানি। মসিগী হিদাক্তি শামুগগু মচি নত্রগা থূদা নত্তনা অহৈ লৈতে। মথক্কী হিদাক অসি মুংদা ভক্লগ মচিন ওইগদবা অহু থাক্লগা কংল তৈর কংল-তৈর তৌতুনা ম্ভথিং নিনি/হুম্নিদং তৈবিরগা ফগনি। শবীরাই থুংলগা লৈশোবুংগী লৈবাক নত্রগা উচিখোই মহুম অহু ঈশিংদা নৈতুন। য়াম্না নংহল্লগা তৈবিয়ু। খো পোম্বদসু মথক্কী হিদাক অসি তৌবগা লোয়ননা পৈবুং থাংঘ মকু মুংশাদা মত্রগা মৈদা কংহল্লগা, ভাস্তক অমদা নোইখায়হুনা হাপ্লগা মথক্ত মৈতাগ নত্রগা তিকি মৈ চুহুনা হাপ্লগা হিদাক থকপদোনা থক্কুনা মুংদা অপোম্বা অহুদা মৈথু যেংহল্লনসু কাম্নগনি। অহুগা অপোম্বা অহু মুংদা চংথিদনবা মঙ্গা অহাংবা চাগানি ফত্রগা মনা ফুংতুনা থকপসু কাম্নগনি।

## সেগ্রাক পেতি, লেংতুম, য়াইরোং, খুজিল লাইপুম।

মঙ্গা অহাংবা অসিদি অপোম্বা থুদিংদা চাবা কৈ। সেগ্রাক পেতি অসিদি পোম্বা হেক হৌরকপদা চনম মরু অহু মুংদা শুগায়-রপা মচিন অহু থাক্কনা অপোম্বা অহুদা থোমজিনবীয়ু। মহু।

ছনজিনবা ঙমহৌদহনা নাইট ওমথংতুনা য়াম্না চিক্লবদি হোংডু কক্লা নত্রগা লিন চৈশু মক্ক অতু মুংদা ঈশিং থাহনা তক্লগা মচিন থাক্লগা তৌবিয়ু; চিকপ কবগা লোইননা নাইট চপ্‌ংললকনি। নাইট চারবদি পৌথোক্লগা অমদি মতোমত্তা পোকথাবক্ষনব মচিন অতুদা কিন্তু শাবোন থচেং অমত্তা হাপ্লগ, চামু মৈন (অহিংবা) না কুপশিন্দুনা অহিং অমত্তং থথন মঙ্গমাই পোকথায়রকনি। মসি বাগিদম্ভ যাগনি হাষবদি সেগ্রাক পোতগা হিদাক মাপ্পনা লায়-যেংবিগদবা ওই (লেংহুম কৌবা লায়ন' অসি মীতৈনা সনা মহি তেনগী লায়নানি হায়না থংনৈ। সনামহি লেনরেলগী লাইমাংদা ওনাশিন্দুনা ফি শেংপা অমদি ফি শোংবদা কাপলকপা তেলনি হায়না য়াম্না কিনৈ। লায়না অসিদি য়াম্না কম্না থাংবা ঙমদবমথৈ চিকপা লায়নানি। মসিগী হিদাক্কি ফুঙ্গাগী লৈচেংগা থাও অহিংবা থোইদিং অমুবদগী লোব অতুগা তৌবিবস্থ কৈ। পুং থুদিংগী তৌবিয়ু। চিকপনা থাংবা ঙমদ ঙমত্রগা লিন-চৈশু মক্ক মুংদা তক্লগা থোমজিনবিয়ু ফবনি) য়াইরোংগী হিদাক্কা শাবন নাওহ ( নাপী মথল অমা ) মরা মুংদা তক্লগা মচিন থাক্কনা তৌব', কংল তৌর, কংল তৌর তৌগনি। মচিন অহুদা অয়াংলেন মনা (নাপী মথল অমা ) উরোক শুম্বল মনা ( উরি মচা ) নত্রগা অচোম যেন-শিন ( নাপী মথল অমা ) মনা মৈদা যাইংমা নত্রগা ঈশিংদ ফুংতুনা মুনহল্লগা থোমজিনবিয়ু ফবনি। থাতুনা পোম্বা ( ফুটিবা ) তৌরবদি চাবদা মহি মনাই য়াওদবা, মুংশিং পীকদবা চিক্ষাক চাগনি, লোইমনা তুম্বা মতমদা য়েন্তা বাতাদুনা চয়োল ১/২ দং

হিপপিয়ু (চাকথাও শাজেলনে) কবনি। থুজিন লাইপুমনা নায়বদি কুমল্য নত্রগা খুজংলৈগী মমা অহু মুংদা ভগায়রগা থোম-জিনবিয়ু। থোংলক চাকৎপগী লায়নাদসু কবনি। করোই হৈগী মকুসু মথকী মওং মতৌ অসুম্না শিজিন্নরবসু কাম্নবনি।

## অমাংথোংদা পোম্বা মুংশং।

মুংশং অসি মথল থম্ব লৈ। মচুদি মুংশং ককৃলাই, মুংশং পেরেনচিংবা মুংশং ককৃলাইগী লায়না অসিদি, অমাংবা কনশিন্নি। অমাংথোং অসি কংই, থোং হাম্বা মতমদা থোং মপাল অহু চেক-খাইদুনা অমাংবা থোরক্লবা শংবদা ঈ ফাওবা থোকই। মোরোক অশাবা ঈরোনবনচিংবা চারগা থোং হাম্বা য়াদে। লায়না অসিনা নায়বদি অয়ুক ভন্না হৌরগা য়ামত্রবদা, মুমিৎ থুদিংগী মাইল ৩ দগী ভাদনা থোংনা চৎপা (রাকিং) কৈ। অসিগা লোইনমা চাক ভন্না চাবা মুংথিল তুমদবা কৈ; অচম্বা য়েনশাং থুম মোরোক চন্না থাকপা নত্রগা চমফুংনা মপুং ওইনা চাপনি। থুম থাকপা ঈশিং অশাবদা কমহুনা অমাংথোংদা য়ৈহনবসু কাম্নগনি। মুংশিং হৌবা চিঙাক চাহুনা মুংশিং তোয়না কাহনবা কৈ।

.. মুংশং পেরেনা নাবদি নিংজোল লুমথৈ, অমাংথোং পোম-থোকই; মুংশংগী ডিল মচা তিস্ত্রোক মচাগুম্বনা অমাংথোং মমুংদা মরোং মরোং চৎতুনা মচ্ছম অয়াম্বদা লৈ। থোং হাম্বদা অমাংবা অহু পম্না শিবদৌনা য়াম্না পানা চম্বা চেরে চেরে লাওনা মাংই।

থুমছি লুম্বু লুম্বু শাবমা অমাংবা লৌথোক্লবস্থ তিল শি ; অমমা পোদোন্দগী কেরোশিন লশিংদা চোৎহললগা অমাংথোংদা নম-শিনলবস্থ ভাইগাক্লংগী কাম্নবনি। মনাহিদাক (নাপী মথল অমা) কী মনা ভগেং নিপাল্লংনা শিন্ন শিন্ন মৈ য়াইরগ' অমাংথোংদা নম্বা অত্তস্থ ফবনি। উরিক শিবি মনা ফুৎলগা মহি অত্ত থন থকপা অশাবা মহি অত্তদা কমহুন' অমাংথোংদা যেহনবস্থ ফবনি। ঈথেং ওইন ফাযরবদি, মনাহিনে, তোনিংকোক মরানে. য়োংচাক পাম্বীগী মকুনে অহুম অসি চাং মান্নবা ফুৎলগা মহি অত্ত নোংমদা অনিরক থকপা ফবনে।

## খোই মহুম

খোই মহুম কৌবা অপোম্বা অসিনা হৌরকপদা, ফুরিমুক্তা চাওরকপদগী য়াম্না নাবগা লোইননা নঙ্গলগী শরুক নাযা অত্ত পাম্ব' হুন্দুনা শিথনা মাগনি। অপোম্বা অতৈগা মান্নরোই, নাবা চিকপা যাম্না হেনগনি খোই মহুমগী খোইমচা হানবা অত্তগুম্না অচৌ পিশক্কী মতুংইন্না মচিন য়ামগনি। মচিন থুদিংদা মরোং লৈগনি, মসিদি হৌরকপদা হাৎহৌবা ভমহৌত্রবদি য়াম্ন খুদোং থিনিংভাই ওইব লাইনানি

মসিদস্থ নত্তনা অপোম্বা থুদিংদা ঐথোয়গী লাই অসি য়ুংথৎহল্লগ' অপোম্বা অহুগী মচিন অত্তদা নংগী অপোম্বা অসিদি ঐগী লাই ভাই হনজিল্লো, শিরো, কাংও, তুম্মো রাহে অসি

হায়রুম্না চক্ চক্ অহুম মরিয়ক্তং থিনবিয়ু শোয়দনা মাংখিবনো মাসিনা কত্রগা চনম মরু তুগাইরগা মচিন্না খোমগনি নত্রগা অপোম্বা অহুনা লুমথংলিবা ওাংলিবা শরুক অদু মথৈ লিন-চৈন্তংরু নত্রগা হোংঙু কক্লা মরু অদু হুংদা তকলগা ?তশিন খোম-জিনবিয়ু, নোংমদা অমুক অমুক হিদাকশিং অহু শিন্নু ; হৈ-রা হুংশিং হৌবা চিন্নাক চারোইদবনি। চাবা থকপা চেকশিনবিগদবা ওই। চয়োল অমা অনিমু মহুংদা ওমহৌত্রবদি, লৈবাকী অহৈ-( ডাক্তরনচিংবা ) তানবিয়ু অরুবা অনাবা ওইরগদবনি। চিন্নাকী মথল খুদিংদা মীয়ৈবাক্কী হায় হাপ্পা ওইবা অমদি য়ানশিন্নবা পোং মরু-মরাং ( মহুলা ) মচু-নচিংবা অসিদগী এখোই লৈবাকী চিন্নাক অসিমু শেংদবা হায়বদু ওইরবনিনা, অরুব' অমদি মহৌশাগী লৈরএদবা লায়না মথল কয়া লৈরবনি।

## মিংথৌ

মিংথৌ হায়বা লায়না অসি অরাইবা লাঙ্গৈনানি। লায়না অসিনা মী অমবু মাং-তাক্লবা তৌবা ঙমদে, মতম খুরদং মিং পাঙবা হুংঙাইহন্নবা নত্তনা করিমু তৌবা ঙমদে। অহিং তুম্বা মতমদা লশিংদা ঈশিং অইংবমা চোংহল্লগা খোম্বা, নোংমা নিনিদং নায়মলগা নাই চারকনি, নাই অদু মেংথোকত্রগা লোইরে। মীতৈগী অহল-লম্মনশিংমা তৌরম্নমা মুতিগী চেং ওন্নবা অমদি চায়বা মেরুক নত্রগা চেংজামুক অম্না পায়রগা খুময়াইদা মাই নোংপোক

ঙম্না লেপ্পগা, মিংথৌ নংনা চাওপে হায়রগা যেক্লক নত্রগা চেংজামুক মুক চাওয়ো নত্রগা হৌরে, নত্রগা কংলো, তুম্মো, মাঙ্‌লো হায়না মিংথৌ থুংলিবা মিং অতুদা মিনিট মরি-মঙাদং উপশিন্দুনা থমলগা, ফুংলোমদা হন্দোকলগা হম্ন য়েংদনা মপাম-লোমদা চংথোকপা পথাপ্ অসি চংশরমই অমদি ফনরমই। চাক চমাইদগী চাক অশাবা অতু ফি অচোংপা অমদা য়োমলগা হিপা য়ৈবস্থ তৌনরমই। মিত্তা পোম্বা ঈশিং কাম্না কৌবা লাঈনা অমম্ম লৈরি। মাতু ঈশিং লাংথৈ মতোল অতুমদংনা নাল্লগা ঈশিংদা চবান থাদোক্লগা ফনরি।

# তাকি

তাকি ক্বৌবা লাঈমা অসি মরু ওইনা মুপী তক্কবীদগী লৌনরকপা লাঈনানি হায়না হায়রৈ; মমিং অমনা কোয়েং য়েংপাম্থ কৌনৈ। হকচাংগী ময়োল্লা পোমথোকই য়াম্না চিকই অমম্ভং শাই; থাংবা ভমলক্কবদগী ইকাঈ-ইকি য়াংম লালক্কনা মথা কাওবা হুমাই হমহল্লি অমম্ভং থরনা কামহল্লি। হকচাংগী লৈরিক্কা কেনগদবগী মতৌঙম চাথংলি অতুগা ঈশিং উতোংদা মথুল অনি অহুম থোক্লা মপান্দা কাওদোক্লা হংপা য়াওই। পোম্বা হৌরকপদা হকচাং মথুম হাংদোকহৌবা (কাকথোকহৌবা) মওং অসি তৌহৌরবদি লাঈয়েংবদা থুদোং চাই। ঈশিংদা অকক-অকাইনা চামথোক্লগা (অফুংপা মহি) শোমেং (উ মচা অমা)

মনা মৈদা নত্রগা মুংশাদা কেমহল্লগা, কুপ্পা নোইখাইরগা ঘি ভোত্তুনা (মলম) শেমলগা তৈবিয়ু, মতুদা থুপলবদি, অনাবা অতুগা চানত্রে হায়না লোপনি। হিদাক অতু থাবদা ঈংলবদি অনাবা অতু পক্করে ফত্রিবা ফাওবা তৌবিরো ; পুং অনি থুনিংগী তৌবিয়ু ; খুজিলা মক্ক অতু মুংদা ঘিনা ঈশিং ওইহুনা ভকলগা অনাবা মফম অতুদা তৈবিয়ু অতুসু মথক্কী অসিগুম্বনি। সাহেবনা পাম্নবা মতুংদগী মথাগী হিদাক অসিমা মপুংওইনা তৌনরে। শেংনা চামথোক্লবা অনাবা অতুদা, তিকি অমা মচিন্দা লে থাজিক্লুং থারগা, তিকি অতুগী ময়াই মৈ চাক্তিবা মফম অতুদা শিকি মচা অমগী মকম কুমিভাষমা হাপ্পগা মনিল মৈথুগুম্বা কাবনি, মনিল অতু অনাবা মফম অতুদা কাহল্লু। নোংমদা অনিরক তৌবিয়ু, পক্কগদবা লৈরবদি, অপোম্বা অতু খুইথরকনি অমসুং ক'শিল্লকনি। মওং অসি লৈরবদি চয়োল অমা অনিদং চাং নাইনা তৌবরগ ফগনি।

## ঈশিং থোংদা নাই তাবা

অহনশিংনা হায়রম্বদি লায়না অসিনা মাবা হৌরকপা অসিনা মাবা হৌরকপা অসি মুমিং থাদা অমদি মমা মপাগী মংদা লেপ্পুনা অমসুং ওনশিন্দুনা ঈশিং চৎলুবদগী নায়কপা লায়মানি। হায়নৈ। নিপা অমমা লায়না অসি অমুক্তং মাগ্রবদি মহাক্কী মচা মগু গুথাং তরেৎ ফাওব লায়না অসিগী মরি তাপদি

হায়না কিহল্লমই। মচা-মশু মরোল অম অনিনা মশাগী শাজেন তৌজহুনা অনাবা অসি নাহন্দ্রব অমু ওইরবফাওবদা মখাগী মথং শুরোলশিংদা কাওরকপা য়াবা অহুগুম্বা লায়নানি।

লায়না অসিনা নারবদি মী অমু কুচু মাংগনি, পুকী চনিং খোইদৌ মখাদা য়েক্কনি। ঈশিং চৎপদা ফৈজোমদা য়াইহং মচু মাল্লা চুগনি, ফজুংদসু মোনপাক্ ফিদক থবাকী মপাদা অমদি মোনখুমদসু ঙাংলৈননা চুগনি। মরু ওইনা হায়রবদা হকচাংগী মরোল (ফম্বী) পুম্বগী লায়নানি। মরম অমুনা কম্লাক চোকপা লোয়ননা হকচাং নাও শাগনি মসিগী হিদাক্কি তোর্বোং অরিবা অমু শিংচিংনা শিংলগা ঈশিং অরূবা থর খিল্লগা মহি গ্লাস অমরোম অমু নম্বা চিনি অভোবা থাক্লগা চামচ অমন মিনিট মঙা করাদং ওংলগা চিনি অমু তুম্নরিনি হায়বা মতম অমুদা পিথকপিশু; নোংমদা অনিরকী চাংদা। মসিনা হকচাং মরোল পুমলিবা অমু শংদোক-তুনা হকী ঈশিং ওইনা পুখোরকনি। কেরা মপাল; শিঙামিক্ত্রগা ঈশিংদা মুম্র ফুংলগা নোংমদা অনিরক চথোল অমা থকপদা ফবগী খুদম ফংগনি। মসিনা কক্ত্রগা খুমু অভোবগী মথি অকংবা অমু কুপহল্লগ খোইতি চামচ অনিদা চামচ মখাই অমা হাপ্লগা নোংমদা অনিরক পিথকউ শায়দনা ফগনি।

# লোক হরা কংথু থুবা।

লোক হরা কংথু থুবা লায়না অসিনা নারবদি মুংশিং হৌবা অমদি অশং-অমান শিংজুনচিংবা চাবা ফত্তে। হিদাক চুরুট মৈথুগী

চিঙ্গাক্চিংবা থাদোকদবনি। কংলায়েম ফুংলপা মহি থকপা মশাত্তুনা ইয়োন্দুনা নত্রগা থোংহুনা চাবা অহুন্থ ফবনি। য়াম্না কা হেন্না থুরবা, পুক মরি চপ্ তিংহুনা চাক মপুং ফানা চাবা য়াত্রবা মমাই মমিং পোমখৎলবা অহুগী হিদাক্তি হোংও্ ককৃলা মরু অহু কোংগাং শানা শোইরগা কংহল্লু অহুগা অরাখবী মপুং ফারবা অশংবা অমা মণ্ডক অহু ককৃথৎলগা, মরু অশংবনচিংবা মথিবোং অহু কোংথোক্লপ, হোংও্ ককৃলা অকংবা অহু মঙ্গুংদা নমশিল্লগা, মণ্ডক অহুনা হাম্নগী মতৌগুম্না অমুক হাপচিল্লগা রাচেংনা হুই থাজিল্লে। মৈ থাহুনা মঙ্গুং মপাল ফাওনা লোইহল্লে অহুগা য়াম্না কুপ্না তকথায়হুনা উং ওইনা লৌরগা হৈনৌজোম মহি য়াউম্ন অমদা উং চামচ অমা হাপ্লগা নৈথাইহুনা নোংমদা অশিন্নক্কী চাংদা পিথকউ; চয়োল অমা তৌ ফগনি। নত্রগা থুম য়াম্না য়াকনা থাকপা ঈশিং অশাবা য়াদা উম্বদা থর হেন্না শাদক তৌবা অহুনা থোনাওদা পন্ন-পন্ন মিনিট অনি অহুমলোম তৌরগা ওথোকপা, অমুক তৌবদা অহুমলক ওথোক্লগা মন্নিরক শুবা য়াউম অহু য়োংশিনপদবনি। অমুক তৌবদা অহুমলকগুম্বা তৌবিয়ু নোংমদা অনিরক অমুক অমুক হুমিদাংবাই অমুক চয়োল অমা। নত্রগা হৈরবোব অশংবা অহু ময়াইদা কৈফা থাংনা ককৃথৎলগা রাৈমে নত্রগা উংমৈদা থিন্দুনা মুলহল্লগা মীতৈ থুম থুনাওবী মতোনগুম্বা অমা হাপ্লগা মশিল অহু চাবা অমা, নত্রগা চম্প্রা মহিগা ঈশিংগা মৈদা লোপ্লগা পিথকপা অহুন্থ কাম্নগনি। মথক্কী হিদাকশিং অসিনা কান্নবা ফংত্রবা অয়োইবা লাইবক চাং য়েংনবা হিদাক্তি শঙ্গোইহিদাক অমুবগী মহৈগী মরু অহু মৈদা

লৌতুনা কেমহল্লগা, কানিগা থোংলগা থোইহিদা চোংহন্দুনা অরা থবি মরুমুক চাওনা মতুম তারগা লুমিদাং চাকমাংদা অমমম চাবা, অমুক লুংখিলদি চাবা ফরে। মসিনা কান্নবদি চাক চাবা য়াগনি, লোক খুরোই তুম্বা য়াগনি।

# লোক খুলাই লাইহৌ ; খুলাই লাইফা।

লায়না অসিনা মায়বদি কোক চিকনি, থোং হাম্বা য়ৈথং-কনি, নাতোন মিত্তা নপ্ তিন তাগনি অমমুং নিংথম চনগনি। লাইবক্তা ঈশিং অঈংবা থোন্বা নত্রগা হঙাম অমদি কাংহমান মমা খুবাক্তা শুরু-শুরু নোইরগা লাইবক্তা থোমউ কোক চিকপা ফগনি। থোং হামদোরবা চিঙাক মোরোকী শরুক য়ান্না য়াওবা চারগা ঈশিং অশাবা থরুদবনি। নাতোন্দা মহি তাবা অহু ফনবা হাকথি থনদোরবা তোগনি, ঈশিং অশাবদা ফমহুনা অমাংথোংদা য়ৈহনবনু ফগনি নত্রগা অমাংথোংদা ঘি তৈরগা মৈদা য়াইবা অহুগা লোয়নমা হকচাং লুম্না থম্বা ফগনি।

খুলাই লাইফা ( তাইফট ) লায়না অসিনা নাবা হৌরকপদা হকচাং অসি থোং-তোন চপ মান্নবা মৈতুম্না শাগনি। কোক অসি চিকপা অমমুং নাবনা কাংথংপা য়াগনি, য়াখল চোইগনি, চোইরোন্ পারোল্ লোনগনি ; মথুংনা ফি থোমজিনবগী মওংতুম তোগনি। মতাং অসিদা মীতৈগী হিগা য়ৈবা লায়য়েংবা মতম চানা লায়য়েংবিহৌরবদি য়াম্না লায়না ফবা ওবা লায়নানি।

হিগা য়ৈবগী পথাপ্‌ ঈশিং অশাবা খুং লুপ্পা ঙমদনা শাবা অদু অনাবগী মনাক্তা চাইশেল্ অমদা হাপ্পুন্‌না থমলগা, ফি থুদে মচা অম্মনা ঈশিং অদুদা লুপ্লগা কাবক্-কাবক্ শুমদোক্লগা, থবাক্তী শরুক্তা অক্লানবদা য়াম্না থুনা পোপ্‌ পোপ্‌ য়ৈবিয়ু; নঙনদদু থবাক্তী মপা মথৈ য়ৈবিগদবনি। পুক্তী শরুক অমত্তুং নঙনদদু পুক্তী মপা য়োৎহল্লোইদবনি। থুদক অদুদা খোং-তোন্ চপ মাম্না ঈংগনি। মতম অদুদা মাই-মিং, খোং-খুং ঈশিং অশ'বা লুপ্পা ফিনা অনপ্পা কাপ্পিবশিং অদু তৈথোক শেংদোকপিগনি। পুং থুদিংগী হিগা অসি য়ৈবিগদবা ওই। মশানা থাঙবা ঙম্লকুবা অশাবগী চাং অদু লৈরবা মতমদদি য়াম্না থুনা পোপ্‌ পোপ্‌ য়ৈরখ্রা অদু খুং থব্র তপথনা নম-নমহুনা য়ৈবিয়ু। নাত্রিঙৈ মওং নোয়মেল তাত্রিবা ফাওবা য়ৈবিগদবনি। মিনিট তরা/কুন্দং য়ৈবিবদা নোমেন তাগনি মতম অদুদতা লেপ্লিয়ু। অম্রুম্মা য়ুমিং মরিনি/মঙানিদ তৌবদা মশামা মরনাই ফজরকনি। অশাবগী শরুক হল্লক্তি হৈদা, অনাবগী কময়াগী মিহুন অদু ফাবিতুনা নম্বীবা অমদি শুবিবা য়াগনি। পুক্তী শরুক য়াম্না চাকপা অমদি য়ারি-য়াখোং চাথৎপা, নাতোম্ন-চিংবদা পোকথোকপা তৌরবদি শঙ্কি অনৌবা অদু ঈশিংদা নৈরগা ফি অমদা চুংথোক্লগা পিথকনি। অদুগা লোয়নবা মুকথুবী মনা অদু মুম্না ফুংলগা মহি অদু নোংমদা অমিরক্তী চাংদা অমুক অমুক জুমিদাং অমুক চিল্ তেংহনবগী লোয়ননা য়াউম অমমম পিথকউ নত্রগা খোইহিগা শেম্বাং কাওথুম্ন মক্ক অদু শুগায়রগা অমি অদু চাং মাম্না ভিল্লগা পিজবা নোংমদা অনিরক নত্রগা লৈবুং থাংদ

মহৈ অমুনবা অহু মরি-মতাদংগী মহিগা খোইহি চাযচ অমগা য়াউম কানবা ঈশিং য়ানশিন্নগা পিথকপা নোংবদা অনিয়ক অহুম্মা হুম্মিং মরি-মতানিদং তৌবিয়ু। লায়না অসিনা নাবা হৌরকপদগী কত্রিবা ফাওবা ( নোমেল তাত্রিবা কাওবা ) চাক পিজরোইদবনি। চাকী মহুত্তা চবোন পিথকপিবা ; চবোনদি অহানবা শোগংলকপা অহু চিথোকপ্রগা অনৌবা ঈশিং অমুক হাপ্তুনা শৌহনবগী চবোন অহু শিজিন্নবিয়ু।

## য়ুমদা হুন্নানবা চংদনবা লাইরা।

মীতৈ য়ুমজাও, য়ুমশারোন কায়াং চুম্না শারবা অহুগী নিংতোল কাদা সন্না, লুপা থম্বা, লৈমরেল্ কাদা কোল্-লিক্ অরু অপান থম্বা অহুগা থোং লোনবদা ম্রিং উইশিন্নগা লোনবা পথাপ অসি কায়দনা চংলিবা য়ুম অহুদা হুন্নানবা চংবা য়াগনি। কন্নিগুম্বা চংলবসু হুন্নানবশিং অহুনা সনা, লুপা অমদি কোল্-লিকশিং অহু হেক পায়কয়গা য়ুমু অহু মিকপ্ থোকনি হায়রিয়ে।

## লূখ্রা তাদনবা লাইরা।

হুম্মিং থুদিংগী অয়ুক ভত্তা তু-উবা, চিংথৈ হুনবা মতমদা চাং যাইম হৌগংকনি। হৌগংপা মতমদা য়ুমগী তুপী তাহল্লোইদবনি, য়েনগী ফিত্তুপ লৌহনা শুমাংদা চোংগনি, মহুমু চিংথৈ-রাব-লোন

কৌই মসিবু মুমিং খুদিংগী কায়দনা চংলংদি মতম চানা পুন্সিরগা মুপীনা হায়না লাই খুম্না ভাম্না চংকমি, লুপ্না তারোই হায়না অহনশিংনা হায়রিয়ে।

## ইমা-ইপা শিবদা মচা, মশু ৱাহৌদনবা লাইৱা।

ইমা-ইপা শিবগী ৱা হায়গে। ইপা শিরগ চহি অহুম, ইমা শিরগা চহি মঙা হাইগনি হায়বদি ৱাগনি হায়বনি। মসিদা ঐখোয়না খাজনরিবা অমনা উজাও তুরবদি মচা-মশু শোকনি, খাওবুনাই য়াওখিপনি অসিনি। ইংখোলগী কোম্থোংদা মুমিং খুদিংগী শিবা মতুং ভরেংনি কোনবা মুমিত্তগী হৌহুম। চহি অহুমগী মহুত্তা থ অহুম, থা অহুমগী মহুত্তা মুমিং হুম্নিদং ইপা শিবগীদমক "কোম্থোং উম্নুং অমি অহুনা খোংঙাকলেন লাইনিংখো খো ঙাকলেন লাইরেম্বী" মি হায়না লৌরগা খুরুমজহুমা লোনগনি। কোম্থোং লোনব মতমদা শোমগদবা লাইৱাদি লাইনিংখো লাইরেম্বী অনিমা তুংগী মংখোং লোনবীনু; অশি-অমা, অরাবা নংহনবিগদ অসুম্না হায়গনি, মতমদি মুমিদাং তুমলমদাইদা লোনগনি। অমুক অঙনমদা হাংবদনা "ইবুংঙো-ইবেম্মা ননাই ঐহাক্না মংগী খোংবু হাংবা নত্তে, লাইনিংখোগী খোগলগীদমক চংমনবা হাংবনি" অসুম্না হায়গনি। ইমাগীসু অসুম্না চহি মঙা নত্রগা খা মঙা মত্রগা মুমিং মঙানি ভৌরগা য়াগনি হায়রমই।

## অঙাং পোক্লবা মতুংদা ঈ হাথবা অমদি পুক চগ্রিং য়েকপা।

অঙাং মতুংদা মমা মচানা হিপ্নবা চন্নবা ফম থাবসি চংনরমই। মোনপাক্ত, হিপ্নদগী, চন্নদা হিপ্ননা হেন্না কান্নবা লৈরমলে, লুপ্না হেনবক্ত নপ্তনা মমাগী ঈ চংপদা হেন্না থুদোং চাহল্লি। ফি ভোমনা শিনবা ভমজদবা লাইরবা ঐখোয়দা য়াম্না মত্তেং ওই অতুগা মতম অসিদা, অয়ুক অঙনবদা অমদি মুথিদাংবাইরমদা থাংদা মৈ চাং মাইনা য়াইবিগদবা ওই। ঈ হেন্না চংলবা ( ঈ হাথবা ) ভোরবদি, মশা অমু লোংনা মোন থাঙহন্দনা নিংজোন থর রাংথংনবা মোন মচ অমা থাংকংলগা, খোইদৌ মথাদা থুবাক্না চপ তিংনা নমথবা অমু ওইরবদি ঈ হেন্না চংপা অমু নেমথখিগনি। ঈ চংপা অমুনা নেমথরবা মতমদ' নিংজোন্দগী মোন অমু ভপ্ন' তপ্না লোথোকপিরগা মকোক্লোমদা অমুক থাঙহনবীগদবা ওই। ঈ চংপা অমুনা পুন্নেপ হেক লেপ্তুনা নোংমা নিনি লৈরবমু, অঙাংগী থাউ ( উম ) দা ঈ ভুংহনা লৈরগা পুক চগ্রিং য়েক্লকই। পুক চগ্রিং য়েকপা অসি অঙাং অমি অহম শুবা কাওবদি য়েক্তবনা মশিং হেল্লি। অঙাং অহনগী মতুংদগীদি, চগ্রিং য়েকপনা হেল্লগনি। মতুগী মরমদি অঙাংগী থাউ অহুদা অঙাং ভোমনা নাও পুরবদি থাউ অমু মপাঙল শোম্বরক্তুনা অঙাং চংগ্রবা মতুংদা লাকপা ঈ অমু থাউ অমুনা পিকশিন্নবা চপশিল্লকপা মতমদা ঈ অমু চংহমবা ভমদহনা থাউ

অহুদা তুংহুনা লৈবা মতম অহুদা চগ্রিং য়েকপনি। চগ্রিংনা য়েকলকপা মতমদা খোইদৌ মথা ওইরম্বা খুংগুম্বা তুমথংলকনি, মহুদা তৌবিগদবদি খুবাক ন্নামনা চগ্রিং অতুথগী মপা চানা থম্বীরগা নামা অহুমা মথক্তা তপ্পা তপ্পা কম্বা নমথবিরকপা মতমদা ঈ অহু থাগী খোংদা মশানা চংচখিপনি। ঈ অহু চংশ্রবদি য়েকপা করগনি। অতুম তৌহুনা মুমিং তক্লিদং হোংনবিরগা ককলোং ইপাল থাবগী মতুংদদি চগ্রিংগী অনাবা লৈরম্বোই। মুপীগী ঈগী খুংগু নুবা হৈবা মাইববু গুজন্দুনা ঈ মুংশিং চুমহন্নবসু চগ্রিংগী অরাবা য়েকপা ফগনি নত্রগা খাংদা মৈ য়াইবদা নত্তনা খোংদা ঈশিং অশাবা হানবা লিক্লি ( নত্রগা হোট বাটর বেগ ) দা খোং শাহন্নবসু ঈমন চাং নাইনা চংপনি। মরম অহুনা অঙাং পোক্লবা মতুংদা চক্লগী কমুংদা হেক হিন্না মতম অহুদা, খাংদা মৈ য়াইজ্রিহৈঙগী মমাংদা খোংনা হান্না শাহনবা খোরাং তৌবিয়ু। চাবোকলমদাইগী য়েকপদগী, চগ্রিংগী য়েকপা থুকয়েক্লা মমা ওইবিদা রাবা হেল্লি।

## খোম থোক্তবা।

চাবোক্লবা মতুংদা খোম্ থোক্তবা হায়বসিনা অঙাং য়োকপদা য়াম্না অরাবগী মশক্নি। খোম্ থোক্তবদগী মরম থরি লৈ। খোম্ লৈনা লৈনা খোমজিন ফুম্নুনা থোক্তবা অমা; খোমদি লৈবা খোম্জিন্দা লাক্তহুনা থোক্তবা অমা; মশামা খোম্ লৈতহুনা থোক্তবা অমা; মথল অসিদগী খোম্ থোক্তবনি। খোম্জিন হুম্নুনা

খোক্তবা ওইরগনা খোমজিন অহু ঈশিং অশাবনা শেংদোকপিরগা চফি কারবা অভাং খোমজিং কল্লবা অমনা চিংখোকহনবা (পিথকপা) কাগনি। খোমদি লৈবা খোমজিন্দদি ফুন্দবা অমদি লাক্তবা ওইরবদি চগোং অনি (নঙ্গলগী শরুক) দা লিংখত্নুম অনাবা কাওগনি। চগোং অনি অহুদা মরি শুবিরগা খোম খোকনি।

মথক্কী মরম অমি অসি মত্রগা মশানা খোম রাত্নুনা খোক্তবা ওইরবদি লফু হাতম অমদা ঈরাই মুমিত্তা পাউশেল লৈ (বার্ত্তন) কংলগা থাংজ মুমিত্তা লৈমা তরেংকী মিংথৈ শোন্দুনা হায়জগনি। লৈমা তরেংকী মিংথৈদি ; "ঈমা লৈমরেল, ঈমা ঈরাই লৈমা, ঈমা লন-লৈমা, ঈমা ভারৈমা, ঈমা হিকুবী. ঈমা য়াইকুবী, ঈমা তরংদা মৈহোৌবী, ঈমা তরেংনা লফু অসিদা নশেক নভাল পাজল পীবিহুনা নচা-ননাই তাইবং অসিগী হিংনমবা লখী পিবীয়ু ; রাম লাইরা অসি তাইবংপানগী চাদা-নাওদা য়োক্লবা লাইয়াবশিংনা লাই থুন্দিনদা লেপ্লখিবা শিদঃ য়াথংনি।" অসি হায়রগা লফু অহু নোংপোক-নোংচুপ, খা-অরাং মাইকৈ মরিদা নোম্লগা য়ান্দুনা খোম খোক্তবী মমা অহুদা য়েনশাং ওইনা পিজরবদি খোম খোকনি হায়রমাই, অহনশিংনা।

## চাকথুম চংবা য়াদ্রিবফাওবদা চারোকপীনা চংকদবা পথাপ।

চাবোকপী মুপীমা অভাং পোক্লবা মতুং থা অহমগী ঈ-খোম লাক্তিরকাওবদা চাবা থকপা তোভামা চাহুনা লৈগনি। উভি,

চগেমপোম্বা য়েনশাং চাবোইদবনি। মকু মবেম, মপুরোইবনা খোঙগল সেবা তোবা লেপকদবনি। অচম্বা মন্দামবা কি শেং-চাগনি, চেংহি উঙি লুবদা মতম য়েংনা মপুরোইবগা উনরোইদবা মুমিং অমদি মতম য়েংদুনা লুপদবনি। ইমুং-মচুংগী কমক তাবা, অচিকপা মতমদা মপুরোইবগা উনদনবা হোংনগনি। থাজৈমক শেংনা হায়-রবদা নিপামা পামদনবা অমদি য়েংনিংদনবা মতংদা শক থিহন্দুনা লৈগনি। অয়ুক অওনবদা লিক্লাদা খোংনা চংলোইদবনি। থবক অকনবা ত·নোম্লোইদবনি, অমদুং চেং থৈরোইদবনি হেং-বা অশিনবা চাবা কত্তে। মীতৈগী অহলশিংনা চাবোকপীবু ঈপান থাবা মুমিং কাওবা ভামু লৈরোদমক পিজহুনা থমই। ঈপান থমিতুগী অচম্ব য়েনশাং মশক নাইনা য়েন্দেন, লক্‌, ভাদা অত্তেকপা অচম্ব ঈ থাংদবা হকচাংদ শোকলোইদবা পেংবা থরাক ভাহৌন-চিংবদমক পিজরমই। মমাগী মশাদগী থা তরা অমা মচামা ঈ চারক্লে; চাবোকপা থমিতুগী থা অমরোম অমন ঈমন চত্‌লা মমা ওইবীগী মথা অহু মপুং কাত্রিতৈ অহুনি মথক্ত মচাশা মমাগী চাখি-থকথিবগী অমদি মশাগী মচি ওইবা খোম থক্কোকতুনা অ: য়োনা মশা শোকহল্লবকাওবদা, অকবা চিঙাক অমদি অকে-অয়োগী কি পিজ-পিথক্না, শেংহন-চিনহন্দনা থম্লিবা অসি অমরোমদা মমাগী মশা শোংনবা, কুচু-কুমেন মাংদনবা, মাইহিং কাদনবা অমদি পুন্সি মুংশাংনা লৈনবা লখী ওইরম্লে। মথক্কী পথাপশিং অসি কায়রকপদগী মিপাদা চাকমাংপ্রবদি লাইয়ে বা বাকে, মাইহিং কারকনি, ঈপাই থিকাই তোরকান, মসিগা লোয়ননা ঈ-মু শিং

মনিং তৌরক্লুনা মথল কয়াগী অমাবা ওন্নক্লুনা মুপী ওইবীগী মপুন্সি থুনা মাংগনি

## চাকথুম চংগদবা মতম অমদি নাওরোন চাওনবা পথাপ।

চাকথুম চংবা য়াক্রিবা ফাওবদা চৎকদব' লমচৎ হায়বা মথক্তা পমম্প্রিব পথাপ অসিবু ভাক্সা চৎলবা মুপী অহুদি শুকশোয়হেক শোয়দন চাথোকপা মুম্নিংতগী থা অহম শুবদ' থাগী থোংকোপ ঈ লাক্কনি। মহুবু মীতৈমা থা অহমগী ঈথোম হায়না থংনৈ। ম'সি মহৌশা কোবী লাইরেম্বীনা তাকলকপা খুদম্নি। মতানি ফি শেংলগ' তকক্লি কোক লুহুনা হকচাং শেংদোক্লগা মনেম-মকু অমদি মপুরে'ইবগী মপানগী থোগল তৌবা হায়বদি ফি য়োল ;ক-চাবা, হিদাকফু মহি হোংবা চিনফু-মাইতেংগী ঈশিং থোগল তৌবা অমদি চাকথুমগী চাক চাবা য়ারে। মহৌশা কোবী লাইরেম্বীনা খুদম পীবক্লবা অসিগী মথক্তা মীতৈ ঐথোয়গী অহনশিংনা মচা-মমোশিংবু হেন্না মশা ফনবা থা মতা শুক্রিবমখৈ চাকথুম চংবা য়াহল্লমক্রিবা অসি পুন্সিরোল তাকপনি।

নাওরোন চাওনবা অমদি পুন্সি মুংশাংনবা পথাপশু থম্বীং রমই। মীয়োনগদবা মতম মথক্ত' হায়রে। মহু থওলবা নিপা মুপীমা নাওরোন চাওহনবা ওম্বা মপানা তারে। মসিগী মথক্তা

লাই-তিনগী থৌরম অমদা করিগুম্বা হৈ-লৈনচিংবা কৎচবদ' লাইনা লৌদে হায়নস্থ কিহল্লবা অসিমদি মমা অহু মপা ওইবা অহুনা লাইয়েংবিনবা হাযরম্বা য়াই।

মরু ওইনা মথকী ঈথোম অসি লাকপগা লোইননা থা থাগী থোংকাপ চাকথুম :থোকপী অসি মতম চানা লাক্লিবা মুপী অহুগী মশাদা অরুবা লায়ন' লৈরোই। মথকী পথাপ অসি কায়রক-পদগী মথাগী লায়নাশিং অসি লাকনি। ফিডৌ চৎপা, ঈ হাথবা (ব্রিডি), ঈমন লোকথু, ইপাই-থিফাই, খ্বাং নাবা, লু-তাং শিথবা, মুমিদাং থিং উদবা, না পংবা, অহিং তুম্বদা থোং শাবা অসিনচিংবা।

# ফিডৌ চৎপা অমদি হিদাক।

ফিডৌ চৎপ অসি মথল অনি গুই। লফু থয়ো মহি মচু খায় চৎপা অমা, নাই মচু মাম্না চৎপা অমা অসিনি। মসিগী মমু'দা চৎলমদাইদা য়েক্লগা চৎথ্রবদি ফবা অহুগা চৎপা মতমদা ঈশিং থোংদা শাবা অমা অসিগ লোইননা চিক-চিক লাওনা চিকপা মত্রগা হাকচব' অমা অসিনচিবো তৌরকনি। লায়মা অসিনা কাবৌবা মুপী অহু কল্লাক য়াম্না চোক্লকনি। কুচু-কুমেন মাংলকনি চাশিং থবনিংবগী শরুক হাংকনি। থর কুইশিরক্লবদি মনম নম-থিরকনি। লৈবাক্কা চৎথোক্লগা খম্বদা ককচেং থোরা ইনগনি;

মতাং অসি য়োরকপদা অমাংবা মনিং তৌরকনি। মতম অসিদদি লাইয়েংবা বারে।

লায়না অসিনা নাবা হোরকপা থা তরুক কাওবগী মতাংদা তৌগদবা হিদাক্তি:— তোর্বোৎ অরিবা অহু শিংচিংন। শিংলগা ফি অফবা চনাংফিগুম্বা অমদা ঈশিং থর থর থারগা মহি তুমহুনা গিলাস অমা লৌয়ো মহু নয়নবা চিনি অতৌবা থাক্লুনা চামচ অমনা চিনি অহু তুমত্রিবা ফাওবা লংলগা পিথকউ; অয়ুক অমুক হুমিদাং অমুক নোংমদা অনিরক অতুম চয়োল অনিয়োম চপ্থবিয়ু।

মথকী হিদাক অসিনা করিগুম্বা কারবা অধতা ফংত্রবদি কেরা মপালগা সিতামিস্রিগা ফুংলগ নোংমদা আনরক, অমুক শেমথিবা হিদাক অসিনা চয়োল অমা শিজিনবা য়াগনি। থক্লমদাই থুদিংগী য়াউম অমমম থাইদোক্লবা অয়ুক য়াউম অমা হুমিদাং য়াউম অমা থকপিহুনা চয়োল অনিদং শিজিন্নবিয়ু। মহুবনু কথিবা য়াই

অনিগুবা থাক চহি অমদগী অহেনবা মথৈ অসিগী হিদাক্তি অহানবদা মশা থর কনখৎনবা, তাশেপ অয়াইবগ, কত্রংচাক মম অনৌবগা, মরোই মপাং থুম মোরোক তুনা থাক্লুনা থোংলগা পিজবা, মোংমা লেপ্পগা নোংমা পিজবা চয়োল অমরোম পিজরবা মতুংদা রারক কুপ্লোইরে নত্রগা লম কবোক্লে অশাংপা অহু থুদাপ অমরোম, লৈ ফংত্রগা মনাহু য়াগনি। ঈশিং সের অমরোমদা সিতামিস্রি নয়নবা থাক্লগা, পওয়া অক্লোমদা তাপবা কাংবা কুংলগা মহি অহু লিক্লি অমদা হৈজিন্দুনা থরগা নোংমদা অনিরকী চাংদা য়াউম অমমমদং পিথক্লুনা চয়োল অনিদং তৌবিয়ু.

খোংদা চিকপা অমদি শাবা অমমুং হাকচব তৌরবদি নিম না থুদাপ অনি অহুমদং হেক্লগা ঈশিংদ মুম্না ফুংলগা অশাবা মাহ অহুনা খোংদা য়ৈবিবা অমমুং থুদেংদা হৈদোক্লগা অশাবা মহি অহুদা মিশিট ভুর/কুন্দং কন্বা অমুম তৌনা লায়য়েংবিগদৌবা ওই। মথক্কী হিদাকশিং অসিনা থর পক্লবা অমদা থা অম' অনি য়েংবিগদবনি মসিদা ইফং হেক ফত্রব অহু ওইরবদি অরোইবী লাইবক য়েংবী ওইনা, থুমু অভোবগী মথি কংহল্লগা উকুলগুম্না কুপহল্লো, খোইহি চামচ অনিদা চামচ মথাই অম হাপ্পুনা মুম্না শংথ'য়্রগ' অমুক অমমুং মুমিদাংবাইদা নোংমদা অনিরকী চাংদা চয়োল অমা পিথকউ ফত্রব'দ লায়য়েংবা রারগনি।

লায়মা অসিনা নারবা মতমদা থোংগী মমুংদা কোবি থমচেং মানবীগী লৈগুম্বনা, কংলায়েন শৌবগুম শৌরবা অহুগুম্বা অনাবা অহুদি লাথয়েংবিক্লরগম্ব মহাক্না চানিংবা, থকনিংবা পিজহুনা মথরাই মু চাইমবা শেংনিংবা শেংহন্দুনা মুংভাইবা কুপৈম ফিরোং য়োংহন্দুনা অরাবা পুক্বিং মুংশিবা রাথল থলহন্দনা লৈহল্লগা থর শাংমা লৈবা অমদি হিংবা য়াগনি।

## ঈ চৎপা ( ব্লিদিং )

মুপীগী চাথুম থোকপী নক্লগা থাগী কোংকাপ ঈ-চৎপা অসি মশা মশাগী শাহৌগী মতুং ইল্লা থর ভম্না অমদি থর থোংমা লাকপা রাওই। অভনবদা চহি মাপল/তম্নাদগী লাকপ হৌবা চাওজল

থীবা মুপীনা চহি ত্ত্রাহুমদোই ভর্য়ামরিদগী লাকপন্থ যাওই। থম্বা মতমদন্থ থর ভন্না লাকপনা কাংলুপনা চহি নিফুমগা অত্থরাইদা থমনৈ। থর থেংথিবা অত্তুনা চহি য়াংথৈ য়াংথৈমগা কাওবা লাকপা য়াওবনা চহি য়াংথৈদা মীয়োন্দুনা অঙাং পোকপা য়াওমবি। মথকী পথাপ অসি লাইগী য়্রাংযেন্নি খোংকাপ অসি কায়হনা মতম মাইদনা ঈ থর থর চংপ নগ্রগা থাগী খোংচং নত্তবা মহাদা ঈ য়াম্না য়্রাঃ য়্রাঃ চংপবু ঈ হম্না চংপা (য়্রিদিং) লায়না কৌই। মশা ফবা মুপীনা থাগী খোংকাপ্তি কায়দনা মুমিং থর হেম্না চংপা মশা কয়া ফত্তবা মুপীনা ঈ থর লিক্লা থাগী খোংকাপ্তি কাযদনা নোংম্ব নিনিদং লাক্লমগ লেম্না অসিগুম্বহ্ন য়াওদবা নত্তে, মসিদি খোইনা লূবা অনাবা নত্তে। ঈ অচৌবনা পিক্লবা, ঈ পিকপনা চাওননবা হিদাক শিজিন্নরগা ফগনি।

ঈ অচৌবা হায়বদি থাগী খোংকাপ্তা চাওনা অদি হম্না ঈ চংপা মুপী অহ্ন অঙাংগী থাওদা (উম্) অমাবা অমা লৈরহনা তৌরবনি মাহ্ন কননবা চিঙ্গাক্তি হরাই মথল থুদিং অকাংবা মথৌ চাদবা, অত্তেকপা হরাই থরাক, হরাই অমুবী, হরাই উরি-শিংদি চাবা যাই অহৈ মমা মশিং ভানচিংবদি থিংদে। অথোংবদা থাও থুম মোরোক্লচিংবা য়াম্না থাক্তনা থর চমত্তক্লা চাবা হৈ। চমফুৎ চাবা য়াবা হরাই অত্তেকপা অমদি মনা মশিংদি চমফুৎ ওইনা চাবা হৈ। থাগী খোংকাপ্ত ঈ লিক্লা লাকপা কাংলুপকী চিঙ্গাক অমম্পুং হিদাক্তি ভাশেপ অয়াইবগা কত্রংচাক মমা অনৌবগা খোং-হনা চাবা, মখোংদি ভাশেপ অয়াইবা অহ্নপা মরোই মপাং অশাংবগা

লোইমনা থাও ভৌহৃমা থোংলগা মুন্নবা মতমদা কজ্রংচাক মনা অহু হাপচিন্নগা অনিন্নকুম্বা শোইহন্নগা থাংথবা অস্তুমা চাগনি। চয়োল অমগী মস্থু দা অনিন্নক অগুমক চাগনি। অন্নাথবী হৈনৌন-চিংবা মুংশাদা মুনবা হৈ চাবা কৈ। ঙা অস্তেকপা ঈ থাংবা মথল অহুগা অশং-অমানগী মনা-মশিং ভোয়না চাবা কান্নগনি। ঈ লিক্লা লিক্লা চংলম্বদগী মশা ময়াং কংশিন্নক্লবা মহু নোইনবগী চিঙ্গাক অমন্থং হিদাক্তি অশং-অমাম, ঙা অতেকপা ঈ থাংবা শঙ্গোম চুহি, চিনি অঙাংবা চাং নাইনা চাবা কৈ। হিদাক্লা লফু হাত্তম অমা ইন্নাই মুমিত্তা লৈয়েম পিন্নগা থাংজ গুমিত্তা য়ানবিবগা ( লাইরেম্বী ভরেংকী মশক ওইরিবী ইমা ইবেম্মা নহাকী মঙং নভৌগুম নোয়জগে ন্নাহৈ অসি হান্নন্নগা য়ানগনি।) তুন্না অন্নিবা মথৈ থোকভোকপিন্নো অহুগা য়াংকোক অমদা থাংমা পৌত্তক ভোমা শোয়বিন্নগা চফু অচৌবা অমদা ঈশিং থন্নদংগা লোয়ননা মৈদা ফুংকনি, ফুংপা মতমদা লফু অশোইবা অহুগী মথক্তা ভেজোংকুম্বা অমা চফু মন্থুংদা হাপকনি অহুগা চফু অহু মথুম চেংনা লাঃনা মুংশিং চত্তনবা থুমগনি। মুন্নম্নিনি হায়বা মতম অহুদা থাংথন্নগা নিংথিনা কাইথোকপিয়ু; ভেজোং মন্থুংদা য়াওন্নম্বা মহি অহু লিক্লি অমদা হাপ্তুনা থম্বীন্নগা হকচাংদা হঙ্গংনা তৈবীয়ু হকচাং নোমগনি। ঈ লিক্লা অমদি চাওনা লাকপদগী মন্নম ওইহুমা অচিকপা অয়েকপা অনাবা ফুন্নিনচিংবা চোংথোক-লকপা লায়না ভোরক্লবদি মশাগী মুংগী ঈ চাইথিত্তুমা ভোবনি, মন্নম অহুমা ঈ থোমজিনবিন্নগা কগনি। ঈ থোমজিন্নবগী হিদাক্তি

শাম্বা মকু নত্রগা হৈনা কোন্দোন মনা, হৈবী অপাংবা নত্রগা মনা, উচান মচি অসি ঈশিং সের অহুম্লোমদা চাং মাম্না কাপ্নগা ফুংলো মহি অহু সের অমরোমদা তায়মবা মতমদা থাংথরো ; লুম্বু লুম্বু শাবা মতমদা মাইদগী তৈথবা থ্বাং কাওবা থুশাদগী শেগ্রাক ফাওবা তৈথংপা, খোংশাদগী ‘ফরুফাওবা তৈথংপা, মাই অমদি লুথমদগী থ্বাং কাওবা তৈথবা অহুনা অকোনবা অমসুং অরোইবা ওইহনু মসিবু ঈ-খোম্বা কৌই। অম্মা তৈরমদাই থুদিংগী মৈদা শাহনগা তৈরিবা, মুমিদাং তুম্লমদাই থুদিংগী তৈরিগনি। অম্মা চয়োল অমরোম তৌবীরবদি ঈ চোইথিবদগী নায়কপা লায়না থুদিংমক কপনি।

থাগী খোংকাপ কায়হনা ঈ য়াম্না নত্রগা থর থর অতেং-অকাং লৈতনা চত্তুনা চাকথুম চংবা য়াম্নবা অহুগী হিদাক্তি থক্তিংযেন (মাপী মথল অমা) মুম্না ঈশিংদা ফুংলগা য়াউম অমা থকপা নোংমদা অনিরক চয়োল অমা তৌবিয়ু; চিঙ্গাক্তি মথকা ঈ চাওনা চংপগা মাম্নগনি।

চা চন্দন, কর্বির অতৌবগী মরা, চন্দন অভাংবা (রক্ত চন্দন) অসি চাং মাম্না মুংদা তন্নগা, ঈশিং সের অমদা ঈথিংদগী থর কুংতন্না হিদাক থক্লবগী মওংদা শেম্লপা মোংমদা অনিরকী চাংদা য়াউম অমমম পিথক্তুনা অভাং থাউ (উম্) দগী কবর পুন্নবা ঈশিং অহু তাম্থোকপ্রগা ফগনি, চয়োল অমা তৌবিবদা ফগনি। মরম অমনা থা অহমগী ঈ-খোম লাক্কবা নত্রগা মরক্তা মশা কং-লক্তবদগী লাক্কবা অভাং মীরোনথিহনা লাক্কবদি মস্তবা অহুগুম্বা

মওং অদু ওইরবদি, মশাগী মমাংৈডদগী চাং কায়দনা লাক্লম্বা মতম অদুগী মমাং মুমিং তরানিগী মথাংদা মথক্কী চন্দনগী হিদাক অসি শিজিন্নবদ' মহাক্কী মহৌশাগী মতম অদুদা শোয়দনা লাকনি।

# ঈমন লোকথ্ ।

ঈমন লোকথু; অতাং পোক্লবা মতুংদা ঈমন নিংথিনা চংহৌদবা মথাক লৈহৌবা অদুদগী পোকথিবা লায়নাম্নি ওায়বা লৌনৈ। লোক কংথু থুই, লোক থোক্তে; থৌনাওদা মরেং মরেং চংলি, নপ্ নপ্, মাং মাং লাওবগুম তৌই, অমুক মুংথিল্লদগী মুমিদাংগী শরুক্লা হেন্না থুবদগী তুম্বা মপুং ফাদে, মাই-মিং পোমথংলকই অমদি ভাংলকই। হিদাক্তি অমুক মুনিদাংরাইদা চু মতাং অহুম মরি চাবা, হেক চাবা লোইবগা থুম থুবিমুক চাগনি। মরম অমনা কংলায়েন ফুংলগা মহি অদু নোংমদা অনিরক্কী চাংদা চয়োল অমা।

অমনা কর্বির অভৌবগী মরা মুংদা তরুগা ঈশিংদা, ঈশিং মুমনবা অতকপা মহি অদুপা ফুংমিন্নরগা নোংমদা অতম্নকী চাংদ' য়াউম অমমম থকপা চয়োল অমা অমি তৌবদা কপনি। হকচাংবা থম্ব হেন্না শোক্তম্বা মরক মমক্তা কোক ভাওরক্তুনা মিংয়েংদা ভন্দম পাইবা য়াওরক্লবা অদু ওইরবদি; য়েন কাংদোং ফারকপা অমা ঈশিং সের অহমদা ফুংপনা, সের অমরোমদা ভাইরবা মতমদা

থুম খজিক্কুং থাক্লগা থাংথচুনা মহি অচু লৌবিরো অচুগা মোংমদা অনিরক্কী চাংদা পিথকউ। মতুংগী থক্লমদাই থুদিংগী য়াউম অমগী চাং অচু মৈদা শাহল্লগা পিথকদবনি।

## ঈপাই থিফাই।

লায়না অসি অঙাং পোকপগী য়াজোল শং কুমলিতৈ মতমদা চাবা থকপদা ৱামখিবা নত্রগা খ্বাংদা মৈ য়াইবা য়াংহৌবা নত্রগা অয়ুক অঙনবদা মপান্দা ঈংখিবদগী হৌখিবা পোকখিবা লায়নানি। চাবা ছুমদবগী মওংগুম্না অমাংবা মহি লাংন৷ কংকুপ্‌ কুম্বা তাও-হুনা হান্মী। মরু ওইনা নোংঙাল্লমদাইদগী হৌরগা অয়ুক্কী চাক চাৱগা ঘবা খোংহাম্নি। অঙাংনা থোমজিংলিতৈগী মঙখদা তৌ-গনবা লায়না ওইবনা অথা-অয়াকী হিদাক তৌবদা কন্নিগুম্বদা তৌরবা তারবদি থোমথোক য়াংকল্লি। মরম অচুনা য়েঙম য়না অনৌবগা ঙম্নু অচংবগা থোংহুনা পিজবা নত্রগা খজিং অত্তেকপা শিংজু পিতবন্থ ফগনি, অনিমক পুম্না তৌবা ঙম্লবন্থ হেন্না কান্নগনি।

## ঈ চাইখিবদগী খ্ৱাং নাবা, লূ-তাং চিকপা শারৈ হৌবা।

ঈমম চংপবা মথাক লৈহৌরবা অমদি য়ৈথংব্রগা পোক্লকপা লায়নানি। মথকী ঈ থোকজিনবগী হিদাক্না মওং মতৌ অচুগুম্না তৌবিয়বন্থ কবা য়াই। হজাম থাও অশেংবনা নাফম, চিক্ফম

অতুদা চনম মরু শুগাইবা অতুগা অমি অতুনা নোই-নোইতুনা তৈবিবস্থ ফগনি, নত্রগা লোইমুম্বা লৈ মমা অতু ফুংলগা হিগী য়ৈবা অমদি খোম্বীবস্থ ফগনি। চেক মৈ ইরগা কি য়োমশিন্দুনা নত্রগা ঈশিং অশাবা লিক্লিদা হাপ্লগা মথুম মরৈ চেংনা লৈশিল্লগা অনাবা অচিকপা মফমদা থম্বস্থ কাম্নগনি। "হোটরাটর বেগ" শিজিন্নবনা অমুক হেন্না খুদোং চাগনি। ঈ শাবৈদি মথকী ঈ খোমজিনবগী হিদাকস্থ ফবা য়াই, নত্রগা হৌরিবৈ মতম অতুদা খোংনাং চারবা শউন খোংউপকী মনম নমহল্লবস্থ ফবনি। মসিদি নিপা মুপী থায়দনা শাবৈ খুদিংদা ( ফবনি ) কাম্নগনি।

## ঈ নুংশিংনা মিং উদবা, নাপংবা।

ঈ মুংশিংনা হাইপংখিতুনা মুমিদাং মিং উদব', না পংব। অমদি নাকোংদা মুং তুং তুংবা মুমিং চুম্নগী হরাপাড়া খোবগী মখোলগুম্না তাবা মরক মরক্তা কংশি য়ৈবগী মখোলগুম্নস্থ তাবা অতুগী হিদাক তুমিদাং মিং উদবগা লোয়ননা না পংলবদি তোর্বোং অরিব' অতু শিংচিংনা শিংলগা খোং অনিমকী থুয়াদা অহিং তুম্বা মতমদা খোম্বীয়ু। মখোমদি, তোর্বোং অতু থুয়াদা খোম্নগা লা অমম থাজগা কিনা য়োমশিল্লু। মিং উদবা না পাংবদগীনি হায়তুনা কবিগুম্বদস্থ লরাইদা তুংশিং চিংশিল্লক্‌না হেন্ন উরকবা অমদি হেন্না পংশিল্লকপা শোয়দবনি।

না পংবা অমদি ঙুংবগীনা চনম নত্রগা তিনহৌ মরু অহু মকু শোংনা খোক্কোক্লগা মরুগী মচ্ছোন অতুম্বা অহুদা য়েক্তু,ম পুম-জাও নত্রগা তরেংয়োং মনিংগুম্বনা ঐনা হুক্তোক্লগা চঙ্গাম খাও অশেংবদা লুপ্লগা নাকোং অঙংবা অহুদা নমশিন্দুনা অহিংদা থম্মীয়ু, নাকোং অনিমক ঙংলগনা নোংমা নোংমা শিন্ন-শিন্ন তৌবিয়ু : চিঙ্গাক্লা খোং হামদোক্লবা, অরাথবী অশংবা থোংহুনা য়েনশাং ওইনা চাবা অমদি অরাথবী অমুনবা, হৈনৌ অমুনবা, হৈত্রা, হৈরিং অমুনবা চাবা কায়গনি। মহৌশানা মশাদা অমাংবা য়ৈথংকনবা চিঙ্গাক থক চাহোইদবনি।

য়াম্না কিবা অমসুং খংবদগী লরাই শাংখিবদগী লরাইদা চিংথত্তুনা অমদি ওমশিন্দুনা লৈরম্বা মুংশিংশিংহু কায়খিত্তনা, থিং উদবা না পংবনচিংবা লায়থা কয়াবুক্সু ফখিবা য়াই। থুদম, সেকেণ্ড রাউন্ড রারগী বোমগী মখোন্দা অকি-অথং থোকখিবদগী ফখিবা ফয়া অমসু য়াওরি।

## খুংলাইগী অমদি হিদাক্কী মতেং লৌদনা অঙাং নাওরোল চাওহনগে পিকহনগে ইনিংনি।

মীওইবনা হকচাং ফনা লৈগে হায়রবদি মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী ( নেচর ) না পিরকপা মতম মতমগী য়েনশাং মনা-মশিং অমদি হৈরানচিংবা অফংবা অহু চাপনি। কুমগী লাকয়েন তাইবা

শজিবু নৈপুন ভোবা কোংবা লৈখোঙ ফাংপা (চৈরাওবা) অসিদগী হৌদুনা মথংগী চহি লোইবা মতম কাওবদা চহি অসিমগী মমুংদা উপাল রাপাল পুম্নমক্না অমুক অমুক য়েন্নিং হুল্লি। মীওইবনা হিংনমবগীদমক চাননব চাক-য়েনশাং হৈ-রানচি'বা অ'স মতম নাইনা মথল-মখেল খায়দোকচুনা মরু ওইনা হুমবা, চার শেম্নবা অমদি লিংখোক্নবা থানমবা মতম পিরম্মী ১মুং থংহন্নমই। মীওইবা নত্তনা থরাই পানবা খুদিংগী মরুম নত্রগা মচা কোক্নবা অমদি পোক্নবা মতম পিরমই। থরাই পানবা খুদিংনা মাই মতম মত্তবদা লাবা অমোম থক তিম্নদে। চহি অমগী মমুংদা মতম অমুক্তং পিবা শা-ঙানা মতম অচুতদা মখৌ পাঙখোকই। মতাং অসিদা মীওইবা ঐখোয়গা থর খেন্নবা লৈ। ঐখোয়গীনা থা খুদিংগী ওইনা মতম অমা গুপী ওইবীশি'দা পিরি। থরাই পানবা অতৈগীমা চহিদা ওইনদি পিরগা মহ'-অহনগী মতম লৈতে। মশাবু কচুনা হিংলিবা মথৈ মরুম কোকই অমদি মচা পোকই। তাইবং মীগীনা নুপী ওইবাগী থাগী খোংকাপ লৈ শাংপা লেপাথবা অমদি লোইখিবগা মশা ফনা ফচুনমু অঙাং পোক্কে। মসিমমু থংলে লোইননা অঙাং পোক্নবগী মতমমু মথক্তা ঈপ্রে অচুনা থংলে অচু ওইরবদি নাওয়োল চাওহনগে, নাওয়োল খুহনগে হায়বসি থম্হরবদি শুম্ফম খোক্কে, মসিগীদমক শেল তিংদুনা হকচাং মাং-দনবা অঙাংগী থাউদা মীগী খুংগেম শিজিন্নত্রবমু য়াবনি। অপাম্বা অঙাং মশিং হেক শুবগা অঙাং পোক্লোইদবা মতমদদা য়েংলগা লোইরে। অচুম তৌরবদি অঙাংমু য়াম্নোই পুক্সিন্ন শাংলগনি।

# মখল মখা অয়াম্বা লায়না।

## ( থুংহিং অমদি শমজাবি )

অঙাংগী থুবোমদা পাংপবু থুংহিং কৌই। থুবোমদা ফুরিগুম্না চোমলপ্না চোংথোকসকই। মথংদা হাকচংবদগী থোংলুরগা মথং মথং শন্নরক্তুনা পাংথোক্লকই। পাংলম্বদগী মহি চোংথোকলকই; মকম অহুদা অঙাং অহুনা মিংগানা ফমলুবদগী মক্ষৈগন মখা থুবোমগা ভাইনবা অহুদম্থু লৌরক্তুনা পাংথোক্লকই। মতম নাইনা নাইনা হাকচবা হৌই; ঈ থোকপা ফাওবা থোংলবন্থু পেল্দে। হিদাক্তি:— অফক-অফাই মনা মশিং হায়বদি নোংলৈশং মনা উরিকশিবী মন', মুকথুবী মনামচিংবা অফুংপগী মহিনা শেংনা চামথোকপিরগা হঙাম থাও অশেংবদা, ময়াংহিদাক মনা অয়াকপা মথুম অমা ভিংলগ', হিদাক মনা অহুনা নোই-মোইতুনা তৈবিরবন্থু ফবা য়াই নত্রগা হিদাক মমা অহু মৈদা নত্রগা মুংশাদা কেমহল্লগা উফুলগুম্না কুপহনবিরগা শলগী ঘিগা য়ামরগা তৈবিরবন্থু ফবা য়াই।

শোয়দনা ফরব' মগ্রগন্থু মকম লৈররোইদবা হকচাংন্থু ফরবা, শমজাবিগী লায়নাদম্থু ফরবা হিদাক্তি:— ভাক্রা অচৌবা অহলশিংগী পাউরোদ' মকোক্তা ভৌ হৌরবা হায়বা অহুগুম্বা ভা অনি অহুমদং ফজনা মকু খোক্তোকতুনা শেম্লগা ঘি নত্রগা হঙাম থাওদা ভৌহুনা মরু-মন্নাং, মরোই-মপাং, থুম-মোরোক গুনা থাক্তুনা থোংলগা অমংবা মহি অহু লৌথিরো অহুগ। মপং অহুনা

চাথোকপিরো অনাবা অচাং অত্থুদস্থ চাবা ওস্বা ওইরবদি পিজবিয়ু। মহি অহ্নবা অনাবা মকম অত্থুদা থর বিংথিনা নোংমদা অমিরকী চা'দা তৈবীয় ; চাইহাক্তাংদি থর থুপকনি, মুমিং মরিমি মঙাংমিগী মস্তুংদা ফবা উগনি।

কোক্তা শমজাবী কৌবা মুমদা লৈশোনা চাবগুম, শম চোম্-লপনা কেনবা, অকেনবা মকমশিং অত্থু তাং তাংহুনা লৈবা মতম চাশা লাইয়েংবিহৌত্রগা কোকী শম লোইনমক মকদা চাথোক্তুনা কোক পুম্নমক তাংবা য়াওই। মতুস্থ মথকী চাক্রাগী হিদাক অসিদনা ওমগনি। শমস্থ হৌরকনি, হৌরকপদা থর থিনগদবা উরবা য়াম্না থুনা হৌজনবিংলবদি, তিনফা লৈরোম্বী অত্থু মৈদা তৌহ্নবা কেমহল্লগা উফুলগুম্না কুপ্‌হনবিরো। অতুগা ইরোইগী ঘিগা তোংন-য়াম্নরগা তৈবিয়ু শোইদনা শম হৌগনি। তিনফা লৈরোম্বী করম্না মশক থংগদগে হায়রবদি খাইনা উমরিবা তুরেন্দা পাং-কোমদা ঈশিং ঈহৌরকপদা শা শন্দা অমদি মীদা চিকলিবা তিনফা অতগা ঃয়'বদদি থোইনা থেংনদে, মহাকী থেম্নবা হায়বা মক্তবু শা-শল অমদি মীনা হেক ঃশাক্লুবদা অমদি থে'লুবদা হেক্তা তেনশিন্দুনা মচিল অত্থু লোংলি, কৈদৌঙৈদস্থ চিক্তে। মসি ফংদ ফংত্রপা চুম্নগী তিনফানস্থ কাম্নব থরদি ফংগনি।

## লাইথি লাইরুম।

থোংপাকী মথক থংবা শরুক থুরাইগী মথা থংবা তাংপী মরেং অনোপ অতিং তৌফম অত্থুদা ফুরি থুংহুনা পাংশবু লাইথি

লাইরুম কৌই। লায়না অসিনা নাম্বা অঙাং অমু অমুক অঙবদা লিক্রু: ময়ক্তা, অনাবা মক্কম চোংকদবা নাপি ময়ক্তা চংহনবিয়গা অনাবা অমু হাকচবা হৌয়ক্ননি। মতম অমুদা ঙমুরৈ মপাল মত্রগা মনা ( উ মচা অমা ) নত্রগা মরাম্ রাগনি, মুম্না ফুংলগা ফুং-ফুং শাবা মহি অমুনা য়ারিবমথৈ শেংনা নোটহুনা তক্কুনা চামথোক-পিবা অমুগা কংনা তৈথোক্লগা থোংনমবা থাও তৈশিনবীম্‌। অমুক অনি অমম্রক্তং তৌবিরগা মহিকশিং অমু শিথিগনি অমদি ফখিগনি। থাওগী মহক্তা খুংহিংগী ভাক্রানা শেম্বা হিদাক অমুম্ কাম্নগনি।

# লাইকোই অমদি ময়াং লাইকোই।

হকচাংগী মকম খুদিংদা মাবা য়াবা লায়নানি। চুমগী লাই-কোইনা উনশাদা মকু কুরাংপানতমক কোইরপ :কাইনা হন্দোক্কুনা হাকটৈ অমুদগী থর থেম্নবা লাটকোই অমুগী অকে য়বদা ফুরি মচা মচা চোংথোকপা ময়াইনা কুংথবা অমুবু মীতৈনা ময়াং লাইকোই হায়না খঙনৈ। অনিমক আসগী হিদাক চপ মাম্নবনা লায়য়েংবিবা য়াগনি। অনাবা মকম অমুদা শম্থি অকংবনা থোংচিন থোংচিন্দুনা থোংলগা কুরাংপাল থর মথৈ হুদোকহল্লো অমুগা পুকাই ( নাপী মখল অমা ) মরু মথোক্তী ময়োন অমু তরা কুন্দ: লোয়গা হুংদা নত্রগা ফাল অমগী মথক্তা গুংথংগুম্বা অমনা পোপ পোপ ভগাইবিহনা মহি থর থর থোকহল্লগা লাইকোইগী মতাইদগী

ময়াইরোমদা পুমক্নাই মখোক অহনা তৈশিনবঁম্মু। নোংমদা অমুক্তী চাংদা ত্তৌবিয়ু চয়োল অমদা ফগনি। মাসি নত্রগা লৈরাই কাঙ্গে) (উরি মথল অমা) মনা অম' অনিদঃ থংলগ' মমা অহু মথা হায়নদি মথা থংবা শরুক অহুনা খোংচিন্দুনা কুরাংপাল হুদোক-হল্লগা মখোম অহু তৈবীয়ু। পাম্বী মনাক্তা ত্তোবনা থাইদগী খুদোং চাগনি মরমদি :— মখোম অসি মনা মহৈ নত্রগ' মতোন থংপদা থংলকইব অহুগী মখোক্তা শক্লোম্মুক ত্তৌনা মখোম থোক্লকনি। মখোম অহুনি মচিক শিগদৌরিবা হিদাক্তি। উরি অসিগী মশক্তি মরি-মতা অহু মুপনি, মরি শাংনা চৎলি, মতাং থুদিংদা লিরক্লগা মরা ত্তায়। মতাং থুদিংদা মনা অনি অনি কাশুপ পানবনি; মনা অহু থুঃ থুঃ দাওবনি ভুমেল অচৌবা লৈরাই রাংনা লৈবা মফমদা হৌপনবনি। কনাশুম্বগী হিংখোল মতাই নত্রগা লৈপলদা হৌবস্থ য়াওই।

# মৈনা পোকপা।

মৈনা পোকপগী খ্বাইদগী মরু ওইব' হিদাক্তি ঈ-না ইহেন হেল্লি হায়না ত্তাকপিরমই মরম অহুনা মীতৈগী অহলশিংমা থুমগী উচেক খুমু লোয়নরমই। মৈনা চাকপদা উনশা হুদোকপ্রবা কাওবদা খুদক্তা ঈ অহিংবা অসি তৈবিবদা শাবনা থাংবে ভুম্রমদবা অহু উলমুক ঈংগনি অমসুং ফগনি। উনশা হুদোক্তবা চুমগী ঈশি

ছামগদবা অড়গুম্বদদি ঈশিংশু হাল্লোই শাবম্ব থুদক্কা কগনি। মসি কংজ্রগা য়েক্রম মমুটম্ব কান্নবনি নত্রগা থাং-য়োংকী শরুক য়াওবনা নম্নবম্ব থুরগী মখে কান্নবনি। পুন্নমক কংহৌদহুনা লাইজৌগ্রবদি শামিতু মৈদা থারগা ভাঙ্গোই অহুগা য়ুবী থাও নত্রগা থাও অহিংবগা তোৎনরগা তৈরবম্ব কগনি।

## থাংনা শোকপা।

থাংনা নত্রগা য়োংমা শোকপগী মরু ওইবা হিদাকি :— লমু পাম্বীগী তুঙ্গা মথক্কা থাংমচা অমনা খোক্তুনা মকুপী মক্রিং অহু লৌরগা অশোকপা মকম অহুদা খোম্বজিনবীরগা পুং থুদিংগী ঈশিং থাহুনা চোংহনবিয়ু। সুমিৎ থুদিংগী অনৌবা অমুক-মুক শিনবিয়ু। চয়োল অমগী মমুংদা হম্বু থাংদমা ভাইশিন্দুনা কগনি। অভোল্লা হিদাক ভেরা পাইবী মনাগী মহি, পেরুক্কা থুমগা শুপাইবগী মহি অমম্মুং মপংশিংগা খোম্নবম্ব কগনি।

## তুম্বদা মঙলাক্রদনবা য়াহিপ্।

সুমিৎ থুদিং সুমিদাং চাক ভোক্লকপদা য়ামজ্রবদা খোংকাপ চনিদগী ভাদমা চৎকনি। পুক য়াম্না কা হেন্না থম্না চারোইদবনি। কমুং কান্নমদাইদা কমুং অমম্মুং মোম অহু মনম নমগনি; মগন্না কুন্নমদাইদা মহাক্কী কুনকম ওইগদৌরিবা মকম অহুদা মনম শুৎ-শুৎ নম্নগা কুল্লি অমম্মুং নাখোক্তুনা তুম্মী। মগ অমক্কা মঙলাক্রহুনা

শিদবনি ; মরম অতুনা তুম্নদনাইদা মগগী মওং-মতৌ তম্মু হায়না অহনশিংনা হায়রমই। অহানবদা লোংনা মিনিট মণ্ডায়োমদং য়াহিপ্তুনা য়ুম্বু কোনবিরিবা লাইনিংথৌ খুরুমজরগা থরাই-থি কোনশিনজগনি। মথংদা য়েংনা য়াত্তাহুনা তুমথজগনি। মথক্কী শাক্তেল অমম্বুং থৌরমশিং অসিবু কায়দনা চংচরিবা নিপা মুপী অতুদি মঙলাক্লগনি হায়বগী চিংনিংঙাই লৈতে হায়না তাক-পিরমই

# খুনিং কায়বা অমদি কক্লাই।

খুনিং কায়বা হায়বা লায়না অসি য়াম্না নাবা লাংলানি। মসিবু অহানশিংনা খুনিং কায়বা নত্তে থম্মোই কাযবনি হায়রমই। খুনিং কায়বা অসি মথল অনি ওই। কুপ্কায় কাযব অমা, লুনৌ কংনা ঈ থে কপা মথৈ কাযবা অমা, মসিগী মকাথ তসিনি থম্মোই কাযবা হায়রিবসি, খুরুম-ফেনাৎ অমদি শউন ঁ্প উপ্ মুমিং চুপ্প তোংলগা খোং হামদোক্লবগী মক ইন কুপকায় কায়বা অসি চৈরকপনি। লুমৌ ফংনা কাথ্নরিবা অাসদি লায়-নানি অহল লমন শাগৈ-কাংপুপকী ওইনা মথং মথং লৌনবত্তম তাই। লাযন অসিগী তৌগদবা শাক্তেন অমম্বুং হিদাক্তি অমুক কুংথনল ফিং পোংউপ তোংহুনা খোং লৈবাক তাহল্লোইদবনি। মুমিদাং তুম্নমনাইদা ঈশিং অশাবমা শেংনা হামদোকনি। অতুগা খুনিং হিদাক তৈশিল্লগা মৈ য়াইগনি। অমুক য়াহৌবদা খুনিং

থুয়া ককৃপাই মফমশিং অতু কনশিন্নগনি। মতু থুংনা নোই নোইহনা অকনবা অতু থুগাইত্তুনা পেংহনগনি। ককৃপাই হায়বা লায়না অসিদি লোমগনবা লায়নানি। খোংউপ্ থুরুম্‌নচিংবা তিন্নবদগীসু লৌনৈ। মসিগী শাক্তেন্দি থুজিন্থাং অথোব অমনা ককৃপাই কায়রিবা নাকল অনিদগী ময়াই অকায়বরে'মদা ককৃশিন ইংশিন্দুনা হিগংলিবা মচি অতু ময়াই অকায়বা অতুগা মামনবা তৌবা অতুগা অয়ুক অমসুং মুংথিলদা উয়ুম কৌবা উগী থুরুম তোংহনা খোং লৈবাক তাহন্ত্রগা থা অহুম মরিগী মনুংদা ফগনি। থুনিং হিদাক — শঙ্গোম মপালনে চুহিসে, হৈরবোপ্ মশিলনে চাং মামনা চফুমচা অমদ' হাপ্তুনা পুমথহন্নগা (চয়োল অমরোম থম্বা) মহি অতু ঈশিংগা য়াম্নরগা তৈগনি। হৈবী অমুনবগা শঙ্গোম মপানগা চম্প্রাগ' ভিন্নতুনা শেম্বসু য়াই থুনিং কায়বগী তা নত্তুনা ইনা-শিংবাম্বা য়াংপা চৈ-না-লাংনা থিনগাইবদসু অতুগা মুংশিং-মুংশানা কায়বদগীসু ফননবা তৈবা য়াই; হকচাং কুচুসু ফজগনি। অহনশিংনা পাওয়ৌ অমা থনমই, মতুদি ইনানা য়াংপা থায়াত্তসু শঙ্গোম মপানগা চুহিগা চায়; লাইনা য়াংপা খায়াংপু করিগী চায়োইদগে হায়না। হৌজিক্কী মতমদা থিনিংদব' রানিংদব' থংলমসু তনবদগী থুনিং হিদাকী মহুত্তা গ্রিশলেন শিজিন্ননি।

## হূই অঙাওবনা চিকপগী হিদাক।

হূই অঙাওবনি, ঙাওদবনি হায়বসি করম থংগনি? হূই অঙাওবগী শকফমদি মথৈ মক্রোং লোনপনি; ময়াং কংপনি, মঙিং

ঙাংগনি , অকি অথং লৈরোই চুমজ্রিং চুম্না ভবি ভবি চেনগনি ; মহাক্না থেংনবা মথৈ চিক্লান। চৈনা ফুবা, তানা থিনবদা খোং-লোই, ইশাগী অরোইবা তুই ওইরবস্থু মহৌশাগুম্না কৌবদা লাক্লোই অমদি চাক চাও হায়হুন থাবদস্থু চারোই। মতম অসিদা য়োংলি নত্রগা তুইগংনা পুনশিন্দুনা থমগনি ; তুমিং ভরানি/মঙানিদা শিগনি। তুই অঙাওবন চিক্লবদি মহৌশা অহনশিংনা তৌরম্বা হিদাক্কি উতং রাগী উশোই অগাম্বা অতু ফুংলগা মহি থকপা 'স্থং মপংনা থোম্বা নত্রগা উতা রা অশংবগী মকু থাংনা খোংলগা য়াখুল অতুদা থোম্বা চংনরমই। মতুন তুই অঙাওবগী তু: অতু কোকপা ভমই হায়না থাজরমই। থাজত্রবদি কবা রাই, পুক্লিং চম্নবা মতমগী লায়য়েং মথংদা তৌবিরবস্থু হেম্না কৈ। উতং রানা তুইগং শেমহুনা পুনবদা তুইশিংনা শোয়দনা শিন্নিবনিনা উতং রাদগী শেম্বা হিদাক্না ককমদি খোকই। তুইগী য়াখুল অতুদা থুদক্না মাইবা ডাক্তরনচিংবা কংত্রিহৈদা অরাথ্বী মথোম হাপ্পা অমদি তৈবা কৈ ; মতুনা তুংদা করিস্থ অকায়বা লৈরোই। থাজনিংঙাই ওইবা থুদম অমনা তুই অঙাওবা অতু কাজিন্দুনা থম্লগা, মহাক্না চিক্লম্বা য়াখুন অতুদা উতং রাগী মথক্কী লায়য়েং অসি হেক তৌবদা থুদক্না তুই অতু শিগনি হায়রি। মশক-মশা থংদৌরনা অহিং ভাইবংদা তুইনা চিকলম্লগা চেনথ্রে ; অঙাওবনি চাংদন ন করম্না থওগনি ? তুইনা চিকলম্লিবা মী অতু ঈশিংদা মখ্যাং য়োনা কুমথহল্লগা ঈশিং চংহল্লু ( মম্লং হালহল্লু ) ঈশিং চংপা য়ারবনি তুই অতু ভাওদে হায়না লোপনি, ঈশিং চংপা য়াত্রবা অতুগা অতুগা লোইননা থক থক নিক্লিবা অতু ওইরবদি তুই অতু ভাওরে হায়না লৌরপনি।

# লিন্না চিকপা অমসুং হিদাক।

লিন্না চিকপা হায়বসি .. ক খর য়াম্মই। থংহৌদনা থেংনরুবা অমদি খোংনা নেংলুব . তপা ইশাগী মি-মা নল্লুবদগী চিক্পা অমা, অমনা লৌপাক্ত ... র য়ানবদা মমৈগী শরুক্তা থাংনা ককল্লুরবগুম্বা য়াম্না শাওনা ..হুনা ভাইরস্লগা চিকপা অসিনচিংবা। থগৎপা, পাথৎপনাচিংনা মকিবদগী হু: ক:ব হ্ন্নি মত্রবদি হু: অহু য়াম্না তপ্না তপ্না কারকনি। লিন্না চিকপা অসি মিহুন হুনফমদা অয়াম্বা থোকল্লী। চিকফম অহুগী মথক্তা থুদোন অনি/অহুমগী মথক্তা য়াম্ন কন্ন। পুনশিল্লগা মথক্লোমদা ওনথংহুনা অমদি মুংথৎহুনা থম্বীব অহু শুইরবদি হু: অহুনা মথকলোমদা কারকপা ওম্লোই। পুনশিন্দুন থম্লিবা হু: অহু মী অমনা যাদা হিদাক মন' অয়াকপা উম্লপা য়াথুল অহুদগী চুপ্থোকপিরগা ওথোকপা, অম্মুম্না হুশিং অহু পোক্টনা চিংথোকপ' য়াগনি, নত্রগা য়োংশিংয়োং অচৌবা অমনা মৈদা ভাংশং চাংনা ইক্রুগা হু: লৈরিবা মফম অমদি চিকফম অহুদা নমহুনা হুশিং অহু চাকথেংহনবস্থ য়াগনি। হু: লৈন্নিবা মথৈ শারোই, হু: লৈত্রবা মতমদা অশাবা কাওরকনি মফম অহুন থুদোং চাগদবা লৈরগনা থুজিনথাং নত্রগা থাং মচা অথৌবা অমনা থায়দোকপিরবস্থ য়াগনি অসিগী মপাদা অথং-অহৈ, মাইবা ডাক্তরনচিংবা কৌহুনা মখা তাবা লায়-য়েং চৎথবিবদা থুদোং চাগনি। মথক্তা পনখ্রিবা থওহৌদনা চিকপা হায়বা অসিদগী শাংহুনা ভাইরস্লপা চিকপা অসিনা হু: কাবদা কন্নবা হেল্লি।

# তিন্লম লাইরম্।

মীতৈ লৈবাক্কী চংনবী মতুংইন্না য়ুম-কৈ শাবদা তিন্লম-লাইরম্ থোকপা, হায়বসি য়াম্না কিনা লুনা তৌনরম্মী। লাইরমদি থৈবা য়াই, তিন্লমদি থৈবা য়াদে হায়নম্ব হায়রমই। অদু ওইরবদি তিন্লম-লাইরম্ থংদোক্লসি। তিনলম করম্না থড়গনি? ইম্খোল মনিং-মমাং লৈবা অমদা য়েংবিয়ু: মনিংগী শরক্তা লৈরিবা ইম্খোল অমি তাইনবগী লৈপল মপা অদুবু তিন্লম কাই। মচুগী মপাদা য়ুম শাবা ফত্তে হায়বনি, ঐগী য়ুম শানিংবগীদমক মীগী লৈপল থৈদোক্পা য়াদব অদুবু তিন্লমদি থৈবা য়াদে হায়বনি। তিন্লম থোক্কবা মফম য়েংনা য়ুম্ফম থোন্দুনা য়ুম শাগনি। লাইরম্ কৌবদি তুরেল মপাল তাবা লমদনা তোরৈগী মতুংইন্না ঈশিং ঈচেলনা য়ৈবা অমদি রাইবা, ঈথিন্না কাওবা ইম্খোল অদু লাইরম্ থোকপা কৌই। অদুগা থুলগী থুলমৈ থুলকোক লন্থী শোরোক্লা রাইবা অমদি পাক শন্ন তাবা মফম থুঙংগী মাইকৈ মরি, চিথেক মরি, চৌংথৈ, মৈরম, শম্বোং অমম্পুং কৌক্রুলাইজিদা লৈব ইম্খোলদা মী লৈবা ফত্তে। মফমশিং অদোম লৈবা মী রাগনি। লেতবা যাত্রবা তণ্ডাই ফত্রবদি তারি তারিবা মফম অদুদা লম এচেং থমম খাক্তুনা থম্লগা য়ুম-কৈ শাবা য়াই হায়বসিমু লাইরম্ থৈবা য়াই হায়বনি। অদুগা ইম্খোলগী কোম্বোং ফাংকদবা মফমদি মীগা তাইনবদগী ইশাগী লমজৈ ওমগা চঙ্ তাবা মফম চাবদা ফাংলুশি তাবদদি ফত্তে।

# লাই-তিন্ ওক্নদনবা।

য়ুমদগী মপান থোক্লুনা চংথোক-চংশিন তৌবা অমদি লংকৈ চংপদা লাইতিন্ ওক্নদনবা লাইরাদি, ইশা ইশাদা য়াওরিবা লাই অহুদগী থুংনিংথোনা নমহুনা মরেক-মহাও (রস) অহু লৌরগা অঙাংশিংগী মরাইবক্তা অমদি ইশা ইশাদগীসু মমবদি লাই-তিন্ ওক্নবা হৌনদে। মিংনা উবা লাই লাইরেন ওক্নরবক্তাওবদা ফি হাইদোক্লগা ইশাগী লাই অসি উত্লুনা "লাইগা লাইগা ওক্নবনি; লাইগা লাইগা তাংনজৌ ঐগী শরুক নত্তে" অমুম্বা হায়গনি। লাইরেন লাইচুবা হৌনদে, লাইগী লাইরাদে। অমনা তাইবং মালং অসি ইমাগী পুকচুং (গর্ভ) নি থরগা লৈবা অমদি পুকচুং অহুদা চংপা লাই ওক্নবা হৌনদেসু হায়রবই;

চাক চায়রদাই থুদিংগী চাক মমাংদা চাক-রেনছাং থর থর লৌরগা থিপাগীনা য়েংলোমদা, মুপীগীনা ওইরোমদা, লাইমাং নংগী (কাহা) শরুক তম্বনি হায়না থাদোকই। লাই অমাংবা, মতম ফত্তবা উবা, থবক তৌবা থুদিংদা অকায়বা থোকপা কবনে। উ অহন (উহন) মরাগা, কোকুকল মরাগা, কুরাই মকুপ মত্র অমদা হাপ্লগা শিবীরবদি লাই-তিন; পোৎশেম-থৌরাং চংলোই হায়রমই অহনশিংনা।

## য়ুমগী ইখোন্দা থারোইদবা উপাম্বী।

বোকুল পাম্বী, লৈহাও পাম্বী, থৈবোং পাম্বী, নাগেশ্বর পাম্বী থাবা ফত্তে। থাজবিগে থাজবিয়ু; থাজবিরোই থাজবিয়ু; মথক্তী উপাম্বীশিং অসি হোৌবা ইখোল অহু করম তৌবগে অমুক্তদি য়েংবিয়ু। বোকুল হোৌবা ইখোল অহুদি য়াম্না থুনা মুংকনি, অতৈনা থর তপকনি। লাই ওইপ্রবা অহনশিংনা মতম কুইনা য়েংলগা শোইদ্রে হায়বা থংলগা হায়রম্বা লাইরানে।

## চারো মোরোগী মরমদা থরদং।

ঈপুধৌ পাখংবনা মচা তরেৎ পোকই; মচা তরেৎ অহুনা য়েক তরেৎ ওইখি। লাইস্থ মীশ্র য়েক স্তরেৎ অহুদা চংখি। সাইরোন অমদা লিল্দা মচা তরেৎ পোকখি, লাইরেল সপাই তরেৎ ওইখিবগী মারি লৈখ্রে। য়েক্কা-য়েক্কা য়েক মশেল লৌনবা ফত্তে। সাইরুক তিরবস্থ মচিন-মনাও অমিনা তোণ্ডান-তোণ্ডানবা য়েক ১দি শাপৈদা তাংনখিবা অমদি চংনখিবনি, খুদমদি:— থৌনাওজম শাগেগা অথোকপম শাগেগা সাইরুক তিরে। মরমদি মমাংতৈ লৈশেমতৈদা য়াংখুবা কৌবা, য়াংহনবা কৌবা মচিন-মনাও অনিমা থৌনাওজম ওইরিবৈদা করিগুম্বা মুংণ্ডাইনদবা মরম অমদগী মনাওনিপা অসি থৌনাওজমদগী থোকখি হায়রুনা অথোকপম কৌখি অসিনি, মরম অহুনা লৌনবা য়াদে। খুমনপা লুরাংগন্থ ঈ নামুংনৈ; য়েক অনি

অসি লৌন-লৈনরবদি পুন্সি মুংশাংনরোই কস্তে অসিনচিংবা। চৌশিন-মৌশিন্নবা অমদি ম্নি'গো-থাগো তৈনবা কস্তে শামা ছানা য়েংথি হায়রমই।

## য়েক সলাই অপোকলোন।

### ( মঙাং পোকপা )

মঙাং ( নি'থৌজা ) সলাইগী য়েকী অপোকপদি, ইন্দা থাগী তরামঙানি পানবা থাবুং থানিল শগোলশেন গুম্নিংকী মুমিং যু বদা পোকই। ঈশিংদি মুংজেং ইকোইনে, মৈদি লৈযেন, লৈদি লম্বাল অঙাংবা চাবা নিপাকনে; হৈদি থমচেংনে, ভাদি শরেং অঙাংবনে। মাহৈবদি উকম কোননে, থাংদি চগম থাংনে, শীংদি শায়নে, জাদি থম্না খেঙ্গোংনে, মচুদি অঙাংবনে।

### ( লুবাং অপোকপা )

লুবাং য়েক সলাইগী অপোকপদি য়াকচিং থাগী তরাত্তয়েংনি পানবা ইরাই মুমিংকী অয়ুক য়ুথক্তনি। ঈশিংদি লক্ষেলগীনে; মাহৈবনা উ-খোক মত্তোননে, লৈনা খোংগুল মেলৈনে, হৈনা কিহোমনে; ভাদি শরেং শংবানবনে; শীংদি হৈক্রুনে, থাংদি ত্তোম্বনে; লাদি কাক লানে; মচুদি হিগোকনে; মৈদি কাঙ্গী খোইজুনে।

### ( খুমন অপোকপা )

খুমন য়েক সলাইগী অপোকপদি শজিবু থা নিনি পানবা লৈপাক পোকপা মুমিংকী নোংয়াইদনে, ঈশিংনা খুম্নলেন্দগীনে,

লৈমা কাবৌল লৈশংনে। লাদি চংবী লানে, মৈদি মৈথাং তরেৎলকনে, ঙাদি শরেং অমুবনে, হৈদি হৈবোংনে, শীংদি চাওথোংনে, থাংদি তোংককপনে, নাহৈবদি পুংফাইনে, মচুদি অমুবনে

( অঙোম পোকপা )

ইংখেন থা কুমনিথোইনি পানবা নিংথৌকাবা মুমিংকী অমুক য়ুথক্তুনি। ঈশিংনা কোংবা মৈরোম্বীদনি নে, লৈনা থরে অঙোবনে। লানা লারো নে, হৈনা হৈনানে, নাহৈবনা ছাইরেন মনানে, থাংদি পুকক্ লাংনে, হৈদি হৈবোংনে, শীংদি উপলনে, ঙাদি শরেং অঙৌবনে।

( মোইরাং অপোকপা )

কুমদা থাংগী তেরানিপাম্নি পানবা পাংজা মুমিংকী অমুক য়ুথক্তুনি। ঈশিংদি পোক্তাকনে, হৈজদি য়েরুমলৈনে, লাদি থংগ্রানে, ঙাদি শরেং অরা বনে, হৈদি কাংগ্রোনে, মৈদি মৈথাং অহুম্নক্লে, নাহৈবদি নংছুই মনানে, থাংদি য়েম্থাং মতোন ককপনে, শীংদি কুহিনে মচুদি নাপুনা লাংবনে।

( খাবা অপোকপা )

ফাইরেল থা কুম্তরকনি পানব, য়ুমশকৈশা মুমিংকী অমুক্তুনি। ঈশিংদি লৈতাংদগী নে। লানা থম্না ঈঙাথনে, লৈনা লৈশংনে, মৈনা মৈথাং মতাম্নকনে, শীংদি নোংলৈশংনে, ঙাদি শরেং রাওনা য়ুমা লাংলনে, নাহৈবদি নাপী-শীংবী মনানে। মচুদি রাওনা লাংবনে।

( ঙানবা পোকপা )

কালেন থাগী তরানি পানব :নোংমাইজিং থুমিংকী অয়ুক্তনি। ঈশিংদি ভাক্তখাদগীনে, নৈদি য়েক্তম নৈনে, হৈদি হৈবুংনে, লাদি লৈথো লানে, মৈদি লৈখাম খোইজুনে, ঙাদি শরো অয়াংবনে, শীংদি চীং য়েনশিলনে, থাংদি লাইথাং চিন্নাইবনে। মচুদি শংনা লাংবনে।

# অপোকপা খুরুম্বা।

অপোকপা খুরুমহনা খৌনিজনবা পথাপ অসি মথক্ত অহুম খোঙ্গা খায়দোক্লম্মী। ফুঙ্গা অপোকপা হায়বা অমা: শাগৈ অপোকপা হায়বা অমা; পোকলেন পোকপা হায়বা অমা অসিনি। ফুঙ্গা পোকপা খুরুম্বদি মচা নিবা, লল্ নিবা, পুন্সি নিবা অসিনচিংবনি। অপোকপা লাই অহুদা কৎলিবা পোং পুম্নমক হায়বদি ঙা-চাক, য়েনছাং-মাপী, হৈ-রা পুম্নমক অহু ফুঙ্গা অহুদা চারিবা মী অহুদগী হেন্না অত্তোপ্পা মী অমত্তা চাবা য়াদে। পোংলমশিং অহু হিংনা কৎকদবনি। কৎপা লোইরগা ইমুং অহুগী চাক খোংবা অহৈবা অমনা খোংবা য়াগনি। চাবা থকপগী অরেম-মপা পুম্নমক লৈম্নুং চনগনি। মচা নিগে হায়রগা মেন্না থাদা, লল্ নিগে হায়বনা পোইন্নু থাদা, পুন্সি নিগে হায়রগমা ইচা থাদা নিজগনি।

শাগৈ অপোকপা খুরুম্বদি, শাগৈগী পিবানা কৎচরিব। পোংলমশিং অহু খোং থান্নগা শাগৈ পুম্নমক চা থকই।

পোকলেন পোকপা অপোকপা থুরুম্বনা মীতৈগী মন্নুংদগী থোং-থাকপা হৈবা মীওইশিংনা লাইদা কৎচরিবা পোৎলমশিং অহু থোংলগা ময়াম চামিন্নবা য়াই। মথক্কী অপোকপা থুরুম্বশিংদা থেক-শাগৈ খিদনা অথংবা অহৈবা মপি-মপা পিবা অমনা লাইগী ঈরাৎ থোরম ভোহনগদবা ওই।

## ফুঙ্গা অপোকপা।

ফুঙ্গা পোকপা অপোকপা থুরুম্বা অসি মথল অনি থোক্না চৎনরকই। মথল অমনা ফুঙ্গা লাইরুগী নোংচুপ থংবা মকমদা য়াই ভৈথোক্লগা থেক অহুগী অপোকপা থুরুম্বদা চংগদবা পোৎলম অহু চেং, থাও, ঙা-থুম্মচিংবা অথেমপোৎ অমা থারগা লাইনিংথৌগী লাইমাংদসু অথেমপোৎ অমগা লোইমনা মৈরা কৎকনি। অথেম-পোৎশিং অহু ভাইরেল পোংফাইনা নাহৈচুনা ঈশিং খিক্তোকনি অমসুং থৌনিগদৌরিবা মী মশামক অহুসু খিক্তোক শেংদোকনি।

লাইরোন্দি :—হ্রং শিদবা মপু ইবুংঙো, পোকলেন পোকপা শাংলেন শাংপা ইবুংঙো, ইবুংঙোগী য়াথংনা লাইজ ইশেং ওইরগা, পাথংবগী ঈকোন্দা ঈশিং ওইনা তুংলগা, ইক ইশেং ইরিকপু, পিবানা ভাইরেল, পোংফাই লোংনা পায়রুনা মুংশেং ঈকোন্দা লুপ্পুনা থিককেন চাইথরকপা মতমদা ভাইবং মরুপু খিখিকী অমাং অশোয়, কত্ত-হৌথি লৈরবা, অরাববু মংলবা মমিন শিংনা কোকনি

ত্তিনকোকনি, লাইকোকনি, তিনশেংননি, লাইশেংননি, লাইয়াম-শিংনা লেপ্পবা সিদ য়াথং ইচেননি। ছুং শিদবা, শিদবা, শিদবা অসি হায়না থিক্তোকনি। অসিগী তুংদা মকম অতুদা মৈরা-মেক্রুক কংকনি।

মথল অমনা পুরোল অহুম কৌথচুনা কক্ষম অহুম থাগনি। অশিবগী কমকমনা মমাই মথা ওনগনি। থৌনিজগদৌরিবা মী (অহাংবা) মতুগীনা মমাই নোংপোক ওম্না থাগনি অমস্তুং কমহন-গনি পিনবা মমাই অরাং গুন্দুনা কম্লগা থৌনিজগদৌরবা মী অতুগী মচুং শিন্দুনা; মপাদা অমুক, মপাগী মচুং শিনবিদুনা মপু-বোক্তা অমুক মথং মথং নিহনগনি: অমুদগী মপুবোক্ত ... মপানা মচা থৌনিজরিবা অতুদা মহাক্না নিংজরিবা অমদি ক...লবা পুম্নমক নিংবা থুংজরো হায়না থৌদা অমদি থৌনি অচু পীগনি অসিদা লোইবে (মসি রাথল লোন্নি)।

মথল অমনা লাইগী মওং লেপ্লবা থৌরম তৌদুনা অপোকপা অতুগী মওং অত মাংদা থম্রগা থৌনিজবা।

মথক্কী মকম অসিদা থা রবা পোৎলমশিংতু মমাংদা ঈশাইকু অম্না মথাদা কৌনা নত্রগা য়াম্ন ইবুধৌ পাখংবগী কম্বাল য়েক্লগা থিনগনি, অতুগা নিংলক মবিদা চুক্ মরি মুংলগা লংহিং-লংশেংনা লংচা তরেং কোয়দুনা থাঙনগী মওং লেপকনি। ঈশিং অশেংবা পুম্নিদগী নত্রগা ছুরেন্দগী শোক্তুনা খুজাই অমদা থমগনি। চেং থোইদিং, লৈ থৌরাং তৌদুনা থমগনি, থাংমৈ মেক্রুক থাগনি। মথক্কী মওং ওম্না তাইরেন পোংকাইনা শাহেন্দুনা শেংদোকনি।

থৌনিজগদৌরিবা মী অহুমা মমাই নোংপোক ওয়া কময়নগনি, পিবাথা মাই অরাং ওয়া কয়গা লাইগী মওং লেপ্পবা, মৈ, ঈশিং, মুংশিং লৈবাক অতিওা মতাবু লাইরোম্মা কৌজগনি অমসুং কম্বাল অমসু থাগনি।

# ইপুধৌ পাখংবগী তুংনফম, নুংশেং ঈকোনবু ঈরাৎনা কৌজগনি।

লাইরোম্দি:— ছঁং শিদবা মপূ অপোকপা, পোকলেন পোকপা, শাংলেন শাংপা ইবুংঙো, ইবুংঙোগী য়াথংনা, তেংবানবা ওইথৈদা অশেংবমি হায়ত্নুা লাইজ ঈশেং হায়না থংনখি। লাইগী মরূপ্ খিবিরা ইপূথৌদি পাখংবা তাইবং চিঙ্গাক লোম্বদা শেং-থরবা মফমবু খিনয়কপা মতমদা ইপুথৌ পাখংবগী ঈমুংলোন থোংলম থাথোং শাইথোং লালংথোং ইরিল, মম্বুল তুরেল অচৌবা কোংবা, চৌংগোই তুরেলনচিংবা অপূনবা মুংশেং ইকোন লাইজা ঈশিং ঈশেংদা য়াতারগে লেংশিনখি। শেংথরবা ঈশিংসি তাইবং চাদা তাকপিখি। তাইবং মরূপ্ খিবীকী য়াইফ ইরাৎ থৌরম লাকপদা মুংশেং ঈশিং ঈকোনা ঈশেংনা ঈশাইফুদা তুংলরবা মতমদা অমাং-অশোই ফত্ত-হৌথি মরিন শিংনা মাংগনি লাইরাম-শিংনা লেপ্পবা শিদ য়াথং ঈচেমি। মুংশেংকোন ঈকোন লাইজ ঈশেং ওইরিবী ঈশাইফুমুংদা তুংলরে। ইপুথৌদি পাখংবা ঈশাইফু-মুংদা তামবীরে। ছঁং কুক্, কুক্, কুক্, ঈশাইফুদা ঈশিং হৈগনি অমসুং লৈ-চেং, থোইদিং হাপকনি।

ভয়ং মালং ওইনা লেপলিবা লাই মঙাবু
মথাগী লাইরোন অসিনা কৌজগনি।

হুঁং শিদবা মৈ কৌবা লাই ইবুংঙো, নশেক-নণাল মৈরা পিরিবা অক-কত্ত চাকইবা অমম্ অঙাল্ থায়রিবা য়াইফ-মুংঙাই পিরিবা। ইরোন মুংদা লৈরগা কামপি হায়না কৌরিবা, তাইবং-পান্দা কাওরগা মৈ হায়না থংলিবা ঈরাং থৌরম তৌজরি মনাইনবু কৌজরি। মকম অসিদা লাকপিরো ঈশাইফুদা ভানবিরো। হুঁং কুক্ কুক্ কুক্ ঈশাইফুদা ঈশিং হৈগনি, লৈ-চেং থে'ইদিং হাপকনি।

## লাইজ ঈশিংবু ঈরাৎনা কৌজগনি।

হুঁং লাইজ ঈশিং ওইরীবী, মহিদগী অথোইবী, অক-কত্ত শেংলিবী, ঈ হিরেন লাইজ হায়না কৌরিবী, তাইবংপান্দা কাওরগা ঈশিং হায়না থঙলিবী, তেংবানবু শল্লিবী, তাইবংপানবু য়োক্লিবা, ঈচেম ইমুং ওইরিবী, অয়িংবা ঈপুং লেপলিবী, ঈরাং থৌরম তৌজরি, মনাইনবু কৌজরি; মকম অসিদ লাকপিরো' ঈশাইফু ফুংদা ভানবিবো মনাইনবু খুরুমজে। হুঁং কুক্ঃ কুক্ঃ কুক্ঃ ঈশাই-ফুদা ঈশিং হৈগনি; লৈ, চেং, থোইদিং হাপকনি।

## মালংবা নুংশিৎপু ঈরাৎনা কৌজগনি।

হুঁং মালংবা নুংশিং নাথিবা হুমলেন হায়লেন লেংলিবা মালংবা নুংশিং মিংথৌ ইবুংঙো তেংবানবদা শিংলিবা, তাইবং পানবদা ইচিক ইশা থায়না হুমলিবা, খুরুমকপু য়োকলিব, থরায় হায়না

থঙলিবা, ঈরোমম্নু'দা লৈরগা মালংবা হায়না কৌরিবা, তাইবং-পানদা ফাওরগা সুংশিং-নিংশা হায়না থংঙিবা ঈরাং-থোরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। মফম অসিদা লাকপিরো ঈশাইফু মুংদা তানবিরো। হুঁং কুক্: কুক্: কুক্ঃ ঈশাইফুদা ঈশিং হৈগনি, লৈ, চেং, থোইদিং হাপকনি

## মালেম লৈপাক লৈমবু কৌজগনি।

হুঁং মালেম লৈপাক ইমা ইবেম্মা :তংবানবগী য়াইবীনি, য়েন্নৌ হনবী ইমানি লৈখারোন তরেংমক, নোংলোন তরেংমক্কা তানম্হনা লৈরিবী ; নচুবু চুমথাং নোংক্ষেলগুম্না ফুদোংবা। ঈরোমম্হুংদা লৈরগা মালেম হায়না কৌরিবী তাইবংপানদা ফাওরগা লৈপাক হায়না থঙলিবী ; তুংনফমবু ওইরিবী মগা মনাই য়োকলিবী ঈরাং থোরম তৌজরি মনাইনবু কৌজরি ; মফম অসিদা লাকপিরো য়াইফ মিংয়েং তাবিরো ; হুঁং মালেম লৈমরোনবু থুরমজে। হুঁং কুক্: কুক্ঃ কুক্ঃ ঈশাইফুনা ঈশিং হৈগনি, চেং, থোইদিং, লৈ হাপকনি।

## নোংথৌ অতিঙাবু ঈরাংনা কৌগনি।

হুঁং শিনবা অতিঙা নোংথৌবু থুরমজে। নোংথৌ অতিঙা লমজাও লমহাং ওইরিবা ইনিমথোনবু থোক্লিবা ; কোন্নৌ হুমিং ইহিরেম, থা, থরাই মিচাকী তুংনফমবু ওইরিবা ঈরোমম্হুংদা লৈরগা

তয়ং মণ্ডং লেপলিবা; তাইবংপান্দা ফাওরপা অতিঙা হায়না কৌরিবা ঈরাং থোরম তৌজরি মনাইনবু কৌজরি; মকম অসিদা লাকপিরো ঈশাইফুংদা ডানশিরে., য়াইফ মিংয়েং তাবিরো মনাইনবু খুরুমজে; হুঁং কুকুঃ কুকুঃ কুকুঃ অতিঙা মিয়েন হনববু সিদববু খুরুমজে। ঈশাইফুদা ঈশিং তৈগনি, লৈ, চেং, থোইদিং হাপকনি। ( লাইগী মণ্ডং লেপখে )

অসিগী তুংদা মপা-মপু পোকপা অপোকপদা থৌনিজগনি। হুঁং শিদবা মপু অপোকপা ওসি ......... পানবা/কোনবা .........হুমিংকী য়াইফ পুংফমদা নচ-ননাই য়েক..... .. সলাই শাগেগী মিং..... .....ননাই তাইবং মিং ........কোবমা হায়জনিংবা হায়জগে নিজনিংবা নিজগে হায়চুনা কৌজরি। লাইনিংথৌ অপোকপা থংজদবা নচানি লংজ চাওবা মনাইনি থৌনিজবা মতিকনি ঈরাংচবা মথৌনি, ননাইগী ওসি কোয়ৌ হুমিংকী য়াইফ হুংঙাই মতাংদা, হৈরাং নিংথিবা, লৈরাং অহেনবা; শিঙেন চরোং অচুম্বা তাওজিং থুংফাং মাইবা হৈগী হৈরমঙ লৈগী লৈরমঙ মঙ ইবুংঙো, নঙ ইবেম্মা নচা মনাই ওইবনা থংদবা মপা লাক ঊদবা মসি তমচুনা লৈরাং-লৈচুন তমজরি। অসিগী মতুংদদি মচা মিপা ফংগে নত্রগা ইনাক খুনগে পুন্সি হুংশাংগে মিংফাও মিংচং .ওই-জগে হায়রবা অনিং অনিংবচুগী মতুং ইন্না থৌনিজচুনা খুরুমজগনি অসিনচিংবা।

## য়ুমশা ঃ য়ুমলাই।

মীতৈগী য়ুম অসি লাইথুন তাবা নত্রগা কৈনা শাবা ওইরবসু মথাই নোংপোক ওয়া শানরি। মসি মীতৈ ঐথোয় চংমরোল

ওইনা য়েলহৌগদগী লৈরকপনা মুরালপোল্নি। মসিগা তংল-থাব য়াক্সবা লাইমিংথৌ সনা মহি ইমা লৈমরেল শিদবী ফুরা লাইরু অমদি ইযোইমু অহোংবীনচিংবী লাইগী কিত্তমশিং অসি যুমুম খুদিং লাংনরি। লাইনিংথৌগী খুত্তমনা যুমগী শম্বোং পুমাই লেপ্পা হায়নমু কৌনরি ইমা লৈমলেন সিদবীগী খুত্তমনা লাই-নিংথৌগী খুত্তদগী চিংথে পাংবদা থমলি। অদুনা কোলোম অমনা নোংপোক চীংথে অপানবী হায়নমু কৌনরি। ফুরা লাইরুগী ফুরা মুংহুম অহুম অসিগী মশক্তি মৈ, ঈশিং, মুংশিং (মওাং, লুরাং, খুমন) লাই অহুম অসিনা পুম্না লৈবা মকম অসিদা ইমা ইযোইমু অহোং অচাওবী অচিং তত্তবী, অরাই কংদবী ইমা ইবেম্মগী খুত্তমনি। ফুরা মৈ মুত্তবী, লন চনবী মুপীনা মুমিং খুদিংগী অমুকী অমুক মুমিদাংগী অমুক লাই চাক থাবা হায়হুনা চেং কংনরি; লাইরাদি, ইমা ইবেম্মা ইযোইমু অহোংবী মমাইগী ইমুংদা অচিং তংহনবিগদ, অরাই কংহনবিগমু অমুম্মা হায়জগনি। লাইনিংথৌ সনা মহি ইমা লৈমরেন শিদবীগী খুত্তদদি মুমিং খুদিংগী থোং-থাক্কবা চেং-য়েনছাং মম্মা-মশিং, থুম, মরোই মপাং ( মোয়োক য়াওদবা ) শিং অদু কংকনি। অদুগা থোংহুনা চাগনি। মীতৈ ঐথোয়গী লাইদি হিংনা কংকদবনি, মৈ চংবা অথোংবা অচা-অথক কংনরমদে।

## কুমগী লাকৃয়েন্।

লমদা থাংজ অহানবা অমম্মং অকোমবা হায়হুনা হৌজিকী মত্তমদা শুপচিন্দুনা থা অসিগী মনুংদা অনিরক্তং ( শীংতেক শীংথাবা,

শীংশংপা ) হুমিং অসিদা লাইনিংথৌ সনা মহি অমত্তুং ঈমা লৈমরেল শীদবীনা ভামু অচংবা, চেং, য়েনছাং-মাপী, লৈ-ভু, হৈ·মা, অনৌ-অপেংমচিংবা অথেমপোং কংচত্তুনা থৌনিজগনি। হুমিং অসিদা য়ুমগী মপাল, লমজাও, লমহাং, লম্বী, লমলোং অহুম ফাংবদা থুম্বা থুম্বাগী ওইনা ইবা ইবেলশিংনা য়ুমথোং খুদিংদগী চেং অচা অথকী মমা-মশিং থায়রগা শায়োই থাংবা হায়বা ভৌত্তুনা খুল অহুগী মনুংদা তিমু-লাইমু কত্তবা চংদনবা অমা-অয়েক লৈভনবনি হায়ত্তুনা থৌরম অমা ভসি ফাওবদা চংথরি। মথকী থৌরমশিং অসি শজিবু চৈরাওবা ; কুমগী লাকুয়েন্ ভাইবা হুমিভত্তু পাংথোকনি।

চৈরাওবা হুমিং অসিদা য়ুম খুদিংগী কোম্থোং য়াংমদা চাক চাক্রিথৈদা লমলাই চাক থাদোক্লে ; চহি ( কুম ) অহুগী অশিঅনা অমদি লৌ-ইথোন্দা মতিন-মকাং ভাদনবা লম লম অহুবু কোম্লিবা লাইদা থৌনিজবতনি ; অময়োমদা চৈরাওয়ে হায়বা থংমনবা থুদম ( সিঙ্গোল ) অমা ওইনা লৌবৈ। কনাগুমগী মথকী থুদম অসি লৈভবা য়ুম ইথোল অহু অশি-অনা অমদি য়ুম্থাংকৈমাংত্তুমা চৈরাওব্রবোইরে হায়না থংবৈ। চৈরাওবগী চাক চাবা ভোক্লগা মাগী মাগী লৈজবা কি-য়োন শেং-চাত্তুনা চৌং কাত্তুনা লাইনিংথৌ পাজলবা (মহাদেব) খুরুম্বা চংবৈ। চৈরাওবা হুমিং অসিদা চৌং কাহৌদবা মীশিং অত্তুনা চৈরাওবা থা শজিবুগী হুমিং অহন মোংমাইজিং হুমিং খুদিংগী চয়োন চৌং কাবা হায়ত্তুনা কাবৈ। মৗত্রৈবাকী মাইকৈ খুদিংগী অমদি থুম খুদিংগী মনাক নকপা চৌং

খুদিংদা চীং কাবা অসি চংখররকই। মসিগী ঊচেক্সি, মথক্তা শন্নপ্না পঞ্জরে। ( লৈশেমচৈগী রারী রাকম )।

লাইয়ামখশিংনা নোংমাইজিং থুগাইহনা লৈশেমথিবা অহু চহি অমগী অমুক অমুক নিংশিংবগী রাখল রাংনা চেংনা লৈরি হায়রবা তাকপনি। কনাগুম্বনা হায় চৈরাওবা মুমিংকী চাক-য়েনহাং অহাওবা অহু য়াম্না চারুবনা তুম্নবা কাবনি। মসি নত্তে মহুদি চৈরাওবা মুমিত্তা কাহৌরগা মথং চয়োল্দা চীং কানরিবা অসিনা থুদরি। মুমিদাংরাইরমদা হাযোক য়াইগুং চাইহুম ইথোল্দগী তিনবু লাইমু তান্থোক্লে। মথংদা লাইনিংথৌ সনা মহিদা তল কংথৈ।

চহিবু মীতৈনা কুম্ হায়নমু থংনৈ, কুম অসি অমি থোক্না থায়দোক্লগা কালেন নিংথম থা হায়না লৌনৈ। চহি অমগী মঙুংদা থা মরিদি ঊমংলাই হরাওনদে, কালেন থাগী মঙুংদা ; ইঙেমথা অমদি থরানথা ; নিংথমথাগী মঙুংদা পোইম্নু থা ; রাকচিং থা অসি মীতৈনা লৌউ থা অমদি লৌরোক থা হায়না কাইথোক্লম্বা ওইগনি। কাই-রেন থাদগী ইঙা থা কাওবা থা মঙা অমা, অহুপা লাংবন থাদগী হিয়াঙ্গৈ থা কাওবা থা অহুম অমা, থা নিপাল অসি কুমচং কুমচংকী ওইনা ( মতুংইন্না ) থুন থুন অহুগী থুদোং চাবা মতম য়েংহুনা লাই হরাওনখিবনি। মহুদগী হৌজিক্তি থুম থুন অহুগী হরাও-থাং ওইবা চংলে। শজিবু তরেংনি পানবা লৈথোং কাংপদা কুম্বারোক থংলে তাইরে ; চৈরাওবা থা কাং শান্নহুনা য়েক তরেং, শলাই নিপানগী মশক লৌহুনা লমথা কাংথুন তরেং, চেকথৈ কাংথুন নিপান থিন্দুনা শাম্নবা মশান্ন অসিনা মুমিং-থা অমদি মালেমগী

খোংচৎপু মৈনহুনা শান্নবনি। কালেন থাদা তরামন্নাবি পানবদা লোইদাম থাজ পাথুংবা চেং হোংঙে; থা অসিদা কংলৈপাক্কী কংলৈরোন, মোইরাং কংলৈরোল অমদি খম্বা-থোইবী নোংবানগী অপাম-মুংশি ঈশৈশেগী মরমদা পেনা শঙ্গে। ইঙা থাদা মীতৈ থুন থুদিংদা কুমলাং-লমতাইরে; কুম্ অহুগী মহৈ-মরোং চুম্বা মাগী মাগী থবক তৌবদা কান্নবা থুন থুন অম্বু কোল্লিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্বাবু ঈরাংনবনে। থা অসিগী তরামন্নানি পানবদা লাই-নিংথৌ সনা মহি চেং হোংঙে। মসিগী ইঙা কুম্ তম্বস্থ কৌনৈ। ইঙেনথা, থরানথা অনি অসিদি লৌখোইথা অমদি লৌ-উ লৌলিং থানি। লাংবন থাদি লৌকা থানে। মেরা থাদি লৌশিং মহৈ মরোংগী মরমদা মেন তারে হায়রুন। মেরা-থা হায়নস্থ কৌনৈরে। থা অসিগী তরানি পানবদা মেরা শক্ত্‌বদগী মেরা হাওচোংবা অসিদগী হৌজিক্কা কাক তানবা হায়না থংনবা থোরম অমা লৈবাক নিংথৌনা পাংথোক্লি। থা অসিদা মীতৈনা মপা-মপুগী শিখি নাখিবগীদমক মুমথোং খুদিং চাক পিজনৈরে।

হিয়াঙ্গৈ থা অসি লুরাং নিংথৌ পুজিবনা হি শাহুনা তোং-খিবা থানি হায়রুনা হিয়াং কুমৈনা নিংশিং থোরম উৎলগা লোইনবা মমজেন তারৈ; মুক্রা-কাংজৈ শারৈ; অমদি শগোল কাংজৈ শারৈ। অমদি শগোল কাংজৈ শাহুনা মীতৈগী অচৌবা হরাও কুমৈ তৌরম্মী। মীতৈগী খোং-কাংজৈ অমদি শগোল কাংজৈদা মেক তরেংকী মচুং ইমা থুংপু তরেং তরেংনা কাংলুপ অমমম ওইনা লেপ্নগা কাংজুম মৈহুনা শাম্বা, তংখায় চমকপদা পন

ওলবনচিংবা তৌরম্লিবা মশাম অসিবু হুমিং, খা, চহি মালেমগী খোংচৎপু শামবনি। মসিগী রাও্লোন্দি চাওথ্রে, লাইরিক মচা অসিদা ইজত্রে। পোইন্নু থাদি কুম অমা চাননবা ফৌ লোকপা খা ওইবনা হুংভাই য়াইবী মরাং কায়না লৈবা থানে, ইনাক খুনগে, লম লৈগে হায়বগী ফুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা থানে। রাকচিং থাদি ফৌ-কৈ কাইহনবা থানে। খা অসিগী তরানিথোইনি পাম্বা হুমিত্তা ইমা ইবেম্মা ইথোইম্ন অহোং অচাওবিগী খুরুম্বা হুমিংনে। মীতৈগী য়ুম্মুম খুদিংদা ইমা ইবেম্মা ইমোইম্নবু ঈম্নাংনৈয়ে।

ফাইরেন থাদি চহিগী কুম তম্বা থানে; খা অসিগী মতাংনি পানবা হুমিত্তগী তরানি পানবা কাওবা লৌ তাবৈয়ে। তৎনবা হুমিং লৌতাবা ফত্তে। ফাইরেন নোংমা পানবা হুমিত্তগী হৌহুনা খা অসিগী মনুংদা অতিয়া শিদবগী য়াথংনা থাংজিং লাই কৌহু অমদি কৌব্রুগী লোইয়ালাকপা লাইনা কুম তম্মে। থাংজিংনা তম্বদি কুম কাংগম্লে। কৌহুনা তম্বদি নোং চিকেৎ চিকেৎ তায়ে, চরক চহিং খর নাইয়ে। কৌব্রুনা তম্বদি নোং য়াম্না তাইয়ে; ঈশিং চাওগম্লে। কুম কৈয়ে অসিনচিংবা চহি অমগী নোংমদোল পাউ পিবা অমম্লুং ফংবা লৈবাকনে।

## হুমিং চয়োলগী মমিং করিদগী কৌখিবনো ?

চয়োল অমগী মনুংদা হুমিং তরেৎনি মথংশিংনা নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেন, ঈরাই, থাংজ হারহুনা থোলমলিবা অসি লৈশেমলোম শকোক কৌবা

পুম্বা অহুদা মধাগী অস্থম্বা লৈরমই। শম্লম্বা রাহৈদা ইকগে, কৌক্র চৌংগী চৌংদোন্দগী লাইনিংথৌ সোরারেন্নচিংবা লাইয়ামশিংনা উমিংথৌ কোম্রিবগী হিয়েন্ তোংহুনা খা নোংপোক পাংনা নোংমাই খেংনা রাংবা চৌং মোংমাইচৌং ভম্বা ঈপাক-ইচাওথক্‌' হোমকই। লমথাংদা ঈরাই লৈমগা উনহুনা হি থাংহুনা উনখি। মফম অহুবু হৌজিকফাওবদা হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী খুভম ওইনা লাংতুনা চহিগী থুরুম্বা চংনরি। মথংদা হিমাই নোংপোক পাংনা হোমক্‌ননা নোংমাই খেংনা রাংবা চৌংগী চৌংথোংদা থুংব' মুমিং অহুবু নোংমাইচৌং হায়না মিংথোনখি। মথংদা নোংভাম্রকপদা লাইনিংথৌ সোরারেন্-চিংবা লাইয়াম্বা চৌং অহু থুগায়হুনা ঈশিংদা থোংথনবগীদমক চৌং অহু কাখি। লাইগী নিংথৌনা কাখিবদগী লৌহুনা মুমিং অহুগী মমিংবু মিংথোকাবা হায়না মিংথোনখি। মথংগী মুমিত্তা লাইয়াম্বা চৌংদোল অহু থুগাইহুনা মালেম ভমপাক লৈবাক শেল্মি হায়হুনা লৈবাকপোকপা মিংথোনখি। মথংগী মুমিত্তা লাইয়াম্‌ন মুখ-কৈ শাহুন থুন্দাবা অহুবু মুমশা-কৈশা হায়না থোনখি। মথংগী মুমিত্তা লাইয়ামশিংনা পাজিবা মুখাল-কৈপাল অহুবু কমক-থিহৌহুনা থুগায়রবা হিংচাবা লাল্লোইশিং অহুবু শগোল তোংহুনা তারে; হিংচাবশিং অহুনা চেজ্রি হায়হুনা মুমিং অহুগী মমিংবু শগোলচেল কৌরবদগী থৈথরক্‌ননা শগোলশেল হায়না খংনরিবসিনি। মথং মুমিং অহুনা লাইয়ামশিংনা হিংচাবশিং অহু হাংপদা ঈ-না ঈরা লৌখোং চেজ্রি হায়হুনা ইরাই হায়না মিংথোনখি। মথংগী মুমিং অহুদনা লাল্ লোইরহুনা লাইয়ামশিংনা থাং চাম্মি হায়হুনা

থাংচাবদগী থাংজ হায়না মিংথোনখি, অহুম্মা কংতি। মসি কনা-গুম্বগী মপাম তাংববা মীতৈ ঐথোয়গী শেংলবা ঈরম্নি।

## তৎনবা মুখিৎ, থাখি লাইচৌ।

শজিবু, থৌরাম, পোইম্নু অহুমদি নোংমাইজিং নিংথৌকাবা তৎনৈমে। চৈথেদা থাশিমে। মোইরাংলাইচিদা থা অমগী লাইচৌ লৈরে।

কালেন, লাংবন, রাকচিং থা অহুমদি মুমশকৈশা তৎনৈমে। অরাংদা থাশিমে। মথাদা থা অমা লাইচৌ লৈরে।

ইঙা, মেরা, কাইরেন থা অহুমদি লৈবাকপোকপা তৎনৈমে। নোংচুপ্তা থাশিমে। নোংপোক্তা থা অমগী লাইচৌ লৈমে।

ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমদা থা অহুমদি শগোলশেন, ইরাই তৎনৈমে। কৌব্রুদা থাশিমে। মৈরমদা থা অমগী লাইচৌ লৈমে।

থাখি মাইকৈ, লাইচৌ মাইকৈ অনি অসিদা মী, শা, উচেক, মথোং মরি পানবগী শাপে অসিনচিংবা থরাই পানবগী চংথোক চংশিন, পুথোক-পুশিন মাবে, অমাং-অতা থোকপা ওই; অশি-অমা নংই।

তৎনবা মুমিত্তা শোইরেন, কাশা হল্লক্রোইদবা মহ পানথা, চুকশা মোইবেম অসিনচিংবা থৌরম কয়া ঈমাং থোমি তৌবা রাই। অক-মুংঙাই তানথংপা থবক্তদি অপনবা মৈথায়-বিমগামবা ওইরে, নংএ ফত্তেয়ে।

# থৱানমিচাক অচং অথোক।

থা মঙানি পানবদা, তরুক্নি পানবা তৱামাথোইনি পানবা তৱামঙানি পানবা, তৱাতরুক্নি পানবা, তৱাতরেৎনি পানবা, তৱামিপান্নি পানবা, কুন্নি পানবা, কুনমাথোইনি পানবা, কুনহুমদোইনি পানবা, কুন্তরুক্নি পানবা থাবাম অসিদি অচঙ্বনে, চঙ্ঙকপা কৈ থোকখিবা ফত্তেয়ে।

থাবাম নোংমা পানবা, মরিনি পানবা, তরেৎনি পানবা, তৱানি পানবা, তৱাহুমদোইনি পানবা, কুন্নিথোইনি পানবা, কুনমঙানি পানবা অসিদি অচঙ্-অথোক্ য়াম্লেয়ে; চংলকপস্তু কৈ; থোকখিবস্তু কৈয়ে।

পোং পুথোক-খুশিন, লৌথোক-লৌশিম, মী, শা-ষণ, সনা-লুপা অসিনচিংবগী থৌরম লাক্লবদা লাই-তিল্গী থৌরম লাক্লবদা থৌরানমিচাক অচঙ্-অথোকসি য়েংনা থৌরম অহু পাঙথোকনি।

## লাইচা।

থা মোংমা পানবা, তৱামাথোইনি পানবা, কুনমাথোইনি পানবা থাবান অসিদি লাইনা লাই চায় শেংতিদি হায়ববু লাইগী থৌরম তৌহৈদে।

থা মিনি পানবা, তৱামিথোইনি পানবা, কুন্নিথোইনি পানবা অসিদি লাইনা য়েল্ চাইয়ে শেংঙে থৌরম কৈয়ে। হুন্নি পানবা তৱাহুমদোইনি পানবা, কুনহুমদোইনি পানবা থাবান অসিদি

লাইনা ভাগ চাইয়ে শেংঙে। থা মরিনি পানবা, তরামরিনি পাবা কুনমরিনি পানবা অসিদি লাইনা তুই চাইয়ে ; ঈ খুদেং লৈয়ে ; লাইগী খোরম কত্তে। থা মঙানি পানবা, তরামঙানি পানবা; কুনমঙানি পানবা থাবাল অসিদি লাইনা ওক চাইয়ে শেংঙে। থা তরুক্নি পানবা, তরাতরুক্নি পানবা, কুন্তরুক্নি পানবা থাবানদি লাইনা শামু চাইয়ে, ঈ খুদেং লৈ কত্তে। তরেংনি, তরাতরেংনি, কুন্তরেংনি পানবা থাবানদি ইরোই চাইযে, ঈ খুদেং লৈ কত্তে। মী অহুম শি, লাই খুন্দিরে। থা নিপান্নি পানবা, তরানিপান্নি, কুন্নিপালনি পানবা থাবানদি লাইনা শপোল চায়, ঈ খুদেং লৈ কত্তে। থা মাপন্নি পানবা, তরামাপন্নি পানবা, কুনমাপন্নি পাবা থাবান অসিদি লাইনা শামু চাইয়ে শেংঙে কৈ, অহুবু মী খুন্দিরে। থা তরানি পানবা, কুন্নি পানবা, কুম্থ্রানি পানবা থাবান অসিদি মাকমৈদি কৈ, শেংশু শেংঙে অহুবু মী চাইয়ে কত্তে।

থা তরেংনি পানবা, তরাতরেংনি পানবা, কুন্তরেংনি পাবা থাবান অসিদি লাই খুন্দিরে, মুপীনা মপাম চংহৈদে। মাপলনি পানবা, তরামাপলনি পানবা, কুম্মাপলনি পান্বা থাবান্ অসিদি মী খুন্দিরে, মুপীনা মপাম চংহৈদে, চাখিল মোখিলহৈদে কত্তে। মরম অমনা উমংলাই হরাওবা, লাই থেমকৎপা, ঈকুম ইভাবা, লাই চাক্লোন কৎপা, কুম্চনবা উমংলাইগী খোরম তৌবা কত্তে। শাগৈ অপোকপা খুরুম্বা, কুজা অপোকপা খুরুম্বা, অপোকপা ফু-কৎপা, লাই সনা মহি চাইথবা, ঈশাইকু ঈশিং হৈবা মুমলাইগী অতৈ অতৈ অসিনচিংবা মীতৈগী চৎনবী ঈরাং থৌনি তৌবদা লাইলা অসি য়েংলগা খোরম পাংথোকদবা ওই।

# মমা মপাদি মিংনা উবা লাইনি।

## মসিবু মশক থংহনা তেংবান মপু মশক থংলোই

পম্বৌ মপাদগী পলেম মমাগী খোইজি-খাদা তুংহনা থাবুম তরা লৈরকপা মতমদা মমাগী থাগী খোঙকাপ ঈ চাহনা মরা শারেপ তারকই হায়রবগী ইচা কৌই। তাইবংপান ফাওরক্লবদসু পলেম মমাগী খোয়াংনা নৌরা চাক্চা তম্মি; মরম অহুনা পলেম ওইবীগী খোয়াংদা নৌরা অঙাংনা চাক্চা তম্মি হায়রহুনা পলেমগী খোয়াংবু চৌলদম-হৈ কৌই। অমনা মচা হায়রবা অসি মমা-মপাগী হয়েংমুক মপোক্লি। অহুনা মমা-মপাগী হয়েংমুক ঈ পাম্বী খায়মদে হায়রবা থংহনবা খৌরম্বু ঈপান থাবা হায়রিবসিনি। ঈপান থাববু তকল্লি ঈপান থাবা হায়না কৌনৈ। মসিগী ঈচেম্নি ইমাগী থাগী ইরেন মপান শাবা হুম্বিৎ মঙাম্নি ফিশেংবা, তকল্লি কোক লুজবা, মুম শেংবা ( হকচাং শেংবা ) পথাপ অহুমু উৎমবনি। ইমাগী কোক লুজবা তকলকনি তবা হুম্বিত্তা অঙাংগী ঈপান থাখিরঙম, মালেম লৈমা ইমাগী মতম্বাক্তা নৌনা অমুক চারি-ইপান থাবগী খৌরম্বু তকলকনি ঈপান-থাবা কৌই। অহুপী অমুক্তা খৌরমদা অমাইরীনা য়াংকোক অমদা মমা-মপাগী শিংজু হাপ্‌নুনা নৌরা অঙাংদা চাক্হইন তম্মি। মসিগী ঈচেম্নি কোয়রপ্‌ কোয়রবা য়াংকোক অহুনা মালেম লৈমগী মশক্লি। অহুগা য়াংকোক্তা হাপ্লিবা মমা-মপাগী শিংজু অহুনা মালেম লৈমগী খোমলাংগী মশক্লি। অসিঙমহুনা তকল্লি ঈপাম হুম্বিতগী মালেমগী ঈদা মরা রায়হুনা মালেমগী মতম্বাক্তা

মৌয়া ঈপান থাই হায়রা  তাকপগীদমক মালেমগী মমা-মপীংনা তয়া চাকৃইন তম্মিবনি।  অয়াইবীমা অহ্ন্যংগী মমাদা মাংকোক পাম্বরা? অওাং পাম্বরা? হায়না হংজি; অহুনা অওাং মথানা অওাং পাম্মি হায়মা খুম্মি। মসিমা তাক্লিরদি তাইরংপানবা অসিমা মুংশিবা মথল কয়ামুক লৈ; অহুবু মচা মুংশিবগা, মাম্নবা মুংশিবা অমত্তা লৈত্তে তাকপনি।

মুক্কিদাং পীতাই-খোমতাইবী থুরুস্ত্র' হায়বা থৌরম অমা চম্নাহন্না হৈরাং পুঙ্গৌই থেন লৈরাং লৈহন তমহুনা, নৌয়া অওাং অহুগী মাইক্কলোন নিমম্বিবা থৌরম অসিগী ঈচেল্লি পলেম হায়না কৌবদা হাও হায়না পাউখুবী ইমা লৈমালেল শিদবীনা লৌশিং মৈয়া চাওথ্রিবা পলেম চেংলৌ শক থংথ্রিবা নৌয়া অওাং অহুগী পী (মমা) শাহুনা তায়নবী হায়বগী পীতাইবী কৌই। মরা অওাং অহুনা খোম্ লায়ক্লরা মতমদা ইমা লৈমালেল শিদবীনা পলেমগী খোয়াং শাহুমা তাইনবী হায়বগী খোমতাইবী কৌই। পাম্নমা মাথল লৈত্রিবা পলেম চেংলৌ থওক্লিবা নৌয়া অওাংনা থংহৌদনা নোক্লক্লিবা অহু ইমা লৈমালেল শিদবীনা পলেম শামা খোমদাং ইমবিরগা লওনবদা নোকইমনি। অহুন ওইবী ইমা লৈমালেল শিদবীগী মকমদা হৈরাং পুঙ্গৌই থেন লৈরাং লৈহুন তমহুনা নৌয়া অওাংগী মাইকনবগীদমক মাইক্কলোল মহৈ (মম) নিজবগী থৌরম্বু পীতাই খোমদাইবী থুরুম্না হায়নিবা ঈচেল অসিনি। মৌবা অওাংনদি নোংম নোংমগী লোইদাম থাক পাথংবওম চাউ-থংলকপনা পলেম মমাগী খোম্লাং থকপনদি মৌবা চকম কায়ক্লে।

মরম অহুদগী তাইবং-কুম্মে শানকম ওইরিবী, তাইবং-কুম্মে মতোল লোয়বদসু, মাগী পীবুকমুংদা তিমকম ওইরিবী অনিস্তবী পলেম শক্লা নাওয়োক্-নাওকোল্লিবী মালেম লৈমা ইমাগী খোম্লাং নোরা খোম্ইন তম্বু চউখ্বা কোই।

পা-পী অনিবু তাইবং মুমলেপ্ তম্নবগী থৌরম্বু পী অহুদগী লৌহুনা লু-হোংবা কৌনৈ। অহুগা মুপা-মুপী অনিগী কমকম নিপানা শম্থোংনি, মুপীনা চিংথেনি। মসিনা তাকপদি নিপা অহুনা শম্থোং পুংমাই লেপ্পা লাইনিংথৌ সনামহীগী মশক্কি অমদি মুপী অহুনা চীংথৈ অপানবী ইমা লৈমলেল শিদবীগী মশক্কি। নিপা অহুনা কোইলোইনবা মুমিংকী মশক্কি। মুপী অহুনা মালেম লৈমগী মশক্কি; মতম লৈবা থিবিক্তা মুমিংনা শম্থোংদা লৈ; মালেম্না চীংথৈদা লৈ। মসিগী ময়েক লারবা খুদমবু মীতৈগী মুমথোং খুদিংদা মুমিংকী মশক ওইবা লাইনিংথৌ সনামহিগী খুভম্বু শম্থোংদা থম্মি। অহুগা লাইনিংথৌ সনামহীবু শম্থোং পুংমাই লেপ্পা হায়না কংলেন্তা কাওথিবশিংনা শৈথানৈ। অহুগা ইমা লৈমালেল শিদবীবু চীংথৈ অপানবী হায়না শৈথানৈ।

হায়রিবা শৈথালোন অসিনা তাকলিবদি তাইবংপান্বা থৌরাই পান্বা থৈবীকী শন্দোক্লকম থোং ওইবা চেংলৌ থোং ভুম্পক ভুম্বা ( পুমাই ) মকম লেংদবা ( লেপ্পা ) হায়না শৈথারি; হায়বদি তাইবংপানবগী থরাই পানবা খুমমক অসি মুমিংকী মতিক্কা ওইবনি অমদি মুমিং হায়বসি মতুম তাবা লেংদবা পোংশক অমনি অহুগা মুমিংকী পাজলনা চিংশিনবগী অথৈবদা লৈ হায়বগী মালেম লৈমবু

চৌংখৈ অপালবী হায়না শৈথারি। তুমিংনা চিংশিন্দুনা তুমিংকী অকোয়বদা পরিং অমদা লৈনা লৈনা কোয়থুনা লৈ ; তাইবং ওইবা খোয়না তুমিং অমম্মা মালেম অনিগী লমচংপু তমথুনা পীবানা (বর) শম্বোংদা ; লৈমা (কন্যা) না চৌংখৈদা কন্নিবনি। কুজপোং হায়রিবা অসিগী ঈচেন্দি :— কু=খোঙ্গাল ; পোং=পোংলম ; কুজপোং হায়বনি ; খোঙ্গালগী পোংলম হায়রিবসিগী নহাল নোং মপুনা তেংবাল্বা অমদি তাইবংপাল্ ওইহল্লকখৈগী রানে।

মপু শিদবা ইঃপুং লোইননা অপোকপা মপুনা তেংবামবা ওইহল্লগে তাইবংপানবা :শম্লগে নিংলক্লে। অহানবদা মালংবা থুংশিং শিংহল্লক্লে ; থুংশিংগী লাইজ ঈশিং পোকলে ; ঈশিং থুংশিং অনি চায়নরে ; অনিগী চায়ন খোঞ্জেল "হুঁং" হায়বা ঈরাই ঈনিল্ অমা থোরক্লে। "হুঁং" গী ঈরাই ঈনিল্ খোঞ্জেল্না "হুঙঃ হুং" হায়না নিকশিনক্লে। অসুম্না নিকশিল্লকপদগী মমৈথংদা নিকশিনফম লৈরক্তুরবা মপু শিদবনা নোংদম্বীবা নোং মতুম অহু পোকথায়রক্লে· কাম্বী মৈ হৌরক্লে, মৈ অহুথু মপুনা নোংদম্বীবা নোং মতুম অহুগী নোংথোং হাংথুনা থোরকই হায়বগী :নোংথোং-হাং নোংথাং হায়না কোলোয়রে। নোং মতুম অহুনা পোকথায়রিবা শাফু অহুনা কনমনখিবনা নোং মতুম অহু মচেং মচেং ওইনা চাইথোকখ্রে নোং মচেংশিং অহুগা লাপমনখিবনা নোংথাং অহু হনজিনবা শুমখিদরে। অতিংগা অহাংবদা নোংথাং তরং ওইনা চান্দুনা লৈরে। নোংথাং তরংলেম হায়না কোলোয়রে। নোংথাং তরংলেন অহুনা মমগী পুরমকপু কোয়না লোশিন্দুনা চাক্লে

হায়বগী কোয়লৌ অঙানবা হায়না কৌরে। কোয়লৌ অঙানববু হয়া হয়া পেম্বা অহনি হায়রদুনা কোয়লৌহনবা হায়দনা কোলোয়রে। তাইবং হকচাং খুংগী মিংসু ওয়নরে হায়বগী খুঙ্মিং ( খুমিং ) হায়নহু কোলোয়রে।

পোকথায়বদা পাইথোকখিবা নোং মচেৎশিং অহুনা অচৌবা মচেৎনা অপিকপা মচেৎশিংবু চিংশিন্দুনা মমৈথংদা অত্তকপা কংনা চাওর চাওরবা মপৈশিং অহুনা খুমিংকী অকোয়বদা লৈনা লৈনা কোয়হুনা লৈরে। মোংগী মপৈশিং অহুদা খুমিংকী মৈশানা য়েবদা মনিল কায়রে। মনিল অহুনা নোং ওন্দুনা চুথরে। মতম অহুদা মোংথাং লাবা অমোম অনিনা চায়নহুনা লাইজ ঈরোয়্‌ংদা পোৎশক কয়ামরম চাদা-নাওদারে। নোংথাংগী চাদা-নাওদা অহুনা মৈ মতুম চাক্তা ওইবনা ঈশিংগী মপৈশিং অহু মৈদা লোনবা ঈশিং-শুমা শৌরক্লে; মরম অহুনা নোং অমুক হেনা চুথরে। অদুনা নোং হেনা চুথবা অহুনা শৌরম্বা ঈশিং অহু ঈংথরক্লে। মমৈথংদা লাইজ ঈথাইথক্তা কোজোল ঈথারক্লে। কোজোলশিং অহু মুং-শিংনা হুবদা তাকথরে। তাকখিবা কোজোলশিং অহুনা ঈশং ওনকলে; ঈশং অহুনা মরম মরম ওনক্লে। মরমশিং অহুনা কংবী কংনাও ওনক্লে। কংবী-কংনাওশিং অহুনা পংথগ্রগা ফুমখি-হাওখি ওনক্লে; ফুমখি-হাওখিশিং অহুনা ফুম্ ওনক্লে; ফুম্ মথক্তা মাপী হুয়চিংবা হৌরক্লে। অদুম তৌনা মাপী-হুয়চিংবশিং অহুনা মতমগী মতুংইন্না পংথর-হৌর তৌহুনা মরোন-মরোন নাইনা লৈখক ওনক্লে। অদুনা চহি লিপুন ( কোটি ) কয়াযুকী মতুংদা ঐথোয়গী

লৈম্নিবা মালেম অসি ওইরকখিবনি ; মাংদা হায়খ্রিবা নোংথাংগী চাদা-নাওদা হায়বা অছু ওসি চীং হায়রিবা অসিনি। ওসিমক ঈপাক-ঈরেলবুং ( সমুদ্র ) দা লুপ্তনা লৈম্নিবা চীংশিং অসি নোংথাংগী চাদ'-নাওদা অতুনি। মরম অদুনা মপুনা নোংদম্বীবা নোং মতুম অতুনা তুমিং ওইখি, নোং মচেংশিং অদুনা থারাইমিচাক অমম্বুং মালেম্নচিংবা ওইখি।

মীতৈনা লুহোংবদা কুজপোৎ হায়বনা অমা য়াওরিবদু মপুনা নোংদম্বীবা নোং মতুম অতুগী মশক্নি। ওদি মীতৈনা মপুগী নোংদমখোল হায়না হায়নরিবা অসি মপু মানা নোং মতুম অদুনা পোকখায়বগী মখোলদগী কাপথোরকপা নোং মচেংনা মালেম ওইরগা মালেমনা ভাইবংপাল পোকতুনা ভাইবং-কুমৈ শামরিবা অসিদা অরা লুংঙাই থোক্লিবা অসি মপু মানা তম্বীবা নোং মতুম অতুনা পোকখায়বদা য়াওরম্নবা অউনপোংনি। অতুনা মীতৈনা অরা-লুংঙাই মতাংদা মপু মাগী নোংদমখোলনি হায়না হায়নরিবা অসিনি। অতুগা লৈম্না-পিবা অনিমক্কা মথুংকা মথুংকা য়ুমদিন পরৈ ( দোম্নি ) না পুন্দুনা কুজপোৎ পায়রম্বদগী য়ুমদিন পরৈ থাদোক্লনা কুজপোৎ থাদোকপা মতম অতুনা মপুনা নোংদম্বীবা নোং মতুম অতুনা পোকখায়খিবা অতুগী মশক্নি। লৈমনা কুজপোৎ থাদোক্লপা হোৌগংলকপা পিথানা লেংদনা কমতুনা লৈহৌবা অদুনা মপুনা নোংদম্বীবা নোং মতুম অদুনা পোকখায়বদা হোৌরকপা মৈনা তুমিং ওইতুনা লেংদনা লৈহৌবা পোকখায়বদা পাইথোকখিবা নোং মচেংনা মালেম ওইখিবা অতুগী মশক্নি।

মীতৈ লৈমনা লৈ কোয়বা মতমদা য়েংওইনম। কোয়রিবা অচুমা মালেমমা সুমিৎপু কোয়বদা য়েংওইননা কোয়রিবা অচুগী মশক্নি ; তোইগুম্বস্নুং মীতৈনা লুহোংবদা য়েংওইননা কোয়রগা অহু অতোপ্পগী লাইনিং ( হিন্দু ধর্ম্ম ) লৌরবদগী ওইনা কোয়রে। মসিবু মীতৈ পুয়ানা ওইনা লৈবা পরৈ য়েংনা হন্নু হায়না হায় রিবা অহুনি। মীতৈ ঐখোয়গীদি লাইপৌ কোয়বগুম য়েংওইমনা কোয়গদবনি। লৈমনা পিবাবু কোয়বা অচুগী মমিংবু লৈ-কোয়বা হায়রিবা অসিগী ঈচেন্দি : মালেমমা সুমিৎপু কোয়বা মতমদা মশা লৈনা লৈনা কোয় হায়ববু লৈ কোয়বা হায়রিবা রাহৈ অসিনা তাকলি।

লৈমনা লৈ-কোয়বা মতমদা তরেংলক কোয়রিবা অসিগী ঈচেন্দি :—মালেম লৈমনা সুমিৎপু কোয়বদা সুমিৎ চয়োল তরেংকী মথক্তা খোং থাবা অচুবু তাকপনি লৈমমা পিবাদা লৈ চায়রিবা অচুগী ঈচেলনা সুমিৎকী মৈশানা মালেমদগী লাইজ নোং চিংখৎপবু তাকপনি। লৈমা-পিবা অনিমক্না লৈ-পয়েং হক্ররিবা অচুগী ঈচেন্দি— সুমিৎনসু মালেমবু চিংশিনবা, মালেমসু সুমিৎপু চিংশিনবা অচুবু তাকপনি। অমনা সুমিৎ অমস্নুং মালেম অনিনা তংল-থাম লৈতনা লৈবগুম, লৈমা-পিবা অনিস্নু পূন্সি-লৈপুল ওইনা লেংন-থায়ন লৈতনা পূন্সি খোংলোয় ওইমিন্নপদবনি হায়বা তাকলি। পিবাবা কোয়েং অতোবা য়েংলিবা অচুগী ঈচেন্দি :— সুমিৎকী অপাম্বা মশোং ( তেজ ) গী মশক্নি। অতুগা লৈমনা সুমিৎ অশংবা লিংলিবা অচুগী ঈচেলনা মালেম লৈমবু অশংবা

য়েন্মানা লতেংবা অহুগী মশক্তি। লৈমা-পিবা অনিনা কিজি কিশিল্লরগা লাইনিংথৌ সনামহী অমস্তুং ইমা লৈমালেল শিদবীবু থুরম্বা হায়না ইমুংদা চংলিবা অহুগী ঈচেলদি :— অনিগী তাইবংপান কুমহৈদা, মমা-মপা অনিগী হুয়েং মপোক ওইনা লাংওনগদৌরিবা চাদা-নাওদাবু তাক্লি।

হুয়েং মপোক ওইরিবা মচাদা মমা-মপা অনিমক তিনগ্রবনি। অহুনা তাইবং মী ওইরিবা এখোয়গী ইশাদা য়েং-ওই নায়রিবা অসি ওইনা ইমানি, য়েংনা ইপানি, অনিনা তাইশিনবা তাইবং হুকচাংনি। মরম অহুনা মমা-মপা অনিনা মচা কৌবা য়ুমদা চংখি-গদৌবা অহুবু লৈমা পিখা অনিনা কিজি কিশিল্লহুনা ইমুংদা চংবনি। অহুপা লুহোঙ্বদা মিতম্-ঙা (ঙমু) থারিবা অসিগী ঈচেলদি :— মপু শিদবনা মমু তাইবং শেমগে হায়না মিতম্লকপদা ঙা হায়না শেমখি ; অহুনা ঙাগী তাইবংপালনা অহানবনি। অনিশুবদা শা শেমই ; শাগী তাইবংপালনা অনিশুবনি। অহুমশুবদা মপু মাগী মিলেন তমহুনা তাইবংমী শেমই ; অহুনা মীনা অহুমশুবা তাই-বংপাল ওইরে। মীওইবা তাইবংপালনা মপুগী মি-লেন্ ওইনা অখোইবা তাইবংপাল ওইহুনা মপু মাগী চিকলম্ লিথুনবু থিরিবনি। মপু মানা তাইবং শেমগে হোংমরকপা ঙানা হায়না মিতমখিবনি। মরম অহুনা তাইবং মীগী মিতম অহানবা ঙা অহন ঙমুবু তরেং শেঙানা লৈরগা লাইজ ইরোম্‌দা থাদোক্‌না ঙমুদগী লৈমা পীবা অনিগী য়াইফনবগীদমক য়াইকলোন (বর) মিজহৌববু মিতম্ ঙা থাবা হায়রিবা ঈচেল অসিনি।

চেংলুক-হুংশাং চাযবগী ঈচেল্লিঃ— নোংমা তাইবং য়ুমলেপ্‌তম্ মপূ মাপী তাইবং কুমহৈদ, অনিগী তাইবং চংযবা অহু ওইরবদুনা মপূগী অঙকপা কুমহৈদা পূন্সি-খো লোইরবদুগী কুমহৈ যাওজরিবা লৈমা-পিবা অনিগী মাইক-পুন্সি হুংশাংবু তরু চেংদা থেন য়েংবদু চেংলুক হুংশাং কৌই। চেংলুক হুংশাং হাংবদা লৈরম্বা পোংশক অহুগী মতুংইন্না লৈম-পিবা অনিগী মুংভাম-য়াইক অমসুং পুন্সি হুংশাং থংবা তন্নি অমদি লৈম-পিবা অনিগী মরাইবক্তা য়োমহুনা হাপপিরকপা মপূ মাগী নোংদমখোল্ অহু চেংলুক হুংশাংদগী থংবা তম্মী। মীওইবা ঐখোয় পুন্নমক্কী লাইবক অমত্তা মাইদে। কনানা মিংথৌ লাইবক, কনানা মীনাই লাইবক, কনা অমনা চাকনিবা লাইবক ওই। মসি পুন্নমক মাগী মাগী লাইবক্কী পোংয়োমদা য়াওরকপা তাক্কনি। মপুগী অঙকপা কুমহৈ থাদোকপা তুমিংপু শিবা কৌই। তাইবং খোয়া নৈহংলবা, চোকথরবা হকচাংনা মোংকমথক্তা য়াতাহুনা পোংথাখিবা অসিবু শিবা কৌই।

তাইবং কৌবা অপংবা হকচাং অসিদি, মপু মহাক্না হকচাং হুংদা চংহুনা লৈরগা মপূ মহাক্না শা-শারবনি হায়বগী মীওইবগী পুন্সিবু লাই হরাউবা কৌই। মীওইবনা লাংওন কাউরকপা তুমিংপু লাইহৌ কৌই। মীওইবনা হিংলিঙৈ পুন্সি মতেক অসিবুনা লাই হরাউবা কৌই। মীওইবনা শিবা তুমিংপুনা লাইরোই তুমিং কৌই। অহুগা মীওইবনা লাংওন্নকপবু মালেম শন্দোকপা কৌই। শিখিবনা মালেম হনজিনখিবা কৌই; লাংওনখিবসু (পোকখিবা) কৌই। মীতৈনা শিরগা থাংলেনকমদা থাংপোক মচা অমা শারগা

অশিবা পম্বিবা অহগী ঈচেলদি :— অশিবা মী অহুনা ভাইহাক থাংকম-লেনকম ওইনবা মক্কমনি হায়বগী থাংলেল্কম কৌই। মীওইবা ঐখোয়না নহালমখৈ হিংলিঙৈ মতমবু থাংবা কৌই। কয়িগীদমক থাংবনো হায়রবদি শিরগা নৌনা অমুক পোক্নবনি। মরম অহুনা নহাল্লমখৈ হিংহুনা থাংলম্লগা শিরগা নৌনা অমুক পোকই হায়বগী থাংপোক কৌই। মীওইবা হায়বা মপোক অসি লোইবা লৈতে; হন্না হন্না পোকপা শাংদোক হৈবা মপোকনি হায়বন্না অশিবগী থাংপোক অহুমা তাকলি। থাঙ্গশেংবমক শিবা হায়বা অসি অমমবা হকচাং থাদোক্লগা অনৌবা হকচাং শিন্দোক-পনি। অনৌবা হকচাং অমা শিনখ্রে হায়বমু অনৌবা থাংপোকপং অহুনি।

মীতৈনা শিরগা কোক্ অরাং ওম্ব' য়াতারিবা অসিগী ঈচেল্দি, মালেম মীতৈ লৈমনা কায়াং লাংপুম ( ব্রহ্ম ) অমা লেপ্লগা মীতৈ কৌবা ফুরূপ্ ( জাতি ) অসি পোক্লম্লিবনি। মীতৈ লৈমা ইমাগী কায়াং লাংপুম শককমদি, কৌক্রু চীংনা লেম্ফ্নি, কংলানা খোই-দৌম্নি, লোক্তাক্লা কবীকোম্নি, ইম্ফাল, নম্বুল, ইরিল তুরেল অহম্বা থাখোং, লাইখোং, মালংখোং কৌবা শিংলি অহম্নি। অম্নুম্বা মীতৈ লৈমমা কায়াং লাংপুম অমা লেপ্লবা মতুংদা মীতৈ কৌবা ফুরূপ অসি পোক্লক্লিবনি। মরম অহুনা মীতৈমা শিরগা, মালেম মীতৈ লৈমা ইমাগী কায়াং লাংপুম মতুংইন্না কোক্ অরাং ওম্বা য়াতারি-বনি। মসিনা মালেম মীতৈ লৈমা ইমাগী কায়াং লাংপুমদা হনজিল্লে হায়বা তাকপনি। অহুগা কংলৈতা অশৈবশিংনা লৈশঙ্গে;

"খম্নুং শাবা তাম্; অমন থারৈ কুম্" হায়না। মসিগী ঈচেল্দি, মীওইবগী খুল্লিনা খবলবদি লৈগুংদা ফিল্লে, অদুনা মোংকমথক্তা য়াতাবা মতম অদুদা তাইবং খোরম্না মৈহৎলবা শা হকচাং অদু অরাবা তাবলে, কোক্লে। অদুগা মীওইবগী খুল্লি অসিনা মখোক্ লোয়দুনা কেল্লবা অমনবা হকচাং অদুবু খোরাইনা থাদোকপিরম্লে। মরম অদুনা খোরাই য়াওব্রবা অমনবা হকচাং অদুদি য়ালেম লৈদা কুমগ্রে, তিনগ্রে। হায়রিবা অশৈ-শৈথালোন অসিমক শিরগা লৈবাক্তা ফিল্লে হায়বনি।

অশিবদা ফি ওইদা শেৎপা; ওইদা ইল্লিবা অসিগী ঈচেল্দি, তাইবংপান মীওইবা হায়বা অসি মপু মাগী মমি (নেগটিভ) নি মরম অদুনা মিংশেল মমুংদা তাবা মি অদুগা ঐহাক্তা ওন্ন-তৈনবা অদুগুম তাইবং মী হায়বা ঐখোয়গা, মপু মহাক্তা ওন্ন-তৈনবা মসিনি। ইবুংঙো মহাক্তী মমি ওইবা তাইবং হকচাং অসিনা শিরবদি মপু মঙোন্দা হনজিনথি। তাইবং মীওইবা ঐখোয়না মপু মাগী মমি ওইবনা, তাইবং পানবগী য়েংনা মপু মাগী ওইনি, ওইনা য়েংনি।

মরম অদুনা মমিনা মশাদা হনজিল্লে হায়বা উৎননবগীদমক অশিবদা ফি ওইনা শেৎপনি অমদি ওইদা ইনবনি। অশিবা পুখোকপদা লং অহিংবা মতং মতং থাদরিবা অদুগী ঈচেলদি ঃ— অমকপা লৈত্রবা খোরাই শিদবা মহাক্তি শিবা লৈতে, হিংদুনতা লৈ হায়বা তারুবগীদমক লং অহিংবা মতং মতং থাদরিবনি। হায়বদি খোরাইদি অশিবা নত্তে, অহিংবনি। খোরাইনা শিবা লৈতবনা

তাইবং পানবগী শিবা লৈতে, অমনবা হকচাং মাংশ্রগা অনৌবা হকচাং শিন্দুনা হিংহনা লৈরিবনি। অশিবগীদমক্তা শংবালৈ (শংব্রেনা) না মোন শাহনা হাপ্লি, শংবালৈগী মোন অহুদা অশিববু থাংহল্লি। মসিগী ঈচেন্দি:— য়াকৃচিং উল্না কেম্লবা উনা-শিংমাশিংনা কেমশ্রগা অনৌবা য়েনাশিংনা, শংনা য়েন্নিং চোং-বগুম, মতম্না কেম্লবা হকচাংনা মোংকম থক্তা য়াত্তাশ্রগা অনৌবা হকচাং অমা ওক্লক্কুনা অনৌবা তাইবং মপোক অমা ফংববু শংবা (হিংবা) কৌই। হায়বদি তাইবং মপোক অসি থম্বা লৈতে; হয় হয় পোকদবা তাইবং মপোক্লি। মরম অহুনা হয়া হয়া পোকপা তাইবং মপোক অসিদি কংবা (শিবা) নাইদে শংহনবা (হিংহনবা) লৈ হায়বগী তাইবং পালববু শংবালৈ কৌই। মসিবু থংনবা অশিবদা শংবালৈনা মোন থাংহল্লিবনি। অশিবগীদমক্তা অন্না চেংজেল হাপ্লি মসিগী ঈচেন্দি:— মীওইবনা শিবা হায়রিবা অসি হকচাং অমনবা অহু শিন্দোকপনি। করিগীদমক শিন্দোকপনো হায়রবদি:— অনৌবা হকচাং অমা শিন্দোক্লবগীদমক্তনি।

শিবা হায়বা অসি মপোক লোইথিবা মত্তে; নৌমা অমুক পোকপনি। তাইবংপাল কৌবা কুমহৈ অসি লোইবা নাইদবা শাং দোকহৈবা কুম্হৈনি। মীওইবা হায়বা ঐখোয়দি অন্না চেংনা খোরাই ওইহনা তাইবং কুমহৈ য়াওরিবনি, অন্না চেংনা অনৌবা হকচাং শাগত্তুনা অনৌবা মপোক পোক্লিবনি। অহুনা শিবদা অন্না চেংজেল্ হাপ্লিবনি, হায়বদি মীওইবা ঐখোয় অসি অন্না চেং চাহুনা হিং-লিবনি। চেংদগী পোক্লকপা ফগীনা অভাং ওইহুনা পোকইবনি।

মমম অহু লৈবনা মুংহৈদবা অময়ুং শাংদোকহৈবা ভাইবংশাল ওইহনা লৈরিবনি। মচা হায়বা অসি মপা-মমাগী কয়েংমুক মপোক্নি। হয়েংমুক মপোক লৈবা ভাইবংপাল অসিদি শিনা লৈতে। মাওইবা হায়বা অসি শিবা লৈতে, অরিবা য়েন্না কেনথ্রগা অমোবা য়েন্নিং হন্নকপগুবনি। ভসি ঐতোন্দা চেন্নিবা ঈ অসি অনৌব ঈ নত্তে, লাইনিংথৌ শলাইলেন ঈগী মপূ অয়োইবা থক্লবা থৈরবা, ইপুরোই শিদবগী অরিবা ঈ অহুনি।

মীতৈনা রাশক্লবদা "শরিশো" হায়রিবা অসি অরিবা ঈ অহুবু মিংথৈ ওইনা মাংদা থম্মগা রাশকপনি। লাইনিংথৌ শলাই-লেন শিদবা লাই মতোন্দগী চেন্নকপা ঈ অহুনা মীতৈগী শিলিদা চেন্নি। মমম অহুনা মীতৈনা লাইগী চাদা ওইবনা লাইগী লমচং লৌহুনা অচুম্বা তৌগনি হায়হুদা "শা অরিবা শলাইলেন শিদববু" মাংদা থমহুনা শরিশো হায়বা রাশক মিংথৈ অসি ওইনবনি। মসিনা ভাক্লিবদি মাওইবা হায়বা অসি শিবা লৈতে, শিবগী মহুত্তা য়ামথোক হৈবহুম ওই। শন্না হায়রবদা শিরে হায়বগ' পোক্লে হায়বগা অন্নানি। শিথিবা মীবু শিদে পোকদৌরিবনি হায়বা লৌবা ভাকপগী মহুংদা মতানি লৈহন তবা অসিনমু ভাকনি। ময়ালদা মপোং কায়বা মীবু লৈতাক্-থায়েন মপুনা মতাং ওনহনু (হাংনু) হায়বা য়াথং পিরিবা থাহৈ অসিমকনু শিদে হায়বা ভাকই হায়বদি শিবা হায়বা অসি অমুক মতাং ওইনমবনি। মীতৈনা অশিবগীদমক মতানি লৈহন হায়বা তৌরিবা অসিগী ঈচেলদি :— পলেম ওইবীশিংগী থাদী থোংকাপ্ ঈয়েল মপাল

শাবদা চুমিং মঙানি তুবদা লৈমন চন্দুনা ঈফুৎ থিংখি। মঙানি ঈফুৎ থোং থিংখিববু লৈ হন্নংখিবনি হায়রবগী লৈহম কৌই। পলেম ওইবীশিনা মঙানি থোং থিংখিবা চমিত্তা ফিক্তু-ফিজাম তৌই মসিবু মঙানি ফিশেংবা কৌই: অমুম ওইবা পলেম ওইবীশিংগী মহৌ-শাদগী লোৎহনা মীতৈশা মী শিরগা মঙানিদা মুম শেংহনা তাইবংপান মপূগী মকমদা লৈরাং-লৈহন তশি; মসিবু মঙানি লৈহম কৌই। মঙানি লৈহন হায়রিবা অসিদি ইমাই মঙানি লৈহনবু তাক্‌না মপু মহাক্কী মকমদা লৈরাং-লৈহন তমলিবনো হায়রবদি—শিখিববু লাংওনখিবা পোকখিবা কৌই। মালেমগী হৈরাং-লৈরাংশিংমা মপান শারগা মতম থরগী তুংদা লৈমন চন্দুনা কেনপ্রবা লৈখোক অহুদা মহৈ মাল্লি; অসিগুমহনা পলেম ওই-বীশিংগী মহৌশাম্ভ মঙানি মতুংদগী মোৎরা নৌগান ওইখি। অমুম তৌহনা শিখিবা মী অতুম্ব পলেম ওইবীশিংগী মহৌশাদা লাংওন-খিগদৌরিবনি।

শিখিবা মী অহনা মহাকমক ওইনা শকম ইকাই কাইদনা হন্নকপনি য়াদে; পলেম ওইবীশিংগী মহৌশাদা মিতমহনা পোম্বী চেংলৌ শক ওমবা পোক্লকই। মমম অহনা শিখিবা মী অহুগী হন্নকুকম লম্বীদি পলেম ওইবীগী মহৌশাদা লাংওন্নকদবনি হায়না খুৎ থিনববু মঙান্নি লৈহন হায়রিবা অসিনি। মীতৈনা পোকপা শিবা অমিমক্তা মুমিং তকল্লিবা মুম শেংলম্মি। মসিগী ঊচেক্লিন পলেম ওইবীশিংগী মঙানি লৈহন ফিশেংবা, তকল্লি কোক্ লুহনা মুম (হকচাং) শেংববু তকল্লি মুমখোংবা হায়রিবা অসিনি। পোকপগী

তরুক্নি য়ুম শেংবন্নু, শিবগী তরুক্নি য়ুম শেংবন্নু চপ মান্নে। অনিমক পলেম ওইবীশিংগী তরুক্নি কোক্ লুজবা মুমিত্তগী নৌম্না নাওচন মতম ওইন্নুনা .মীরা ঈপাল থাখিবগুম অনিশুবী ইমা মালেম লৈমগী মতমপাক্তা নৌনা অমুক ঈপাল থাবব্ তরুক্নি ঈপাল য়ুম শেংবা কৌই। অতুগা শিবগী তরুক্নি য়ুম শেংবনা শিবন্নু পলেমগী মহৌ-শাদা চংঙ্কুনা পোকদবা ওইবনা পলেমগী তরুক্নি কোক্ লুজবা তাক্তুনা তরুক্নিদা য়ুম শেংইবনি। মসিনা শিবা হায়্নগসি নৌনা পোকখিবনি হায়বা থাংহনবনি। হৌজিকী মতমদা ম'ত্রৈ লেবাক্তা থরানি য়ুম শেংলগা তরামাথোইনি গমিত্তা চুক্শা মোইথেমগী লাম-থৌরম পাংথোক্নি। মসিদি য়াম্না রাহস্তোক ( অর্থ ) লৈবা রাকম্নি। মসিগী মরম ইজরয়োই, মতম অমদা শেংদোকচরক্নে। মীত্তেগী লিচংকা, মীতৈ গৌম্ন ধর্ম্ম চংপা মীগী শাজ্বংকা মান্নবা তরুক্নি য়ুম শেংলগা তরেংনি তুবা মুমিত্তা লাম-থৌরম তৌন্নিবন্নু লৈন্নি। মতদি।— অতাং মৈদি চংবা মপুগী মিংথৈ কংজ্রিবগা; ময়ুম পান্নমজ্রিবী লৈশাবীগা মীওই অনি অসি শিন্নবদি চংনন্নি।

লাম-থৌরম চুক্শা মোইথেম তৌন্নিবসিগী ঈচেলদি :— শিখিবব্ তাইবং ঈপাক অসিদগী লাম্ভোকখিবন্ন কৌই, অতুগা শিখিবা মীগী থৌরাইমা অমৌবা তাইবং হকচাং অমগী মপু ওইত্তুনা মপোক অমা পোকখিবব্নু লাম্ভোকখিবা কৌই। অতুগা য়াইবি থৌরাইনা অমনবা হকচাং থাদোক্তুনা অনৌবা হকচাং অমদা লাম্ভোকখিত্তুনা অনৌবা তাইবং মপোক অমা পোকখি হায়বা তাকপা থৌরন্নু লাম-থৌরম হায়ন্নিবা অসিনি। লাম-থৌরমদা

শোল্লিবা লাইরোন পুম্নমক হকচাং শাগৎপা ঙাক্কনি। শিখিবা মী অহনা অনৌবা মপোক অমা পোকলুবদা মুংঙাই-য়াওক্ননা পোকলুনবগীদমক্তা ত্তাইবং পানবা মপুগী মফমদা হৈরাং খুদোল শেম হৈরাং হৈজন ত্তঙ্কুরিবনি। শম্না হায়রবদা শিখিবা মী অতুগী অনৌবা ত্তাইবং মপোক (হয়েং মপোক) না য়াওফনা পোক্লবগী-দমক ত্তৌবা থাবক লাল্ল-পৌরম কৌই। মীওইবা হায়ব মসি শিন্নরদি লাইরে অমুক হন্না পোক্লরোই হায়বা খুরৈনদি লাল্ল-পৌরমক্তু হৈরবা লাইদৌবনি।

মৈতৈ পাঙ্গল নমশা খিনবা হায়তুনা মালেম হৈৈপাক হৈমবু লাইপক্তা নম্মি। মসিগী ঊচেকদি :— ত্তাইবং মীওইবা ঐখোয় অসি ইমা অনিগী মচানি। ঐহাকপু হেক পোকপী ইমা অমনা মালেম লৈমা ইমানি। ঐহাকপু পোকপী ইমাগী খোগলদি তক্তুনা ফংই ; পলেমগী মফমদা ওইনজবদা পলেমগী থোঙ্গাল মিৎয়েং থুম-খোইরবু উৎপোকপিরকই। অতুগা মালেম লৈবা ইমানি ত্তাইবং মীলোল খোক্কুবনিনা মচা ঐখোয়না ওইনকম খংদননা ওইনজকদে। মালেম লৈমবু ইমানি হায়না খংজবা মীশু তোংনা খোকই। মীওইবা ঐখোয়না ইমাগী খোম্লাং থকচবদি কুমশিং থরদনি। মালেম ইমাগী খোমলাং থকচবদি মীওইবগী অরোইবা মতম ফাওবনি। ইমা মহাক্কী খোম্লাংতবু থকপা মত্তে ইমাগী মতম-পাক্তা য়ুম শাতনা লৈ, মতমপাক্তা ত্তৌথাম্নহনা মহৈ-মরোং থাই অমদি ফন্তু-চৌথি কয় তৌই : অতুবু ইমা মাগী পেন্নবা খৌপম্মি খংদবমা ত্তৌদে। করি ত্তৌরগা ইমা মহাক্কা পেনবীগদগে হংদরা

মরম্না তাইবং ওইবা ঐখোয়না লাই পক্না লৈরিবা লাইপক্তা মালেম ইমা লৈমরু নমজহুনা খোগলগী মশক ওইবা ইমা মাবু ইরাইপক্তা খোংগৎতুনা পুজরে হায়না লৌজবনি। অমদি মসা মহাকপু তাইবং পানবা মপু শিদবগী ফম্বাল ওইরিবা ইরাইংক্তা নমজবদি ইমা মহাকপু মপু মাগী মফমদা খিনগৎহৌবনি; মসিবু পাকলৈ নমশা খিনবা কৌই।

মীওইবা মপোক্পা লাইখোং থুদিং থুক্লমক্তরবস্থ ইমাগী খোম্লাং নামগী লমন শিংবা ভমদে হায়রিবা ঈচেল অহুদি, ঐহাকপু .পাকপী পশেমগী খোম্লাংবু নত্তে হায়নিংই, ঐহাকপু পোকপী পশেমগী খোম্লাংনা নাম্মনি। ঐহাকপু পোকপী পশেম্না মচা ওইবা ঐহোন্দা খোম্লাং লমন থোবা হৌনদে, মচা ওইবা ঐহাক্তদমক য়াইফনবা খনবনা মপুক্তি লমদাং তেম্নবৌনি। মীওইব, ঐখোয়গী পশেমগী খোমলাং নামগী লমন শিংবা ভমদে হায়রিবদি মালেম লৈম ইমাগী খোমলাং লমনবুনি। মরম অহুনা মীতৈনা মালেম লৈমা ইমাবু ইরাইবক্তা নমহুনা ইমা মহাক্কী খোমলাং লমন ওইনা খোগল তৌজবনি।

মীতৈমা শিবা অমসুং লুহোংবদা ঈশৈ খোগল তৌই। ঈশৈ খোগল তৌবনবগীদমক শোয়-পুং (তুমাং) দা শংলেন (মাগুব) অমা থম্লি। শংলেন অহু মখোং নিপাল য়ুংই। ময়াইদা মেন উয়েপ (যত্রা) অমা য়ুংই। হায়রিবা শংলেন অসিগী মখোং নিপাল অমদি মেন উয়েপ হায়রিবশিং অসি অচম্বা নত্তে। শংলেনগী মখোঙ নিপাল অহুনা লাইনিং য়াথল নিপালগী মশক্কি। মহুদি :

নোঙ্গকপা, থাজবা, ঈংথবা, পুকচেল তিংবা, ঙংশি হৈবা, রাখল রাংবা, থংবা অমসুং পেনখোক হৈবা হায়বা রাখল নিপাল অসিনি। অসুম ওইবা রাখল নিপাল অসিগী পান্দম লাক্কনা য়ুংবা শংলেনগী মখোঙ্‌ নিপালনি। অতুগা মেন উরেপ অতুনা তাইবং পালবা মপু শিদবগী মশক ওইবা মেন উরেপপু লাইনিং রাখল নিপালগী মশক ওইবা য়ুম্বীলেন নিপালনা কোয়শিন্দুনা য়ুংলিবা অতুনা তাক্লিবদি—লাইনিংবশিংনা লাইনিং রাখল নিপালনা মপু মহাকপু পুন্সুনা থমজবা, লাইনিংবশিংগী মক্কমদগী মপু মহাক্না লেংখোকপা ঙমদনা লৈবা অতুগী মওক্নি। অসুম ওইবা শংলেন অতুদা ঈশৈ খোগল মরূপনা মপু মাগী মি'খৈবু শক-শোক্সরনি। অতুগা শংলেন মপু ( মাগুব-মপু ) হায়রিবা অদুসু অচম্বা নত্তে; শক্সোং পুংমাই লেপ্পা লাইনিংথৌ সনা মহি ইবুংঙোনি। অতুবু ঙসিদি মীনা লাইনিংথৌ সনা মহি শাহন' শংলেন মপু ওইনরে। মসিনি থোইদোক্লা লংজবা অমনি। শংলেন ময়াই তাইবং পানবা মপুগী মশক ওইবা মেন উরেপ মখোংদা ফম্বাল অমা শেমতুনা ঈশাইফু ঈরাংলিবা অদুসু তাইবং পালবা মপু হায়না থংনরিবা লাইনিংথৌ সনা মহীবু ঈরাংপনি, ফম্বাল অদুসু ইবুংঙো মহাক্নি। মসিনা উহল্লিবদি:— লাইনিংথৌ সনামহি হায়বা ইবুংঙো মহাক্তি পান্দা লৈরগ' তেংবানবা মপু কৌই। তাইবংমুংদা লৈরগা তাইবংপানবা মপু ( থৌরাই ) কৌই হায়বা অদু উহল্লি। শংলেন মপু ওইরিবা লাইনিংথৌ ইবুংঙোগীদমক শক্সোং কাদা ফম্বাল অমা শেমগনি ফম্বাল অদুবু শংলেন মপুনি হায়না নিংগনি।

ঈশৈ খোগল মরূপ ( পাশা ) কী ঈশৈশহনবনা শংলেন মপুগী মশক ওইবা ফম্বাল অহুদা থূকমহুনা পাওতাক পাওমেন লৌজরগা ঈশৈ হৌগনি। শোয়পুং ময়াইগী ফম্বাল অহনা তাইবং খোইদোগী মশক্কি। য়ৈরিবা পুং অহুন' খোইদৌগী মিহুন অচৌবগী মশাক্কি। খিংলিবা অখিংশেল অত্রনা হকচাংগী মিহুন মচাশিংগী মশক্কি। ঈশৈশহনবা অহুনা পাফনগী মকোক্কী মশক্কি; অমধং ঈশৈশহনবা (তুহার) অহুন' পাকনগী মমৈগী মশক্কি। মরম অহু লৈবনা পাফনগী মকোক ওইবা ঈশৈ হনবনা পাফনগী মমৈ ওইবা, অমধং ঈশৈ হনববু থূকমলিবা; খোইদৌ পাকন্দা মযানা মমৈবু চৌকপা অহুগী মশক্কি অসিনচিংবা।

তেংবানবস্ত লৈক্রিতৈ তাইবংপানবস্ত শেমদ্রিতৈ নোংদম্বা মপুনা তেংবানবা শেমতৈগী রাকম থর লুহোংবগী কুঙ্গপোংকী মতাংদা লৈশেমলোন পুযাগী রাকম থর পঙ্গথে। মতুগী মতুংদগী নোংথাংগী চাদা-নাওদাশিংগী মতুংদগী কোক চৌংপী চৌংদোন্দা নোংদম্বা মপু ইপুরোইবা ফমতুনা রাখল তৌরগা তেংবানবা শেমগে নিংখিবগী মতুংইন্না ওইগা নিংশা স্বর খিংলগা য়েংকী লমদাং থাহুনা লাইনিংথৌ সোরারেন্নচিংবা লাইনিপা ময়াম মথং মথং চোংথোক্লকখি। য়েংকী নিংশা স্বর বিলগা ওইগী লমদাং থাহুনা লৈংরেল্নচিংবী লাইরেম্বী ময়াম অমা চোংথোকখিবা অহুনা তু-গা রা-গা পামহুনা তেংবানবা শেল্লকপগী রাকম শরুক থর মথক্তা হূমিং তরেং চয়োল তরেং মিংথোনখিবগী মতাংদা শম্লপ্না নৈনথ্রে। লাইয়াংশিংনা মথং মথং চাদা-নাওদা ওইবশিং অহুগা লোয়ননা লাইনিংথৌ

সোরারেনা নিংথৌ ওইত্তুনা কংলৈপাক অসিদা লুংঙাই য়াইকনা পানখি। মসিগী মতুং থোকপদা, লাইয়ামশিং অত্তুগা লাইনিংথৌ সোরারেনগা কংলৈপাক মপুংয়াই কংলাদা লাক্ত থুন্দিন ত্তোত্তুনা লেপ্লখি মত্তুদি ঙসিদগী হৌত্তুনা তেংবানবা অসি লোইশিন্নপি অত্তুনা ঐথোয় লাইয়ামশিং অসি লাইনিংথৌ সোরারেন নত্তুনা অতৈভি মকম থর তাইবং মীদা শিন্নত্রিৈঙ অসিদি লাই থরোব কৌরসি। অস্তুম রারেপ তানগ্রবগী মতুংদা লাইনিংথৌ সোরারেন করি রাথল ত্তোরক্লে, মত্তুদি মচা অনিগী মতুংদা অমদা নিংথৌ থুভম শিন্নত্তুনা পিরম্লগা মোঙ্গাগ্রগে থিংত্তুনা মচানিপ। অহুম চফু অহিংবগী মতুংদা হুম্নি শুব। অঙাং ওইনা ফংঙি হায়বদগী কোরৌ মিংলেন অথোইবা ফুহিংশি সন। পিবারেন সনা মহি ত্তৌবরেনগা মমা লৈমলেনবীনা নাও পুত্তুনা পোকপ্রবা অনিত্তবা মচানিপা কোরৌ মিংলেনদি কোজিন তুথোকপা অনি অসি কৌশিল্লপা, নখোই অনিগী মতুংদগী নোংথোং ভয়েংলক হম্না কোয়করবা ভম্বা অহান্বা অমদা ইপাগী ফম্বাল অসি পিরম্লগা ইপাদি নোঙ্গারগে থিংলে। মরম অত্তুনা খিত্তবা ত্তোদমা নচিন-ননাও অনি নোংথোং কোয়করো টপা শাঃ থারগে হায়না মপা ইবুংঙো সনাইলেম্না তাকপিরকপা মতুংইম্না সনা মহিনা মপা ইবুংঙো থুকম্লপা নোংথোং কোয়করবদমক থোংশাখত্রে। মনাওগুপা কোনজিন তুথোকপদি নোংথোং কোয়বা ওমগনি নিংদবদগী থুংঙাইতবা অরাবা রাথল মরাই লৈদা লুক্কুনা লৈবা অত্তু মমা ভবেন্মা লৈমরেল্না উত্তুপা চিঙ্গোই মপাও হংলপ পাওমেনবিরকই। ইমাগী ইবুংঙো ইমানা ত:ক ন করিন্নু

চিংমক্লুগমু নপাবুংগী ফম্নাল ফাংথোং অসি তরেংলক কোয়রগা মপাবুংদা নোংপোং কোয়রকরে হায়না খুরুমজো, নোংপোং তরেং-লক কোয়রবগী মাঙ্গরনে হায়না তাকপিরকপগী মতুংইন্না পাংথোক্লে।

তৌরিবা লোৎ অদু উনদা মপাবুং সনাইলেন শিদবনা মচাদা য়েংডুনা কনানা তাক্লকপ পাউতাক লৌদুনা. নহাক্কা নখো অসি পাংথোক্লিবনে হায়না য়াথং তাও"রক্লবদ", মচা নিপা কোনজিন তুথোকপনা, মমাগী পাউতাক মতুংইন্ন তৌবনি খুন্নবদা মপাবুং সনাইলেন্না থুম-খোইরবা রাহৈনা হায়রকই। ইপাগী ইবুংঙো কোনজিন তুথোকপা নংনা ইপাবু শক থংবা নয়াম্বুংদগীসু হায়ে। মরম অদুনা নমিংবু ইপানা ওসিদগী হৌদুনা মপা+থংব=পাথংবা কৌরগে। কোনজিন তুথোক পাথংবা লাও চংশিন্নকউ ইপা কোন-গে লাও ইপাগী ফম্বাল অসি ফজরো নিংথৌ ওইদুনা পালহৌরো ইপাদি নোংমদোল্ন লৈপাক্তা পান্নুরগে, নয়াম্বুং সনামহীনা নোংথোং কোয়রকরপা হন্নকপদা শাওরগনি, লাইরেম্বী ময়াম্বু থেমজিলহন্নু; থেনজিন রাহৈদি :— ক্রেক্-ক্রেঃ ক্রেঃ মোঃমোঃ তোকপগা কৈগা কাওনবা, লাইগী য়েন্নি চাফরোই··· অসিনচিংবা রাহৈনা থেমজিন্না মতমদা য়াদ য়ারক্লবা অদু ওইরবদি ইপাবু নিংশিংলকউ (কৌরকউ) ইপা কুম্নক্লবা থেমজিন্নগে অসিনচিংবা হায়রম্নগা অতিঙা শিদবা ওইনা নোংমদোল লৈবাক তমথরে। অসিগী মতুংদা সনামহীন্ন নোংথোং কোয়রকরগা মপাগী য়াথং মতুংইন্না মপাবুংগী ফম্বাল তন্না চংশিন্নক্লবা খুরুমগে থৌরাংলকপদা মমাও কোনজিন তুথোক পাথংবা ওইরম্বা অদুদা শাওবনা মৈখুল-মৈরা থোক্লদুনা এমা ইপাগী

যাথং মতুংইন্না তাইবংমী শেমউ হায়বগী শেমথিবনি, ঐনা শেম্বা তাইবংনি, ইপান' ঐহোন্দা মীনম্বা, লৌমম্বা, ওটদবা হৌরবনিনা তাইব'পাল অসি মাংহন্নগে হায়দুনা মালেম লৈপাক অসি মথক মথা ওন্থোক্লগনি হায়মা থৌরাংলক্রবা মতমদা লাইরেম্বী মরাম থোক্তুনা মথক্কী থেমজিন রাহৈশিং অসিগা লোয়নননা লাইপৌ চোংলবফাওবদা সনামহীন' শাওবা ইহনমক হন্ত্রবা অহুদ' পাথংলনা মপাবুং মিংশিংহক্লে মপাবুং লেঙলক্লহনা মমাগী থুজিল থৌরাংনা থোকখিব' থৌদোকশিং অহুগী মরমদা সিরগা শাওরগনু ইবুংঙো' ; ইচাগী মিংথৈদি ফুহ'শি সন পিবারেল্ সনাহৌ চৌবরেন্ মি'থৈ-বীরগে, ননাওগী নি'থৌ থুভনদি কংলৈপাক অসিদা কম্বাল অমত্তনি ইচাগীদি তাইবং পানবগী যুম্নুম থু'দংদ' নি'থৌ ওইহনা পাম্নু। য়ুমথোং থুদিংগী ইচাগী ফম্বাল অমমম্ লিংহনা থৎসম্ম : অহুগী নোং'পোক চৌ'থৈ অপালবী লৈমরেল্গা নথোই অনিনা কংলৈচাগী থরাই পানবশিংবু চমিদা'দা কো-শিনবীরগ' ; অয়ুক-মুংদিলদা কোম্থোকশিহনা শেনবিয়ু। কংলৈপাকী মীওইবশি'নসু মখোইনা থাঙক্লবা কৌ-.চং, য়েনছাং, মনা-মশিংগী অনৌ-অতেক পুম্নমক নথোয় অনিদা কংচরংগা থৌনিজহনা চাজবা ওইসনু। কনাগুম্বগী অনা অয়েক নংহনা অরাবা তারবা মীওটবশিং অহুনা, মীতম্‌ভা ভামুনা অথেমপোৎকা লোয়নননা কংচরগা থৌনিজহনা থুক্রমজরগা চাজরবদি তিনকোক-লাইকোকচহনা তিশেং-লাইশেংবা ওইরসনু অসিনচিংবা কয়া মপাবুংনা হায়রবদা সনামহীনা য়াঙ্গ্রে অহুদগী মপাবুংনা ইচাগী মিংথোলদি লাইনিংথৌ সনামহী হায়না কোলোয়-রগে হায়হনা মিংথোল অসি পিরম্লগা অতিয়া শিদবা মপাবুং

নোংমদোলথক্তা কাখরে। অসিনচিংবা লৈশেমকোম পুয়া অমদি মীতৈ হৈকম পুয়াদগী শরুক খয়দং লৌখোকচরগা মরু ওইবা খয়দং ইখোকচবনি। মাসি ইজরুবগী য়াকমদি মীতৈ ঐখোয়না নিংগদবা অমদি শোন্নগদবা লাইবু খিন্নবদা খুদোং চাগত্রা খঙহনা ইজবতনি।

ঐহাক্কী মহাল মপোক্কি ইমা-ইপানি ; হন্দক্কী মপোক্পা ঐনি। হয়েং মপোক্পা ইচানি, মথক্লোমদা খিগৎতুনা য়েংবা তায়বদি ঐবু ইপানা, ইপাবু ইপুনা, ইপুবু ইপুবোক্প', ইপুবোকপু ইপুখোনা মথং মথং পোক্লকপনি। তাইবংপানবগী খোয়াইপান্‌বা খুদিংমক ঈ অমদি মহীদগী ওইরকপনি ; মথং মথং অস্তুম খিগৎপদা ঈ গী মপু অয়োইবা মথক্তা অমত্তা লৈত্রব' অহুবু ইপুরোইকোই। মসিদগী মথং মথং চৎথরক্লুনা মীতৈ ঐখোয়না অযুক মুংখিল ক্লৃমিদাংগী নিংজগদবা লাইদি ঐখোয়গী ইমুমদা শস্তোং কাচিন্দা তাস্তোইরিবা ; শস্তোং পুংমাই লেপ্পা লাইনিংথৌ সনামহী অমদি লৈমরেন্ শিদবৈনি, মসিবু মশক থংনবা তাক্লকপদা অহানবদা ঐচাকপু পোকপা ইপা অমদি ইমাবু মশক থংবগী মথৌ তায়। ইপ.-ইমানা ঐবু :পোকপিরমত্রবদি তাইবংপাল অসি উরম্লোইদবনি। মীতৈগী পাউরোদা নোংমদোন্ থক্লা য়াংবয়া, পস্তৌ ইপানা মহেল্লি। মাসেম লৈবাক্লা লুম্বয়া পলেম ইমানা মহেল্লি। ইপাগী ঈ অমদি মহীদগী ওক্লকপা কস্বীদগী লাক্লগ ইমাগী খোইজিখাদা মমি মিহন তম্লগা থা তয়া নাও পুহনা পোক্লকপা মচানি। মপানা মতম অহুদা নিংখিবা য়াথল অহুগী মচাক্লা শায়কখিবা মচা ওইবনা মপাগী য়াথল অহু চেন্নবা মচা ওইগনি। মীতৈ পাওয়োদা মপাগী মচা উগী উহৈ

হায়নরি : মসিদা কনাগুম্বনা হায়বা য়াই মতুদি :—'যপা অফবমা মচা ফত্তবা, মপা ফত্তবনস্তু মচা অফবা পোকপা য়াওরি হায়না ; মসিস্তু চুমদবা নত্তে : থম্বা য়াবা য়াকয়ি। মসিগী মরুদি, মরু হনগদবা মতম অতুদা অফব' মিপা অতুমা ফত্তবা য়াথল থনখিবা ; অতুদগী ফত্তবা মী অতুনা মরু হনবা মতম অতুদা অফবা য়াথল থন-খিবদগী থোক্লকপা মহৈনি। মমা ঙৈবীমা মচাগীদমক য়াবা অসিদি করি কদাইদা চাংদমলুগনি। থোইজিথাদা নিহুন তমখিবদগী হৌহুনা শিবা তানবা ফাওবদা মচাগীদমক য়াজপ্রবা মমানি। মথক্তস্তু পংজক্রে মমানা মিরোল্লিহৈদা মম্নাগী থাগী থোংকাপ্ ঈ চাহুনা লৈয়কুলে ; পোকুলে ; মমানা চাজ-থকচখিবগী মচি ওইরবা খোম্ থক্লে অতুগী মথক্তা মমানা চাজগদৌরিবা অতুদগী মতোং মচি ওইগদবা অহাওবা ঙা-চাক মথেন্তু মচাদা পিজহুনা য়োক্লক্লিবনি। অতুগী মতুংদা মহৈ মশিং তমহল্লুনা মচাবু মী অমা ওইহৌনবা য়ারক-য়াত্তেল্লিবনি। মচাবু ফত্তবদগী ফহল্লিংহুনা অফবদগীস্তু অমুক্তা হেম্না ফহল্লি'হুনা মপা মমানা য়ারক্লিবনি।

মীওইবনা মচা পোকত্রিবমথৈ মপা-মমা হুংশিবা থংদে, মচা পোক্লগা মচা অত্তু য়োকপা অমদি মী অমা ওইনমবা শেম্বদা য়াবা অত্তু থংলবা মতম অতুদা মপা মমা হুংশিবা থংলকই হায়রৈ। মী অমা ওইমনবা শেম্বা হায়বসিগী মতুংদা মরু ওইবা য়াফম থর পন্দজ-মিংই। মতুদি মী হায়বা অসি শা মথল অমনি অতুমা মী অতুনা নোইরগা মশা কৈ, মম্নাং কংলগা মশা ফত্তে হায়নরি অসিনচিংব'। মীওইবনা লাইগী লমচং চংলগা লাইগী মিংথোল কংবৈ। লাইগী

লমচৎ হায়বদি ; মী ওইবনঙিংবা থৱাই পানবশিংগী কমনবা খঙিবা, খঙিবা অহু থবক ওইনা পায়থংতুনা মশাগী কান্নবা য়েংদনা থৱাই পানবা থুদিংবু চপ্ মান্নবা মিৎযেংনা য়েংলিবা মী অহু মহাক্না শিংবা মতুংদা লাইনি হায়না শোন্নবা লিচৎ অতনি। থুদম, মীগী লৈবাক্তা লৌরেম্বা থোংনাংথাবা ( ভারতকী ওইবা মহাত্মা গান্ধী ) অসিমচিংবা।

মী ওইবগী লমচৎ হায়বনা মীদি মপা মমা মশক খংগনি, মপা, মপল, মতোল, মচিম মনাও, শাগৈ-নাইত্তে, মরি মতা, মমা-মন্দোল, মন্দালনচিংবা মরি-মতাবু মশক খংনা থৌপল্লোন, খুল্লোন নাইমা খংনা চত্তুনা লৈবাক্কী থৌগল তৌপনি। মী শাগী লমচৎতি মপা মমা, মচিন-মনাও, শাগৈ-নাইত্তে, মরি-মতা খংদনা থৌগল্লোন খুল্লোন খংদবা মশাগী কান্নবতা যেংবা থৱাই পানবশিংগী অমদি লৈবাক্কী খন্দব' মী অহুবু মীনিদি হায়রগা মহুবু মথোং অনি পানব শা হায়না (শাজং অহুবু) খংনগনি। মরম অহুনা মী ওইনা পোক্লব' ঐখোয়দি লাইগী লমচৎমক চৎপঃ ভগবদ্রবস্থু, মীগী লমচৎ চৎননবা, ইপ ইমানা হায়বা ইন্দুমা অকবা লমচৎ চৎকদবা ওই। অহনশিংনা লিচৎশাজং ফজো হায়রমই। মরম অসিনা মচ ওইবা ঐখোযগীদি ইপা ইমানা অহানবা হকথেংনবা লাইগী মশক্কি।

---

# মীতৈ লৈবাক্কী তিনকোক-লাইকোকফম ।

মীগা থৎন-চৈনহুনা য়াথোক-লান্থোক তৌবা নত্রগা ফম্নাই-ফুনাইবগীদমক্তা য়েৎনবা, মূন্নবা তৌবদগী য়া ঙম্বনিংলবা অমদি মাই পাক্লিংলবদি, য়াঙমথোংদা মীতৈ ঙমু অমা ময়াদা সনা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই উমহল্লগা তৌনরিবা য়ারি-শিংবুল অহু লিয়গা মাই পাকচগে হায়না থাদোকউ য়াঙম্বপনিয়ে। অমনা য়াঙম পাংতা কবোক কংতুনা থুক্রমজরপা ঈশিং থরনা কোক্তা, থরনা মাই-মিং, চিলমচিংবা তাথোক তেংথোক্লগা চংলবা হুমিং অহুদি য়া ঙমগনি অমদি মাই পাকনি হায়রমই অহনশিংনা। য়াঙম থোং কদাইদা লৈবগে ? চাথোং হিদেনগী অয়াং পাংবা; কেক্রু পাংকী কৌক্রু পাংবা, ঙাংবম থোংনাং মথোং ( অয়াং বিঃ ওঃ সিঃ ) গী নোংপোক পাংবা নাগ তুরেলগী মথা পাংনা শম্নবা খ.-য়াং শাংনা লৈবা থোং অহুনি। য়াঙম পাংনা মোংবহনবা হিদেনগী মথা পাংবা হয়িং খোংবান ( খা বিঃ ওঃ সিঃ ) গী মৈরম পাংবা মোইরাংথোম লৈবুংগী চিংথৈ পাংবা হৌজিক ঙম্ঙান হায়না থংনরিব খুল অহুদা ঈকোয় ( পুখ্রি ) অচৌবা অমা লৈরিবা অহুনি। পুন্সি নিগে হায়রগা উশিনবুংদা হৈরম তরেং, লৈরম তরেং, কবোক, অথুম-অহৌ ও য়াওনা মীতৈ ঙমু অহুম ময়াদা সনা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই উমহল্লগা উশিন শিনবিয়ু ; চহি তরেং পুন্সি শাংদোকনি হায়রিয়ে অহনশিংনা ; মফমদি :— মোংবহনবা উম্নং ( মহাবলি ) গী মখুং থা পাংবদা হৌজিক হনুমান ঠাকুরগী মন্দিরগী মোইরাং লাইজি পাংবা

লৈবুং অমা লৈখনি, মচুবু মীতৈগী অহনশিংমা ঙশিনবুং হায়রনা খংনরমই। অঙাং অশোম-অনাদগী তিনকোক-লাইকোকচগে হায়রবনু মফম অচুদা কবোক অথুম-অহাও কৎচরগা, লাইগী লুখাক অচু চাকরবদি কোকনি তাকপিরমই। লাইথুং-তিমথুং কোকফমদি ·-রক শোবী পাংকোই, ঙুংজেং ঈকোন, কাইনা চৌখোংগী পাখংবা ঈকুৎ অসিদা লুপচরগা কোকনি।

লোইরবা।